# শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত

## আদি লীলা ( খণ্ড অনীশুবা )


পূজ্যপাদ

শ্রীলকৃষ্ণদাস কবিরাজ গোস্বামিবিরচিত



শীতলজিৎ সিংহনা

তৌবা মণিপুরী অনুবাদ অমসুং নৈনরোল য়াওবা।

MANIPUR UNIVERSITY LIBRARY
CANCHIPUR, IMPHAL—3

Cl No

# চৈতন্যচরিতামৃত

## মধ্য লীলা ( খণ্ড অনীশুবা )

পূজ্যপাদ

শ্রীলকৃষ্ণদাস কবিরাজ গোস্বামিবিরচিত

শীতলজিৎ সিংহনা

তৌবা মণিপুরী অনুবাদ অমসুং নৈনরোল য়াওবা।

অহানবা সংস্করণ

ফ্রেণ্ডস্ ইউনিওন প্রেসদা শ্রীকোইজম অচৌবী সিংহনা মন্না
অমসুং শীতলজিৎ-না ফোঙবা।

ফংফম—(১) ফ্রেণ্ডস্ ইউনিওন প্রেস ইম্ফাল
(২) শীতলজিৎ সিংহ, কৈশম্থোং,
তোপ লৈরক, ইম্ফাল

ইং ১৯৮৯ কুমজা নবেম্বর

[ সম্পূর্ণ স্বত্ব ভারুবনী ]

# আদি লীলা

## অনীশুবা পবিচ্ছেদ

### মূল ১

**শ্রীচৈতন্যপ্রভুং বন্দে বালোঽপি যদনুগ্রহাৎ।**

তরেন্নানামতগ্রাহব্যাপ্তং সিদ্ধান্তসাগরম ॥ ১ ॥

### শব্দার্থ

শ্রীচৈতন্যপ্রভুম— শ্রীচৈতন্যপ্রভুবু, বন্দে—খুরুমজরি, বাল.—করিস্ত খঙদবা অঙাংনবা, অপি—ফাওবা, যৎ—মাগী, অনুগ্রহাৎ—থৌজান্দ-গী, তরেৎ—লান্থোকন্নি, নানা—মথল মখাগী, মত—মত মযাম, গ্রাহ—কুম্ভীব মযাম্না, ব্যাপ্তম্—থল্লবা, সিদ্ধান্ত—ব্লারেপশিংগী, সাগবম—ঈপাক্-পু।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাক্কী থৌজান্না অঙাঙ নাল্লাগুন্না পঙলবা মীস্নু মথল মখাগী মত-কী মশক ওইবা কুম্ভীরনা থল্লবা সিদ্ধান্তগী মশক ওইবা সমুদ্রবু লান্থোকন্নি, অতুগুম্বা থৌজান-হৈবা শ্রীচৈতন্যপ্রভুবু ঐনা খুরুমজবি।

### নৈনরোল

শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুদি পবমতত্ত্বনী। পবতত্ত্বগী মবমদা মত মখল মখল পুথোক্কুনা লৈ। করম্বা মত লৌবগা পরতত্ত্ববু খঙবা ঙমগদগে হায়বত্তু শাস্ত্র-খঙলবা মীতাশিংগী মফমদা ফাওবা য়াম্না লুনা থোক্‌যি। অদুবু শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগী কৃপা লৈববদি শাস্ত্র-খঙবা মীদি লাযবু লায়রতুনা অঙাঙগুম্না করিমতা খঙদব। মীস্নু মত মযামতু কক্‌থংলগা অরেপ্পা মত অমা খঙবা ঙমজৈ। বা অসী হেন্নজন্মনবা ব্লা নত্তে। পবতত্ত্বদি মথন্তমক ফোংলাউনা ফোঙবা পোৎনী, মহাক্না মাগী তত্ত্ব (অওইবা মশক) কনাগুম্বা অমদা খঙহল্লবদি মহাক অতুতনা পরতত্ত্ববু খঙবা ঙম্মী। শ্রীচৈতন্যদি মছামক্না পরতত্ত্ব হায়বা পোৎতুনী। সিদ্ধান্ত-সাগর-গী অর্থদি সিদ্ধান্তগী

( বারেপকী ) মশক ওইক্না ঈপাক হায়বনী। সমুদ্রবু লাম্হোকপদি য়াম্না য়াবা থবক্নী। অদুগীসু মথক্তা সমুদ্রগুদা কুম্ভীরনচিংবা শাথি-শাথিরবা জীব-জন্তুনা থন্না লৈববদি সমুদ্র লাম্হোকপত্থু অমুক্ক হেন্না বাগদবা ওই। মতৌ অদুগুম্না কুম্ভীবগুম্না শাথিরবা মখল মখাগী মত পবতত্ত্বগী মবমদা পুথোক্লবক্নী, মদুদি—বৌদ্ধ মত, জ্ঞানীশিংগী তর্কনা থল্লবা মত পাতঞ্জলিগী যোগ দর্শনগী মত, গৌতমগী ন্যায দর্শন, কনাদ, কপিল, দত্তাত্রেযনচিংবা দার্শনিকশিংগী মত। অস্সূম্না মত মযাম্না ভাব তাহন্দ্রব। কালদা পরতত্ত্ব শ্রীচৈতন্য প্রভুনা থৌজালবিববদি অপঙবা মীসু সিদ্ধান্ত মযামগী সমুদ্রসী লাম্হোক্লগা লেঙদবা সিদ্ধান্ত মত অদু খঙবা ঙমজে।

## মূল ২

কৃষ্ণোৎকীর্ত্তনগাননর্ত্তনকলা পাথোজনি-ভ্রাজিতা।
সংভক্তাবলিহংসচক্রমধুপশ্রেণীবিহারাস্পদম।
কর্ণানন্দিকলধ্বনির্বহতু মে জিহ্বামরুপ্রাঙ্গণে
শ্রীচৈতন্যদযানিধে তব লসল্লীলাসুধাস্বধুনী ॥ ২ ॥

## শব্দার্থ

কৃষ্ণ—শ্রীকৃষ্ণনাম্বু, উৎকীর্ত্তন—খোলহৌনা শোনবা গান—শক্পা নর্ত্তন—জগোইশাবা, কলা—ললিত কলা অতৈ, পাথোজনি—থম্বাল্লা, ভ্রাজিতা—লৈতেংলবা, সং-ভক্ত—অশেঙবা ভক্তশিংগী, আবলি—পবে মযাম হংস—কাঙঙ চক্র—ঙানুথঙ্গো, মধুপ—খোইমু, শ্রেণী—মপৈ, বিহার—নুংঙাইনা শান্নবগী, আস্পদম—মফম, কর্ণ-আনন্দি—নাকোঙবু নুংঙাইহনবা, কল—নুংশিবা ধ্বনি—খোল, বহতু—চেন্শনু, মে—ঐগী, জিহবা—লৈয়েংগী, মরু—লৈকংলাগুম্বা, প্রাঙ্গণে—শূমাঙদা, শ্রীচৈতন্যদযানিধে—থৌজাল-ঈপাক ওইবা হে শ্রীচৈতন্য প্রভু, তব—নহাক্কী, লসৎ—লংত্রিকলংবা, লীলা-সুধা—লীলা অমৃতগী, স্বধুনী—গঙ্গা।

## মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে থৌজাল্-ইপাক ওইবা শ্রীচৈতন্য, নঙগী লংলবা লীলা অমৃতগী মশক ওইবা গঙ্গাদো ঐগী লৈকংলাগা মাম্নবা লৈয়েংথক্তা ঈচেম্নাইনা চেন্থরশনু। হাযরিবা গঙ্গাদুদি কৃষ্ণনাম খোল্হৌনা শোন্বগী, শক্পগী,

অমস্তুং জগৎকী শাবগী চণ্ডখোন্‌বা হায়রবদুনা থম্বাল ওইরগা লৈতেংলিবনী, গঙ্গাসী সাধুভক্ত পরেংগী মশক ওইবা কাণ্ড, ডাঁনুথঙ্গোং অমদি খোইমু পৃস্থগী শারকম্মী অমসুং মহাক্কী ঈচেলগী ঈরাওখোন নুংশিবদুনা নাকোঙ অনীদা নুংশাইবা পীবনী।

## নৈনরোল

শ্লোকসীদা শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগী লীলাকথাদু গ্রন্থকারগী মরৈদা থোক্‌হনবিরকউ হায়না শ্রীচৈতন্য প্রভুগী খুয়াখাদা খুরুমজরি। খুরুম-জরিবসী করিগীনো? মরমদি শ্রীভগবানগী নাম-রূপ-গুণ-লীলানচিংববু কনাগুম্বা জীবনা মরন্নাই হোৎনরগা হেক্তা মবৈ থৎতুনা শক-শোনবা ঙমদে। কনাগুম্বনা সেবা তৌনীঙ্গ তৌনীঙনা নাম-রূপ-লীলানচিংবা কীর্ত্তন তৌববদি নাম-গুণ-নচিংবা অদুনা মরশাইওংনা কৃপা তৌবিদুনা মহাক্কী মবৈদা থোকচবকনি।

জীবনা লন্নাই মথন্তা হোৎনবনা ভগবানগী লীলানচিংববু কীর্ত্তন তৌবা ঙমদে হায়দুনা কবিরাজ-গোস্বামীনা মাগী লৈয়েংবু লৈকংলাগা চাংদম্নরি, মদুদি—**জিহ্বা মরু প্রাঙ্গণে।** লৈকংলাদা তুরেল অমতা লৈতবগুম মহাক্কী লৈয়েংদসু ভগবানগী লীলা কথা লৈতে, হায়বদি লৈয়েং মছা মথন্তনা হোৎনবগা লীলাকথা কীর্ত্তন তৌবা ঙমদে। কন্নিগুম্বা তুরেল অমনা মরন্নাই ওইনা লৈকংলাদা চেল্লববদি লৈকংলাদসু ইশীঙগাক্ত শায়-দুনা লৈহাও চেল্লগনী, মতৌ অদুগুম্না লীলা কথানা কৃপা তৌবিদুনা লৈয়েং-দা ফোং লাউনা থোকপিরবদি, মহৌশানা লীলা কীর্ত্তন তৌবা হৈরমদবা লৈহাও-চেন্দবা লৈয়েংসু লীলা-কীর্ত্তন তৌদুনা লৈহাও-চেনবা লৈয়েং ওইদুনা মহৈ যাল্লগনী।

লীলা-কথাবু স্বধু্নীগা ( স্বর্গগী গঙ্গাগা হায়বদি মন্দাকিনীগা ) চাংদম্নরি। মরমদি, মন্দাকিনীদি পবিত্রনী ( অশেঙবনী ), শেংদবা পোৎকা শম্নবগা মন্দাকিনী শেংদবা ওইদে, অহোইনদুম শেংদবা পোৎতু শেংলকয়ি ( পবিত্র ওইরকয়ি ), মতৌ অদুগুম্না শ্রীচৈতন্যগী লীলা কথাবু মছানা অদুম শেংজবনী, সংসার-বিষয়গী রাগা শম্নবদগী পবিত্র ওইদ্রবা লৈয়েংগা শম্নরগসু লীলাকথাগী অশেঙবদু ( পবিত্রতাদু ) মাঙদে, অহোইনদুম লীলা কথাগা শম্নবদগী লৈয়েংনে অদুগা লৈয়েংদুগী মপু জীবদুনে শেংগৎলকয়ি ( পবিত্রদুম ওইরকয়ি )।

লীলা কথাবু অমূক সুধা-স্বধুর্নী ( অমৃতগী মন্দাকিনী ) হায়না হায়রি। মন্দাকিনীদা ইশীঙ লৈ, মতু য়োনা হাউবা নত্তে; তৌইগুম্বসুং লীলাকথাগী মশক ওইবী মন্দাকিনীদা খ্বাইগীগুম্বা ইশীঙ য়াওদে, অমৃত ঙাক্তনী। মসিগী ভাব হাযববু, লীলাকথাদি পবিত্র ওইবগী মথক্তা অমৃত-গুম্বা হাউযি, শক শোন্বদা পামদবা পোক্তে, অহোইনদুম শক শোন্নীঙ-বগী খৌরাংবতু অস্থুম অস্থুম হেঙ্গৎলকযি।

লীলা-মন্দাকিনীবু লসৎ ( মতম পুম্বদা ঙাম্দুনা লংতুনতা লৈবিনী ) হায়রি। ময়মদি অসীনী, লৈকংলাগী মথক্তা তুরেন্না চেল্লরবসু মতু লৈক-লানা চূপশনখিতুনা মাঙখিবা যাই উরক্তবা য়াই, তৌইগুম্বসুং মতম পুম্বদা ঙাম্মোইতুনা লৈরিবী লীলাগী ইচেন্দি লৈয়েংগী মশক ওইবা লৈকংলাদা চেল্লবগা কদৌঙৈদসু খক্লোই, মবমদি লীলাদি মতমপুম্বদা ঙাম্মোইতুনদা লৈবনী।

শ্রীচৈতন্যগী লীলা মন্দাকিনীগী অতৈ লক্ষণ খরসু নৈনরিবা শ্লোক-সিদা পল্লি। অহান্নবদা, লীলাদি কীর্ত্তন-গান-নর্ত্তন-কলা পা-থোজনি-ভ্রাজিতা ওই হাযরি। মন্দাকিনীদা থম্বাল শাৎপগুম্বা লীলাগী মশক ওইবী মন্দাকিনীদসু থম্বাল শাংলী, লীলাগী পাথো-জনি ( থম্বালশিংদি ) কৃষ্ণ-উৎকীর্ত্তন ( শ্রীকৃষ্ণগী-নাম খোলহৌনা শোনবা ), গান ( শ্রীকৃষ্ণগী নাম রূপ-গুণ লীলানচিংবগী মবমদা শকপা ঈশৈ), নর্ত্তন (ঈশৈ শকপা মতমদা জগোইশাবা) হায়বা মরম অহুমসিদা কলা ( হৈশিংবা ) কৌবা থম্বালশিংতুনী। হাযবিবা থম্বালশিংসিনা ভ্রাজিতা ওইবা (লৈয়েংতুনা ফজরবা) লীলা-মন্দাকিনী অতুনী। মসিগী মর্ম্মার্থ-দি অসিনী, কৃষ্ণনামচিংবা খোলহৌনা শোনবদা, কৃষ্ণগী রূপ-গুণ-লীলানচিংবা কীর্ত্তন তৌবদা অমসুং কীর্ত্তন তৌবা মতমদা শাবা জগোইদা প্রভুনা অঙকফংনা হৈশিংবা ( বৈদগ্ধী ) উৎপনা মহাকী লীলাদি পুম্পেন-পেন্নঙাই ওইবা লীগানী।

অনীশুবা লক্ষণ হায়রগনা অসীনি, লীলা-মন্দাকিনী অসী সজ্জ-ক্তাবলিহংস-চক্র-মধুপশ্রেণী-বিহারাস্পদম্ ওই। মন্দাকিনী তুরেন্দি হংস (ঙাম্নু-কাঙ), চক্রবাক (ঙানুথঙোং) অমসুং মধুপ ( খোইমু ) পুম্বনা কাঙবু কাঙবু কোয়না শান্নরিবা মফম্নী ( বিহার-আস্পদম্ )। মতৌ অতুগুম্বা প্রভুগী লীলাগী মশক ওইবা মন্দাকিনীদসু ভক্তগী মশক ওইরা ঙাম্নু-কাঙঙনচিংবশিং শান্নৈ। সজ্জক্ত হাযবদি মোক্ষ ( অরান্-খুভম্ )

পান্থা ফাওবা য়াওনা মছাগী অপান্থা পূম্বা থাদোক্লুনা শ্রীকৃষ্ণগী মুংঙাই-বতনা মাগী লীঙন-ইপাক ওইরিবা অতুগুম্বা সাধু ভক্তবু হায়রিবনী। ভক্তশিংবু হংস, চক্রবাক অমসুং মধুপশিংগা চাংদম্নবসিনা তাক্পদি কনিষ্ঠ ( ইহুন্-হম্বরা ), মধ্যম ( মযায ওইরা ) অমসুং উত্তম ( মকোক ওইবা ) মখলগী ভক্ত লৈ হায়বতু তাকপনী। ভক্ত মখল অহুমমক্তীনা শ্রীচৈতন্যগী অমৃতগী মশক ওইবা লীলা আস্বাদন তৌরগা নুংঙাইজে।

অহুমগুবা লক্ষণ হায়রগনা অসীনী, লীলা মন্দাকিনী অসী কর্ণা-মন্দি-কলধ্বনিঃ ওই। মন্দাকিনীগী ইচেন্দা ঈঙনা থুম্নবা ঈচেল অমা থোকপগুম্না লীলা-মন্দাকিনীদসু থোকযি। শ্রীচৈতন্যগী লীলা কথাহু ফোঙদোকপদা য়াওরিবা শব্দশিংতুগী খোন্থোক থুম্মী, মতু নাকোঙনা তাবদা নুংঙাইবগী ঈচেল চেম্বে।

## মুল ৩

জয় জয় শ্রীচৈতন্য জয় নিত্যানন্দ।
জয়াদ্বৈতচন্দ্র জয় গৌরভক্তবৃন্দ ।। ৩ ।।

## শব্দার্থ

জয় জয়—জয় পুম্বা ওইসনু, শ্রীচৈতন্য—শ্রীচৈতন্যগী, জয়—জয়, নিত্যানন্দ—শ্রীনিত্যানন্দ প্রভুগী ; জয়—জয়, অদ্বৈতচন্দ্র—শ্রীঅদ্বৈত আচার্য্যগী, জয়—জয়, গৌরভক্তবৃন্দ— গৌরাঙ্গ মহাপ্রভুগী ভক্তশিংগী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগী, শ্রীনিত্যানন্দগী, শ্রীঅদ্বৈতচন্দ্রগী অমসুং শ্রীশ্রীগৌর ভক্তশিংগী জয় ওইরসনু।

## তৈনরোল

পযারশিংগী বাক্যনা লাইরীক-লেংবা কবিরাজ গোস্বামীনা মানা লীখরকদবা বিষয়গী মাথকৈদা শ্রোতাশিংগী শুক্রীঙ চিংশল্লী।

## মুল ৪

তৃতীয় শ্লোকের অর্থ করি বিবরণ।
বস্তুনির্দ্দেশরূপ মঙ্গলাচরণ ।। ৪ ।।

### শব্দার্থ

তৃতীয়—অহুমশুবা , শ্লোকের—শ্লোক-কী , অর্থ—অর্থ , করি—তৌগে , বিবরণ—রারোল-তাকপা , বস্তু—অমতা ভায়বা পোৎ (অদ্বয় বস্তু) , নির্দ্দেশরূপ—তাক্পগী মশক ওইবা , মঙ্গলাচরণ—মঙ্গল ওইনবগী মশক ওইবা শাজং।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অহুম-শুবা শ্লোক-কী অর্থ শুগায়না হায়গে। মসিদি অদ্বয়বস্তু তাকপগী মশক ওইবা মঙ্গলাচরণ-নী।

### মূল ৫

যদদ্বৈতং ব্রহ্মোপনিষদি তদপ্যস্য তনুভা
য আত্মান্তর্য্যামী-পুরুষ ইতি সোহস্যাংশবিভবঃ।
ষড়ৈশ্বর্য্যৈঃ পূর্ণো য ইহ ভগবান্ স স্বয়ময়ং
ন চৈতন্যাৎ কৃষ্ণাজ্জগতি পরতত্ত্বং পরমিহ॥

[ শব্দার্থ অমসুং মৈতৈলোন্গী হন্দোকপচু অহান্বা পরিচ্ছেদগী অহুমশুবা শ্লোক অতুদা য়েংবিয়ু ]

### মূল ৬

ব্রহ্ম, আত্মা, ভগবান্—অনুবাদ তিন।
অঙ্গপ্রভা, অংশ, স্বরূপ—তিন বিধেয় চিহ্ন॥

### শব্দার্থ

ব্রহ্ম—নির্বিশেষ (শক্লাইদবা) ব্রহ্ম ; আত্মা—জীবগী মনুঙদা লৈবা ( অন্তর্য্যামী ) পরমাত্মা , ভগবান্—ভগবান্ , অনুবাদ—খঙলবা পোৎ , তিন—অহুম্নী , অঙ্গপ্রভা—হকচাঙগী মঙাল , অংশ—মশুং, শরুক , স্বরূপ—মছামক , তিন—অহুমদি , বিধেয়—খঙত্রিবা পোৎকী , চিহ্ন—খুদম ,

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শক্লাইদবা ব্রহ্মনে, জীবগী মনুঙদা লৈবা ( অন্তর্য্যামী ) পরমাত্মানে

অদুগা ভগবান্-নে অহমসী অনুবাদ-নী (জ্ঞাতবস্তুনী—খণ্ডনরবা পোৎনী)। হকচাঙগী মঙাল, শরুক, মহামক—অহমসী বিধেয়গী (খঙনদ্রিবা পোৎকী) খুদম্নী।

## নৈনরোল

লাই-নীঙবশিংগী মরক্তা কনামনা নির্ব্বিশেষ ( শরুক্লাইদবা ) ব্রহ্মবু নীঙঙী, কনা কনানা জীবগী মনুঙদা লৈরিবা অন্তর্য্যামী পরমাত্মাবু নীঙঙী, কনা অমনা ভগবান্‌বু নীঙঙী। মরমসীনা, ব্রহ্ম, আত্মা অমসুং ভগবান্ হায়না লৈরিবা নীঙনঙাই পোৎ অহুমসিগী রা অয়াম্বনা খঙনরবনী, শব্দ অহুমসিবুসু অযাম্বা মীনা খঙনৈ। অদুগা তত্ত্ব অহুমসিগী মতৌ-মরাংদি অযাম্বনা খঙনদে। যদদ্বৈতং হায়বা শ্লোক অসিদা তত্ত্ব অহুমসি করম তৌম্নি হায়বদু নৈনরি। ব্রহ্মদি শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য প্রভুগী অঙ্গ-কান্তিনী ( হকচাঙগী মঙাল্নী )। মতৌ অসুম্না আত্মাদি শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগী অংশনী (শরুক্নী) অমসুং ভগবান্‌দি ( নারায়ণদি ) শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগা স্বরূপ অমতনী হায়বদি বিলাস-স্বরূপ-নী।

জ্ঞান মার্গগী লাইমীঙবশিংনা ব্রহ্মবু, যোগমার্গগী কাঙবুনা পরমাত্মাবু অমসু, রামানুজ-সম্প্রদায়গী ভক্তশিংনা পরব্যোমগী অধিপতি ওইরিবা নারায়ণবু পরতত্ত্বনী ( পূঙথোই থোইবা অদুনী ) হায়। যদদ্বৈতং শ্লোকসী নৈনদুনা কবিরাজ গোস্বামীনা উৎলিবদি মখোয় অহুমসী ( ব্রহ্মা, আত্মা, ভগবান্ হায়বসী ) অমত্তসু পরতত্ত্ব নত্তে হায়না উৎলি। শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যতনা পরতত্ত্বনী, অদুগা মখোয়সীনা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগী আবির্ভাব-বিশেষ (শকউৎমখল ) তাক্নী। পরব্যোমদা মশীঙ নাইদনা ভগবৎ-স্বরূপ লৈ। শ্লোকসিগী ভগবান্ শব্দনা পরব্যোমগী ভগবৎ-স্বরূপ পূম্নমক্কুম্বু খঙনববসু মখোয় লোয়নমক্কী অধিপতিদি ( মবুঙেঙাদি ) পরব্যোমনাথ নারায়ণ-নী, রামানুজ সম্প্রদায়গী ভক্তশিংনা নীঙজরিবা নারায়ণ অসীমুনী শ্লোকসিগী ভগবান্ শব্দনা খঙহল্লিবদি, মরমদি, নারায়ণসিনা পরতত্ত্ব ওইবদু করুথংলবদি পরব্যোমদা লৈরিবা ভগবৎ স্বরূপ অতৈবু পরতত্ত্বনী হায়বা য়ারোই।

**অনুবাদ হায়বদি খঙনদুনা লৈরিবা অহবু হায়বনী; অনুবাদ কহি তারে—যেই হয় জ্ঞাত। খঙদ্রিবা অদুবু বিধেয় কৌরি, বিধেয় কহি তারে—যে বস্তু অজ্ঞাত।**

## মূল ৭

অনুবাদ আগে পাছে বিধেয় স্থাপন।
সেই অর্থ কহি, শুন শাস্ত্র বিবরণ ॥ ৭ ॥

### শব্দার্থ

অনুবাদ—অখঙবা পোৎ ( জ্ঞাতবস্তু ), আগে—মাঙদা, পাছে—তুংদা, বিধেয—খঙদবা পোৎ ( অজ্ঞাতবস্তু ), স্থাপন—থম্বা, সেই—মদু, অর্থ—অর্থ, কহি—হায়গে, শুন—নাকোঙনা তাও, শাস্ত্রবিবরণ—শাস্ত্রগী ৱারোল।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অনুবাদনা মাঙদা অতুগা বিধেযবুনা তুংদা থম্মে। অর্থতু শাস্ত্রনা হায়বা ৱারোল মতুং ইন্না হায়গে।

### নৈনরোল

বাক্যশেষ্বগী মতাঙদা অলঙ্কার-শাস্ত্রগী নিযমদি অসিনী, মাঙদা অনু-বাদ খঙহন্‌বা শব্দ থমগদবনী, অতুগী তুংদা বিধেয় খঙহন্‌বা শব্দ থমগদবনী। অনুবাদ হান্না হাযদ্রগা বিধেয়বু কদৌৱেদনু হান্নুনা হায়নদে। হায়রিবা বিধান-সী নীঙশীঙলগা বাক্য খুদিংগী অর্থ হনগদবনী। বিধান-সিগী মতুং ইন্না যদদ্বৈতং শ্লোক-সী নৈনরগা ফংবদি অস্মীনী, শ্লোকসিগী অহান্‌বা পরেংদা ( চরণ-দা ) হায়রি "উপনিষৎ-তা পল্লিবা ব্রহ্মতু মহাকী হকচাঙ মঙাম্নী ( তনুভা )।" বাক্যসিদা অহান্‌বদা ব্রহ্ম শব্দ পল্লী, অতুগী তুংদা "হকচাঙ-মঙাল" শব্দ পল্লী, মরমসীনা ব্রহ্ম-শব্দনা অনুবাদ-নী, অতুগা 'হকচাঙ-মঙাল'—শব্দনা বিধেয়নী। মতৌ অমুম্না অনীশুবা চরণ-গী আত্মা-শব্দ অনুবাদ-নী, ষড়ৈশ্বর্য্যৈঃ পূর্ণঃ শব্দনা ফোঙদোক্লিবা স্বরূপ-শব্দনা বিধেয়নী। মরমদি আত্মা-শব্দগী তুংদা অংশ-শব্দ পল্লী। অতুগা ভগবান্-শব্দগী তুংদা স্বরূপ-শব্দ পল্লী। মতৌ অমুম্না ৱারেংগী মতৌদগী খঙবা ওম্বদি ব্রহ্ম, আত্মা অমসু ভগবান্ অহুমসিনা খঙনরবা পোৎনী ( জ্ঞাতবস্তুনী ) অতুগা হকচাঙ মঙাল ( অঙ্গপ্রভা ), অংশ অমসুং স্বরূপ ( মহাকী শক্ ) হায়বা অহুমসিনা খঙনদবা পোৎনী ( অজ্ঞাতবস্তুনী ) হাযবসিনী।

ময়মসিনা, "ব্রহ্ম ওইরিবা মহাক্ অত্তু শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগী অঙ্গ-প্রভানী ( হকচাঙ-মঙাল্নী )" হায়না হনবা অর্থনা শাস্ত্রগী মতুং ইন্‌বনী, "শ্রীকৃষ্ণ-চৈতন্যগী অঙ্গপ্রভা ওইরিবা অত্তুনা ব্রহ্মনী" হায়না অর্থ হল্লবদি নাতৈ চান্রে, মরমদি অকোন্বগী বাক্যদা বিধেয় ( অঙ্গ-প্রভা ) অসিবু হান্না পল্লে, মসিদি শাস্ত্র-ইন্দবা হায়বত্তুনী। শ্লোক-কী অতৈ শব্দকশিংগী অর্থসু হায়রিবা ক্রম (মথং-মনাও) অসিগী মতুং ইন্না অর্থ হন্‌বা তাকনী।

সেই অর্থ হায়বদি "মাওদা অনুবাদ তুংদা বিধেয় থমগদবনী" হাযবা নিয়মসিগী মতুং ইন্না ওইগদবা অর্থ ( ব্যাখ্যা ) অত্তু হায়বনী।

## মূল ৮

স্বয়ং ভগবান্ কৃষ্ণ, বিষ্ণু-পরতত্ত্ব।
পূর্ণজ্ঞান পূর্ণানন্দ পরম মহত্ত্ব ॥ ৮ ॥

### শব্দার্থ

স্বয়ং—মহামক, ভগবান—পরমেশ্বর ভগবান, কৃষ্ণ—শ্রীকৃষ্ণ, বিষ্ণু—লোইনমকপু শরা-শন্না কুপ্লিবা বিষ্ণু, পরতত্ত্ব—পুঙথোই থোইবা পোৎ, পূর্ণজ্ঞান—মপুঙফাবা জ্ঞান (খঙবা), পূর্ণ-আনন্দ—মপূঙ-ফাবা নুংঙাইবা, পরম—পুঙথোই-থোইবা, থোইরেল্—থোইবা, মহত্ত্ব—মতীক-ময়াই।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভগবান্ মহামক ওইবা শ্রীকৃষ্ণনা পুন্নমকপু কুপ্লিবা বিষ্ণুগী পরতত্ত্বনী ( থোরকৃফম্ মকোক্নী )। মহাক্কী মপূঙ-ফাবা জ্ঞান-নী, মপূঙফাবা আনন্দনী অমসুং থোইরেল-থোইবা তত্ত্বনী।

### নৈনরোল

শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগী তত্ত্ব ব্যাখ্যা তৌরকপদা শ্রীকৃষ্ণগী তত্ত্ব করিনো হাযরি, শ্রীকৃষ্ণগী তত্ত্ববু খঙত্রবদি শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগী তত্ত্ববু খঙবা ঙম্রোই, মরমদি শ্রীকৃষ্ণমক্তা চৈতন্য ওইনা লোংশুল্লকপনী। স্বয়ং ভগবান্ হায়ব-সিনা খঙহল্লিবদি অসিনী—মহাক্তা পুন্নমক্কী মূল ( মরু ) ওইবা, মহাক্কী ভগবত্তাদগী অতৈগী ভগবত্তা ওইরকপা, অত্তুগুম্বা স্বয়ং ভগবান্ ( মহামক্তা

ভগবান ) হায়বত্তুবু খগুহল্লবনী। শ্রীকৃষ্ণদি স্বয়ং ভগবান্‌—নী হাযবা রা-ফমসী শ্রীমদ্ভাগবতমদা হাযরি—"কৃষ্ণস্তু ভগবান স্বয়ম্‌॥ ১/৩/২৮॥" অমুকস্নু ব্রহ্মসংহিতাদা হায়রি—"ঈশ্বরঃ পরমঃ কৃষ্ণঃ সচ্চিদানন্দবিগ্রহঃ। অনাদিরাদির্গোবিন্দঃ সর্ব্বকারণকাবণম্‌॥ ৫/১॥" গোপাল তাপনীশ্রুতি পূর্ব্ব ৩-দসু হায়বি—"কৃষ্ণো বৈ পরমং দৈবতম্‌।" ভগবান শব্দসীনা পরতত্ত্ব ওইবগী থোইদোকপা রারোল অমা তাক্লী। পরতত্ত্ব হাযবদুর্দি পুঙথোই-থোইবা পোৎ, পুম্নমক্কী মরু ( মূল ) ওইবা পোৎ ( সর্ব্বকারণ-কারণম্‌, পরম দৈবত ) হাযবনী। শ্রীকৃষ্ণদি পূর্ণ-জ্ঞান নী ( মপুঙফাবা জ্ঞানতত্ত্বনী )। চিৎ ওইবা পোৎপু জ্ঞান কৌযি, "জ্ঞানং চিদেকরূপম্‌—সন্দর্ভঃ।" চিৎতনা স্বরূপ ওইরিবা মহাক, মঙোন্দা চিৎ-নত্তবা হায়বদি প্রাকৃত (জড়—খঙদবা) ওইবা পোৎ অমতা যাওদে, অদুগুম্বা মহাক অদু-তনা জ্ঞান স্বরূপ ওইবনী। পয়ারসিদা কৃষ্ণদি "পূর্ণ জ্ঞান নী" হাযরী। পূর্ণ ( মপুঙফাবা ) হায়বা শব্দনা তাক্পদি মীপাস্তাংদবা স্বয়ংসিদ্ধ ( মথন্তনা ওইবা ) ওই হাযবদু তাক্লী। মবমদি মাগী অবাংপা করিমতা লৈতে। অরাংপা লৈরবদদা মীপান তাংবনী। মবমদুনা পূর্ণজ্ঞান শব্দনা অদ্বয়-জ্ঞানতত্ত্ব ওইবা স্বয়ংসিদ্ধ ওইবা জাতি তিন্নদুনা নত্রগা তিন্নদদুনা থেম্নবা লৈত্রবা চিৎ অতুমত্তনা ওইবা স্বরূপ পু খঙহল্লী। শ্রীকৃষ্ণদি পূর্ণানন্দনী হায়বি। মপুঙফাবা নুংঙাইবনা মহাক্কী ওই হাযদুনা মাবু পূর্ণানন্দ ওই হাযরিবনী। মহাক পরম মহত্ত্বনী হাযবদি স্বরূপ-তা শক্তিদা অমসু, শক্তিদুগী থবক লীলাদা, ঐশ্বর্য্যদা মাধুর্য্যদা মওং খুদিংমক্তা পুম্নমক্তগী পুঙহেন্‌ হেন্‌বনী।

## মূল ৯

'নন্দসুত' বলি' যাঁরে ভাগবতে গাই।
সেই কৃষ্ণ অবতীর্ণ চৈতন্য গোসাঞি॥ ৯॥

## শব্দার্থ

নন্দসুত—শ্রীনন্দ মহারাজাগী মচানুপো, বলি'—হায়না, যাঁরে—মহাক্পু, ভাগবতে—শ্রীমদ্ভাগবত গ্রন্থদা, গাই—শক শোল্লী, সেই—মদু, কৃষ্ণ—শ্রীকৃষ্ণনা, অবতীর্ণ—নোংঙাক্লকপা, চৈতন্যগোসাঞি—শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনী।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

শ্রীমদ্ভাগবতম্-না মহাকপু শ্রীনন্দ মহারাজাগী মচাবুডোনী হায়রিবা, শ্রীকৃষ্ণ অতুনা শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভু ওইনা নোংগুম্বিরক্লে।

## নৈনরোল

অদ্বয়জ্ঞানতত্ত্ব ওইবা স্বয়ং ভগবান্ **শ্রীকৃষ্ণবু** পুরাণ লক্তা অথোইবা মকোক ওইরিবা শ্রীমদ্ভাগবতম্না **নন্দসুত** ( শ্রীনন্দ মহারাজাগী মচানুপা ) হায়না শক-শোল্লী। শ্রীলকৃষ্ণদাস কবিরাজনা হাম্বিবনা নন্দসুত শ্রীকৃষ্ণ অতুনা শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভু ওইনা নোংগুম্লকপনী হায়বসিনী।

স্বয়ং ভগবান্ মহাক্না করম্না নন্দসুত ( নন্দ মহারাজাগী মচানুপা ) ওইবা যাগদৌরিবা—হায়না কনাগুম্বনা যেংপা য়াই। **নন্দসুত** হায়রগা খঙনরিবদি মহাক ওইনবা হোৎনবদা নন্দগী মপান্তাংবা হায়বহু ওইবা তাই, মরমতুনা মহাক করম্না **স্বয়ং ভগবান্** হাযবহু ওইবা যাগদগে? পাউখুমদি অসিনী—শ্রীকৃষ্ণ স্বয়ংসিদ্ধ ভগবান্সুনী, অতুগা অমুকসু মহাক নন্দসুতসুনী। রাফমসীগী তাইশিন্নফমদি সমাধানদি অসিনী। শ্রুতিনা মহাকপু রসগী মশক্তী ( রস-স্বরূপ-নী ) হায়, **রসো বৈ সঃ।** রস-শব্দগী অর্থ অনীনী—মহাও-তংনঙাই ওইবা রস অমসুং রসবু মহাও তংলিবা রসিক ( রস্যতে ইতি রস. অমসুং রসয়তি ইতি রস. )। রস ওইনা মহাক মহাও-তংনঙাই ওইবনী ( আস্বাদ্যনী ) অতুগা রসিক ওইনা মহাক মহাও-তংবা মীশক ওইবনী (আস্বাদক-নী)। মহাক্না আস্বাদন তৌরিবদি ( মহাও তংলিবদি ) করিনো? মহাক্না আস্বাদন তৌবদি—লীলা রস হায়বতুনী, মরমসিনা মহাকপু লীলা-পুরুষোত্তম কৌরিবনী—**কৃষ্ণো বৈ পরমং দৈবতম্।** দিব ধাতুগী অর্থদি ক্রীড়া-(শান্নবা) হায়বদি লীলা হায়বনী, দৈবতম্গী অর্থদি লীলা-পাম্বা হায়বনী। অনাদিকাল-দগী হৌনা মহাক লীলা পুরুষোত্তম ওইনা লীলারস চুপ্লক্লিবনী। অতুবু লীলা (শান্নবা) হায়বসিদি মী অমতনা শান্নবা যাদে, মী অতৈগা লোয়নন শান্নগদবনী। শ্রুতিনা হায়রি—শ্রীকৃষ্ণনা অনাদিকালদগী লীলা শান্নরক্লী। অতু ওইরবদি লীলাগী শান্নরোই ( সঙ্গ হায়বদি লীলা-পরিকর ) অনাদি কালদগী লৈরকফি হায়রসী ঈলায় লায়না খঙবা ঙম্মী। লীলাগী পরিকর ( শান্নরোই ) পুম্নমক অসিসু অনাদি ( মহৌন্দগী অহান্বা লৈত্রবা ) ঙাক্লনী। শ্রীকৃষ্ণদি পূর্ণ ( মপূঙ-ফাবা ), মী-পান্তাংদবা ( অন্যনিরপেক্ষ ) অমসুং মথন্তনা

মুংঙাই-হৈবা (আত্মারাম) হায়বদুনীনা লীলা-পরিকরশিংদো শ্রীকৃষ্ণদগী তোপ্পোপ্পা নত্তে—মখোয়দি মহাক্কী অংশ-নী হায়বদি শক্তিনী। তশেং-বদি অনাদিকালদগী মহাগী অংশনা নত্রগা শক্তিনা লীলাগী পরিকর ওইনা শ্রীকৃষ্ণ মহামক্তা প্রকট ( শক্‌ফোং ) ওইবীদুনা হেক হেক শান্নে।

শ্রীকৃষ্ণনা দাস্য ( মনাই ওইবা ), সখ্য ( মমান্নবা ওইবা ), বাৎসল্য ( মপা মমানা মচাবু মুংশিবা ) অমসুং মধুর (মুপী-মুপা মুংশিনবা) হায়বা ভাব (মুংশিবা) মখল মরিগী পরিকরশিংগা লোয়ননা ভাব মরি অসীগী রস তংদুনা লাক্লি। বাৎসল্য-রসগী মহাও তংগে হায়রবদি মপা মমা য়াওবা তাই, মরমদুনা শ্রীকৃষ্ণগী শক্তিনা অনাদিকালদগী মপা-মমা (নন্দ-যশোদা) ওইনা তোঙান-তোঙান্‌বা শক্তম্‌ লৌদুনা লৈরক্লি। স্বরূপকী অশেঙবা থিরুরগদি নন্দ যশোদানা কৃষ্ণবু পোকপা নত্তে, অদুন্নদি ওইরগা প্রেমগী লীচীঙনা নন্দ-যশোদাবু শ্রীকৃষ্ণনা মাগী মপা-মমানী হায়না খল্লী, নন্দ-যশোদা মাগী মপা-মমানী, মখোয়নসু শ্রীকৃষ্ণবু মচানী হায়না খল্লী। মখোযগী থম্মোইমুংদা অনুভূতি তৌবসু অস্মুন্নমক তৌরিবনী। মরমসীনা শ্রীকৃষ্ণবু নন্দনিংথৌ মপারি ( নন্দসুত ) হায়রিবনী। নন্দসুত-শব্দনা খণ্ড হন্‌বদি শ্রীকৃষ্ণবু পোকপা য়াবা অমনী হায়বা নত্তে, থোইদোক্লা মানা বাৎ-সল্যরস পাম্ববু খণ্ডহনবনী।

## মূল ১০

প্রকাশ-বিশেষে তেঁহো ধরে তিন নাম—

ব্রহ্ম, পরমাত্মা আর পূর্ণ ভগবান্‌ ॥ ১০ ॥

## শব্দার্থ

প্রকাশ—শক্‌ফোঙ, বিশেষে—মখল মখল্দা, তেঁহো—মহাক্লা; ধরে—লৌয়ি, তিন—অহুম, নাম—মিং, ব্রহ্ম—ব্রহ্ম; পরমাত্মা—জীবগী মুংদা লৈবা অন্তর্য্যামী পরমাত্মা; আর—অদুগা, পূর্ণ—মপুঙ ফ.বা; ভগবান্‌—ভগবান।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শকফোঙ (প্রকাশ) তোঙান্‌ তোঙান বগী মতুং ইন্না মহাক্লা (শ্রীকৃষ্ণ-না) মিং অহুম লৌয়ি, মদুদি—ব্রহ্ম ( শক্লাইদবা ব্রহ্ম ), পরমাত্মা অদুগা পূর্ণ ( মপুঙফাবা ) ভগবান।

## তৈনরোল

শব্দফোঙ তোঙান তোঙানবগী ( প্রকাশ বিশেষগী মতুং ইন্না শ্রীকৃষ্ণগী মিং অহুম লৈ হায়না হায়রি। মসীনা তাক্পদি মিং অহুমসী শক্তম অমখক্তগী ওইবা মিং নত্তে, তৌইগুম্বনুং মাগী প্রকাশ মখল মখলগীনী। প্রকাশ-বিশেষে হায়বা শব্দগী মনুঙদা যাওরিবা বিশেষ শব্দনা উৎলিবদি প্রকাশ অমতগী মিং অহুম লৈ হাযবা নত্তে, বিশেষ বিশেষ ( তোঙান্-তোঙানবা ) প্রকাশগী বিশেষ বিশেষ ওইবা মিং লৈ হাযবনী। প্রকাশ মখল অমগী মিংনা ব্রহ্ম-নী, অতোপ্পা প্রকাশ মখল অমগী মিংনা পরমাত্মা-নী, অমুকসু অতোপ্পা মখল অমগী প্রকাশগী মিংনা পূর্ণ-ভগবান নী, স্বয়ংরূপকী মিংনা শ্রীকৃষ্ণনী। শ্রীকৃষ্ণগী স্বয়ং-রূপ-তগী হেন্দোকপা প্রকাশ অহুমগী বা পয়াবসিদা হাযরিবনী। পযারসিদা প্রকাশ শব্দসী পারিভাষিক অর্থদা শীজন্নবা নত্তে, প্রকাশ-গী অর্থদি মফমসিদা শক উৎপা ( আবির্ভাব-থোরকপা ) হাযবনী। ভগবান্-শব্দগী খমথেংবা মতাঙদি শ্রীকৃষ্ণদা লৈ, মরমসীনা স্বযংরূপ শ্রীকৃষ্ণবু স্বয়ং ভগবান কৌরিবনী। পরব্যোমদা শীঙলাকুঙমদবমথৈ লৈরিবা ভগবৎস্বরূপ সু ভগবান-নী, অদুবু মখোয কনামতনা স্বযং ভগবান নত্তে, শ্রীকৃষ্ণগী ভগবত্তাদগী মখোয়গী ভগবত্তা ( ভগবান ওইবা ) হায়বদু থোবকপনী। হাযরিবা ভগবৎ স্বরূপশিংগী মনুঙদা পরব্যোমগী মবুঙো ( অধিপতি ) নারায়ণ না পুঙথোইথোইবা মকোক্নী, শ্রীনারাযণ অসী শ্রীকৃষ্ণগী বিলাস-রূপ-নী, অদুনা মহাকপু পূর্ণ ভগবান্ কৌরিবনী।

শক্তি বর্গ-লক্ষণ-তদ্ধর্ম্মাতিরিক্ত, কেবলং জ্ঞানম—অসীবু ব্রহ্ম কৌয়ি। পরতত্ত্বগী ধর্ম্মদি মহাকী শক্তিশিংনা লক্ষণ ওইদুনা তাকযি, শক্তিশিংনা তাক্লিবা ধর্ম্মদগী হেন্দোকপা জ্ঞান-তমক ওইবা ( হায়বদি চিং-সত্তাদমক ওইবা ) অদু ব্রহ্ম-নী, পরতত্ত্বগী স্বরূপ-তা শক্তি শীজন্নবগী থবক অমতা তশেংনা য়াওদ্রবা, অদুগা চিৎ-সত্তাদমক নত্রগা আনন্দ সত্তাদমক ওইরিবা স্বরূপ অদু ব্রহ্মনী। স্বয়ং-রূপ শ্রীকৃষ্ণগীদি শীঙলাক ঙমদবা শক্তি লৈ অদুবু অমুকসু মাগী শীঙলাক-ঙমদবা স্বরূপ ( শক্তমসু ) লৈ, হায়বদি মাগী শক্তিনা তৌরিবা থবকশিংগী অথোই-অহেন মতুং ইন্না মহাক শীঙলাক্-ঙমদবা রূপ-তা ( শক্তম্দা ) শকুউৎলী। অসিগুম্বা স্বরূপশিংগী মনুঙদা স্বরূপ অমথক য়াওরি, স্বরূপ অদুদদি মহাকী শীঙলাক্-ঙমদব্রা শক্তিশিংগী মরক্তগী শক্তি অমতসু ফোঙদোক্তে, মদু শ্রীকৃষ্ণগী নির্ব্বিশেষ

( শক্লাইদবা ) স্বরূপ অমনী, হায়রবদি মতুগী করিগুম্বা গুণ নত্রগা বিশেষণ অমতা লৈতে। স্বরূপ অসিদি চিৎ সত্তাদমক নত্রগা আনন্দসত্তাদমক ওইনা লৈ। মসিগী শক-গুণ লীলানচিংবা করিমতা লৈতে। অসিগুম্বা নির্বিশেষ ( শক্লাইদবা ) স্বরূপকী মিংদি ব্রহ্ম কৌযি। জ্ঞান মার্গগী সাধক অদ্বৈত-বাদীশিংনা নির্বিশেষ স্বরূপসিবুদা নীওঙী। ব্রহ্ম শব্দগী মুখ্য (মরুওইবা) অর্থদি স্বয়ং ভগবান শ্রীকৃষ্ণবু খঙহল্লবস্তু রূঢ়ি-অর্থদদি শ্রীকৃষ্ণগী নির্বিশেষ স্বরূপ-ছুবুদা খঙহল্লী।

**পরমাত্মা** হাযরগা অন্তর্য্যামী (মন্নুংদা লৈবা) খঙহল্লী। অন্তর্য্যামী মথল অহুম্নী, ব্রহ্মাণ্ড পুম্নমক্কী মপুম অতুগী ( সমষ্টি ব্রহ্মাণ্ডগী ) অন্তর্য্যামী ( কারণার্ণবশায়ী সহস্রশীর্ষা পুরুষ ), ব্রহ্মাণ্ড অমমম্গী ( ব্যষ্টি ব্রহ্মাণ্ডগী ) নত্রগা ব্রহ্মাগী অন্তর্য্যামী ( গর্ভোদশাযী পুরুষ ), অতুগা জীব খুদিংগী ( ব্যষ্টি জীবগী ) অন্তর্য্যামী ( ক্ষীরোদশায়ী চতুর্ভুজ পুরুষ )—অন্তর্য্যামী মথল অহুমসিনী। মখোয লোইনমক্ সবিশেষ নী ( শক্লাইবনী ) রূপ-গুণ চেনবনী। মখোযসী স্বয় ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী অংশ শক্লোন্নী। মখোয়সী শ্রীকৃষ্ণ মছামক্কী অংশ ওাক্তনীনা চিৎশক্তি চেন্‌বনী। অতুবু মায়াগী ওইবা সৃষ্টিগী থবক্কা শম্নবা মরম্না মায়া-শক্তিগা লোযননা মখোয় থবক তৌয়ি। অতু ওইরবস্তু মখোয়দা মাযা চঙদে ( হাযবদি মখোয় মাযাতীত-নী ), মখোয মায়া-শক্তিগী মবুঙো ওইতুনা অহুম লৈ। অন্তর্য্যামী মথল অহুম ওইববস্তু নৈনবিবা পযারসিদা যাওবিবা পবমাত্মাসী ব্যষ্টি জীবগী অন্তর্য্যামী পবমাত্মাতুবু হায়বনী।

**পূর্ণ ভগবান্** হাযবগা খঙনবিবদি বিষ্ণু-পুরাণগী মতুং ইন্না মপান্নাই-দবা জ্ঞান শক্তি-বল-ঐশ্বর্য্য-বীর্য্য অমস্তুং তেজ° চেনবা, অহুগা তূকচনঙাই ওইবা প্রাকৃত গুণ য়াওদবা, অতুম্নদি ওইরগা প্রাকৃত-নত্তবা গুণখিবিকপু মপান্নাইদনা চেল্লিবা, অতুগুম্বা মহাকপু খঙনৈ। "জ্ঞান-শক্তি-বলৈশ্বর্য্য বীর্য্য তেজাংস্যাশেযতঃ ভগবচ্ছব্দবাচ্যানি বিনা হেয়ৈর্গুণাদিভিঃ ॥—বিষ্ণু পুরাণ।" নৈনরিবা পয়ারসিদা য়াওরিবা পূর্ণ ভগবান-দি পরব্যোমগী অধিপতি ঐশ্বর্য্য তরক্কা পূর্ণ ওইরবা নারায়ণতবুনী, মতুগী প্রমাণদি মূল ২৩-২৪ পয়ারনা উৎলী। হায়রিবা নারায়ণসীদি শ্রীকৃষ্ণগী বিলাস-স্বরূপনী অমস্তুং ভক্তিমার্গগী লাৎনঙাইনী। নারায়ণ অসী খুৎ-মরি-লোঙবনী, শংবান্নবা কুচুনী ( শ্যামবর্ণনী )।

## মূল ১১

বদন্তি তত্তত্ত্ববিদস্তত্ত্বং যজ্‌জ্ঞানমদ্বয়ম্‌।
ব্রহ্মেতি পরমাত্মেতি ভগবানিতি শব্দ্যতে ॥ ১১ ॥

## শব্দার্থ

বদন্তি—হায়, তৎ—মদু, তত্ত্ববিদঃ—তত্ত্ব খঙবশিংনা, তত্ত্বম্‌—তত্ত্ব, যৎ—মদু, জ্ঞানম্‌—জ্ঞান ( খঙবা ), অদ্বয়ম—অনীগুদবা, অমত-ঙ যবা, ব্রহ্ম—ব্রহ্ম, ইতি—অস্মূম্না, পরমাত্মা—পরমাত্মা, ইতি—অস্মূম্না, ভগবান্‌—ভগবান, ইতি—অস্মূম্না, শব্দ্যতে—খঙনৈ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

তত্ত্ব-খঙবা পণ্ডিতশিংনা অনীগুদবা জ্ঞান বু ( অদ্বয়-জ্ঞানবু ) তত্ত্বনী হায। তত্ত্বদুদি ( অওইবদুদি ) ব্রহ্ম, পরমাত্মা অমসুং ভগবান হায়বা মিংনা খঙনৈ।

## নৈনরোল

তত্ত্ব হাবসিদি পরম সুখ স্বরূপ ( পুঙথোই-থোইবা নুংঙাইবনা মাগী ওইবা ) পোৎ হাযবনী, মরমসিনা মসী পুরুষার্থ ( মীওইবনা থিগদবা ) পোৎলক্‌পা পবম ( পুঙথোই থোইবা ) পোৎনী। পরম-পুরুষার্থ ওইবা পোৎপু খঙবা মীবু তত্ত্ববিৎ কৌযি। তত্ত্ব খঙবশিংনা হায়—অদ্বয়-জ্ঞান ( অনীগুদবা অমতমক ঙাযবা জ্ঞান ) হাযবদুবু তত্ত্ববস্তু নত্রগা পরম পুরুষার্থভূত বস্তু কৌয়ি। চিৎ ঙাক্তনা ওইবা, মদুদা অচিৎ হাযবদি প্রাকৃত ওইবা পোৎ করিমতা য়াওদবা পোৎতুনা জ্ঞান-বস্তু ওইরিবনী। জ্ঞান-শব্দগী অর্থ চিৎতনা ওইব। মরম্না মঙোন্দা লৈবা শক্তিসু চিৎ-শক্তিনী, মঙোন্দা প্রাকৃত শক্তি ( জড ওইবা শক্তি ) যাওদে। অদ্বয় শব্দগী অর্থদি অমতমক-ঙায়বা ( একমেব ), অনীগুদবা ( অদ্বিতীয়ম ), ভেদশূন্য ( খেন্নবা অমা লৈতবা ) হায়বনী। ভেদ ( খেন্নবা ) হাযবসীগী মখল অহুম লৈ, মদুদি—সজাতীয় ভেদ (শাগৈ অমতগী ওইবা মরক্তা খেন্নবা), বিজাতীয় ভেদ ( শাগৈজাৎ তিন্নদবা মরক্তা খেন্নবা ) অদুগা স্বগত ভেদ ( পোৎ অমা শাগৎলকপদা শাগৎপগী মচাক মরক্তা খেন্নবা )। জাতি অমতগী পোৎ অমদগী হেন্না লৈরবদি সজাতীয় (সমান জাতীয়) ভেদ ওইবা য়াই, মস্কদি রাম অমসুং শ্যাম হায়বা অনীমক মীওইবনী, মীওইবা জাতি হায়বা অদুমদা

য়াওরিবনী , মখোয়গী জাতি মাইগ্ন হায়রিতুনা মখোয়নীসে অমগা অমগা সজাতীয় ভেদনী। জ্ঞানবস্তুগী অসিগুম্বা সজাতীয় ভেদ লৈত্রবদি মতু সজাতীয়-ভেদ-লৈতবা জ্ঞান ওইগনী। জ্ঞান দি চিদবস্তুনী , চিৎ-বস্তুনা অমদগী হেন্না লৈরবদি সজাতীয় ভেদ লৈবা য়াবনী। অতুবু তশেংনমক চিদবস্তু হাযবসে অমদগী হেন্না লৈববস্ত অতোপ-অতোপ্পা চিদবস্তুশিংনা থোরক্ফম মরু ( মূল ) চিদবস্তু অমখক্কী অংশ ওইরবদি মখোয়গী মরক্তা সজাতীয় ভেদ লৈবোই, মতুদি—মচানুপা হায়বসী মপাগী অংশনী, মবমতুনা মখোয়গী স্বরূপ অশেঙবতু হাযবা তারবদি মপাগা মচাগা তোঙানবনী ( স্বতন্ত্র-নী ) হাযবা য়াদে। স্বয়ংসিদ্ধ ( মছানা ওইজবা ) চিদবস্তু অমদগী হেন্না লৈরবদি জ্ঞান-গীশু সজাতীয ভেদ লৈবা য়াবনী। অতুনা সজাতীয-ভেদ-লৈতবা জ্ঞানবস্তুদি মাগা মান্নবা স্বযংসিদ্ধ ওইবা অতোপ্পা চিদ-বস্তু অমতা লৈতবা অতুনী , অতোপ্পা চিদবস্তু য়াম্না লৈবা য়াই, মখোযতুগী কনামতনা স্বয়ংসিদ্ধ ওইদ্রবা, মখোয খূদিংমক্তা অদ্বয জ্ঞানগী মপান্ তাংলগা লেপ্পা অতুগুম্বা চিদবস্তু যাম্না লৈবা যাই। অতুগা অতোপ্পা জাতিগী পোত্তি বিজাতীয ভেদনী, মতুদি উ-পাম্বী হাযবসী মীওইবগীদি বিজাতীয ভেদনী। জ্ঞানগী বিজাতীয ভেদ-দি করিনো? জ্ঞান-দি চিদবস্তুনী , চিৎ-নত্তবা হায়বদি প্রাকৃত ( জড় ) ওইবা পোৎনা জ্ঞানগী বিজাতীয় ওইবা পোৎনী। বিজাতীয় ওইবা পোৎসিনা স্বয়ংসিদ্ধ ওইদ্রবদি, বিজাতীয ওইবা পোৎসীনা মছা লেপ্পা ঙম্নবা জ্ঞানগী মপান্-তাংলবদি বিজাতীয বস্তুতুসু জ্ঞানগী বিজাতীয ভেদ ওইরোই , অতুবু বিজাতীয বস্তুতুনা স্বয়ং-সিদ্ধ ওইরবদি অতুগা জ্ঞানগী মপান্-তাংদ্রবা, অতু ওইরবদি জ্ঞানগী বিজাতীয ভেদ ওইগনী। মতৌসিগুম্বা স্বয়ংসিদ্ধ অদুগা সজাতীযরা স্বয়ংসিদ্ধ বিজাতীয়রা ভেদ অমতা লৈত্রবা জ্ঞানতুমক **অদ্বয় জ্ঞান** হায়বতুনী। জ্ঞানবস্তুদা **স্বগতভেদ** হায়বতু কদৌঙৈদসু লৈরোই। স্বগত-শব্দগী অর্থদি মছাগী মনূঙদা হায়বনী। পোৎ অমা শাগৎপদা মচাক অমদগী হেন্না চঙলবদি মচাক্কী থেন্নবা মতুং ইন্না মাগী মনূঙদা স্বগত ভেদ লৈবা যাই। মতুদি দালান শানবা চেক লৈ, সুমু লৈ, থোং লৈ, উ লৈ হায়রিবা মচাকশিংসী অমগা অমগা থেন্নৈ , মখোয়সী দালান্গী স্বগত ভেদ-নী। জ্ঞানবস্তুদা অসিগুম্বা স্বগত ভেদ লৈবা য়াদে , মরমদি জ্ঞান দি চিৎ হাযবা অসিমতনা ওইবনী, মঙোন্দা অতোপ্পা পোৎ অমতা য়াওদে। জ্ঞান-বস্তুদা তোঙান্ তোঙান্বা মচাক য়াওদে হায়তুনা স্বগত ভেদ-গুম্বা থেন্নবা যাওদে ,

জ্ঞানবস্তুগী অংশ খুদিংমক অতোপ্পা অংশগী থবক তৌবা ঙম্মী, মরমসিনা ব্রহ্মসংহিতানা হায়—"অঙ্গানি যস্য সকলেন্দ্রিয়বৃত্তিমন্তি ৫/৩২ ।।"

জ্ঞান হায়বা পোৎসিদি মহৌশানা স্বগতভেদ লৈতবনী, জ্ঞান বস্তু-সিনা স্বয়ংসিদ্ধ (মীপান-তাংদনা মথন্তনা ওইবা) সজাতীয়-ভেদ লৈতবা অমসুং স্বয়ংসিদ্ধ বিজাতীয় ভেদ লৈতবা ওইরবদি মহুবু অদ্বয় জ্ঞান কৌয়ি হায়বসী ঐখোয় হৌজিক খঙবা ঙম্মে। তত্ত্ব-খঙবা পণ্ডিতশিংনা হায়বদি, অদ্বয়-জ্ঞান-বস্তুসীনী তত্ত্ব হাযবদো, হাযবদি মুংঙাইবদা থম-থোংবগী মশক (পরম-সুখ-রূপ) ওইবা পরমার্থ-ওইবা বস্তুনী অদুগ। অদ্বয়তত্ত্বনী হায়-দুনা মসীদি জ্ঞানবস্তু পুম্নমক্কী থোরককম মরুনী, অদ্বয় জ্ঞান-বস্তুদি স্বয়ং-সিদ্ধনী (মীপান্-তাংদবমথৈ মথন্তনা ওইজবনী), অতোপ্পগী মতেং ঙাইদে (অন্য নিরপেক্ষনী), অতোপ্পা জ্ঞানবস্তু পুম্নমক স্বয়ংসিদ্ধ নত্তে, অন্য নির পেক্ষ হায়বহৃসু নত্তে—মখোয়সী হীরম পুম্নমক্তা অদ্বয়-জ্ঞান তত্ত্বগী মতেং ঙাইদুনা লৈ। অদ্বয় জ্ঞানবস্তুসী পুম্নমক্কী থোরকৃকম মরু (মুল) ওই হায়দুনা পরমার্থভূত-বস্তু হায়বদুনী, মরমদুনা মসী তত্ত্ববস্তু-নী। রাফমসী তত্ত্ব-খঙবা পণ্ডিতশিংগী মত-নী, মরমদুনা মত অসী থাজনঙাইনী। শ্রীকৃষ্ণতনা অদ্বয়জ্ঞান-বস্তু অসীনী। নৈনরিবা অধ্যায়সিগী মূল ৬৫-দা হায়রি—"অদ্বযজ্ঞান তত্ত্ববস্তু কৃষ্ণের স্বরূপ।"

হৌজিক অমূক য়েংগদবদি, ব্রহ্ম, পরমাত্মা অমদি ভগবান্ হায়বা অহুমসী অদ্বয়-জ্ঞান তত্ত্বগী তোঙান্-তোঙানবা মিংলা, নত্ত্রগা অহুমসী অদ্বযজ্ঞানতত্ত্বগী আবির্ভাব-বিশেষগী (শক ৩ং তোঙান্-তোঙানবগী) মিংলা? মিং অহুমসীনা তোঙান্‌বা-লৈতবা (চপমান্নবা) পোত্তা অমগী ওইরবদি সামান্য (খ্বাইগী ওইবা) লক্ষণ দসু অদুগা বিশেষ (তোপ্পোপ্পা) লক্ষণ-দসু অনীমক্তা শব্দ অহুমসিনা হায়রিবা পোৎ অহুমত্তুমক কন্নিমতা থেন্নরোই। শব্দ অহুমসিনা তাক্লিবা পোৎ অদু থেন্নবা-লৈতবা পোত্তা অমথকৃতবু নত্তে। শব্দ অহুমসিনা তাক্লিবা পোৎ অহুমগী সামান্য-লক্ষণদি (সচ্চিদানন্দময় ওইবতু) অমতা ওইরবসু মখোয়গী বিশেষ লক্ষণদি অমতা ওইদে, নাইতোম ওইনা লৈ। পোৎশক খঙনবদি বিশেষ-লক্ষণগী মতুং ইনগদবনী, সামান্য-লক্ষণগী মতুং ইনগদবা নত্তে, মরমদুনা ব্রহ্ম, পরমাত্মা অমসুং ভগবান্ শব্দশিংনা তোঙান্-তোঙান্‌বা পোৎ অহুমু খঙনহল্লী। সামান্য-লক্ষণ (সচ্চিদানন্দময় ওইবা) য়েংলুরগা পোৎ অহুমসী অদ্বয়জ্ঞান

তত্ত্বগা অমতা ওইবনীনা পোৎ অহুমসিবু অদ্বয়জ্ঞান তত্ত্বগী তোঙান-তোঙান্-বা শকউৎনী ( আবির্ভাব-নী ) হায়বা য়াই—মতুদি ঈশীতগী তোঙানবা ফীভম বরফ, মনিল ওইবগুম্না। মরমসীনা ব্রহ্ম, পরমাত্মা, ভগবান্ হায়বসী অদ্বয় জ্ঞান তত্ত্বগী মিং তোঙান্বা নত্তে, অদ্বয় জ্ঞান তত্ত্বগী তোঙান তোঙান্-বা আবির্ভাব-কী মিংনী। চিৎ-কী মশক্তমক ওইবা জ্ঞানগী সত্তাদমক উৎপা, অতুম্নদি ওইরগা শক্তি অমতা শীজন্নদবা আবির্ভাবতুবু ব্রহ্ম কৌয়ি। জ্ঞানগী সত্তা লৈবগা কোযননা শক্তিস্তু ( মপুঙ-ফানদি উৎপা নত্তনা ) উৎপা, অতুগা বিজাতীয়-মাযাশক্তিগসু হকৃথেংননা শম্নবা আবির্ভাব অতুবু পরমাত্মা কৌযি। আবির্ভাব অহুদা জ্ঞানগী সত্তা লৈবা, শক্তিসু মপুঙফানা উৎপা, অতুম্নদি ওইরগা বিজাতীয-মাযা শক্তিগদি করিগুম্বা মও্দা শম্ন-দবা, অহুগী মিং ভগবান কৌয়ি। মুখ্য অর্থদা ব্রহ্ম, পরমাত্মা অমসুং ভগবান হাযবা শব্দ অহুমসীগী থুদিংমক্কা অদ্বয়-জ্ঞান-বস্তু ওইবা শ্রীকৃষ্ণবু খঙহল্লিদি হায়ববু কটি অর্থদদি শ্রীকৃষ্ণগী আবির্ভাব অহুসু খঙহল্লী। মতুগী প্রমাণদি—"ব্রহ্ম-আত্মা শব্দে যদি কৃষ্ণকে কহয। রুঢিবৃত্তে নির্ব্বিশেষ অন্তর্য্যামী কয়।"

## মূল ১২

তাঁহার অঙ্গের শুদ্ধ কিরণ-মণ্ডল।
উপনিষৎ কহে তাঁরে ব্রহ্ম সুনির্ম্মল॥ ১২॥

## শব্দার্থ

তাঁহার—মহাক্কী ( শ্রীকৃষ্ণগী নত্রগা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগী ), অঙ্গের—হকচাঙগী, শুদ্ধ—পুঙশেঙ-শেংবা, অমকপা য়াওদবা, কিরণ—মঙাল-গী, মণ্ডল—লমদম, মপুম, উপনিষৎ—উপনিষৎনা, কহে—হায়, তাঁরে—মতুবু, ব্রহ্ম—ব্রহ্ম, সুনির্ম্মল—নীংথিনা মক্রবা, মায়া মচেৎ অম-ফাওবা পক্তবনা মোক্তবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাক্কী ( শ্রীকৃষ্ণগী নত্রগা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগী ) হকচাঙগী পুঙশেং-শেংবা (প্রাকৃত-নত্তবা) মঙাল-মপুম অতুবু উপনিষদনা (শ্রুতিনা) মাযা পক্তবনা মোক্রবা ব্রহ্ম হায়না কৌয়ি।

## নৈনতেৱোল

কিরণমণ্ডল হায়রিবসী শ্রীকৃষ্ণগী প্রাকৃত-নত্তবা দেহগী কান্তি মণ্ডান্দুবুনী। অণ্ডানবা পোংকী মশক্তি মাগী মণ্ডান্দু ওইনা লৈ। নোং-দোম্বকী কোরোহনবা সূর্য্যসী প্রাকৃত ওইবা পোংনী, মাগী মণ্ডানসু প্রাকৃতনী, অদুবু শ্রীকৃষ্ণদি প্রাকৃত-নত্তবা চিং-বস্তুনী, মরমতুনা শ্রীকৃষ্ণগী-মণ্ডানসু (জোতিংসু) প্রাকৃত নত্তে, চিন্ময়নী। উপনিষৎ হায়বসী শ্রুতি হায়নসু খণ্ডনৈ, মসী পরমার্থ করিনো হায়বতু লেপ্পনবা শাস্ত্রনী। চাওরাক্লা মখল অনীগী শ্রুতি লৈ, মখল্ল অমগী শ্রুতিদা নির্ব্বিশেষ ব্রহ্মগী বা যাওবি। নৈনবিবা পয়ারসিদা য়াওবিবা উপনিষৎসী নির্ব্বিশেষ ব্রহ্ম করিনো হায়বা তাক্লবা অদুনি। জ্ঞানমার্গ-চংপা অদ্বৈতবাদীশিংনা অসি-গুম্বা নির্ব্বিশেষ শ্রুতিবু থোইদোক্লা লুনা তৌজে। নির্ব্বিশেষ শ্রুতি শাস্ত্রনা শ্রীকৃষ্ণগী হকচাওগী মণ্ডানবু (অঙ্গ কান্তিবু) ব্রহ্ম-নী হায়। শ্রীকৃষ্ণগী অঙ্গ-কান্তিদি চিন্ময়নী অমসুং মাযাগী ৱাংমদনী হায়বা মরম্না অদ্বৈতবাদী-শিংগী ব্রহ্মসু চিন্ময়-নী অমসুং মাযাগী বাংমদনী।

করিগুম্বা পোং অমগী মরমদা ঐখোয ঐখোয়না উক্লবা-খণ্ডলুবা (অনুভব তৌক্লবা) শরুক অদুতা হায়বা ভম্মী। অরাপ্পদগী কনাগুম্বনা শঙ্গোম লৈবা উক্লবগা শঙ্গোমতুবু পায়বসু পামদবা অদুগা থক্লুনা মহাওসু তংব্রবদি মহাক্লা শঙ্গোমগী মরমদা খণ্ডগদোবসী শঙ্গোমগী অচৌবা মতু-তুদমক অনুভব তৌগনী, অদুগা শঙ্গোমসী মহী-লাঙবা অমসুং অথুম্বা পোংনী হাযবতু খণ্ডলোই (অনুভব তৌরোই)। অদুগা অতোপ্পা কনা-গুম্বনা শঙ্গোমদি মহী-লাঙ বনী থুম্বনী হায়রবসু মহাক থাজবোই। অদুগা শঙ্গোম থক্লবা মীনদি শঙ্গোম হাযবসী মহীলাঙবা অমসু, অথুম্বা পোংনী হাযবা খণ্ডৌ (অনুভব তৌয়ি)। ভগবানবু অনুভব তৌবগী মতাঙদসু হাযরিবা মতৌ অসিগুম্বনী। ঐখোয়না ঐখোয-ঐখোযগী অনুভব মতুং ইন্না ভগবানগী মরমদা তাকৃপা ভম্মী। অহানবা পরিচ্ছেদকী ৫৬ শুবা মূলগী ব্যাখ্যাদা উংগ্রে—ভক্তিমার্গ অন্থতনা ভগবানবু সম্যক্ ওইনা (মপূণ্ড ফানা) অনুভব তৌবা য়াই, জ্ঞান মার্গনা অমদি যোগমার্গনা মতু ওইবা য়াদে। জ্ঞানমার্গগী অদ্বৈতবাদিশিংনা অদ্বয়-জ্ঞান বস্তু শ্রীকৃষ্ণগী-অঙ্গ-কান্তিদবু (হকচাং-মণ্ডানবু) অনুভব তৌবা ভম্মী, মখোয়না অনুভব তৌরগা ফংবা পোংতুদবু মখোয়গী পরতত্ত্বনী (পুণ্ডথোই-থোইবা তত্ত্বনী)

হায়না খল্লী। মরমতুনা মখোয়না হায়—নির্বিশেষ ( শক্লাইদবা ) কান্তি-স্বরূপ (মণ্ডালগী মশক ওইবা) ব্রহ্ম অদুতনা পরতত্বনী। অশেংবদি নির্বিশেষ ব্রহ্মদো পরতত্ব নত্তে। ভক্তি মার্গগী উপাসকশিংনা খণ্ডবদি ব্রহ্মদা অদ্বয় জ্ঞান-তত্ত্বগী মপুঙ-ফাবা শকউংতি য়াওদে, মপুঙ-ফাবদা খাইদগী হেন্‌বা ( পুর্ণতম ) শকউংতি শ্রীকৃষ্ণদদা লৈ, মরমসীনা শ্রীকৃষ্ণতনা পরতত্ব নী। নৈনরিবা পয়ারসী "যদদ্বৈতং ব্রহ্মোপনিষদি তদপ্যস্য তনুভা।" হায়বা অংশতুগী অর্থনী।

## মুল ১৩

চর্ম্মচক্ষে দেখে যৈছে সূর্য্য নির্বিশেষ।

জ্ঞানমার্গে লৈতে নারে কৃষ্ণের বিশেষ ॥ ১৩ ॥

## শব্দার্থ

চর্ম্মচক্ষে—মীওইবগী উন্সানা কৃপ্পা মীৎনা; দেখে—উই, যৈছে—অদুগুম্না, সূর্য্য—সূর্য্যবু ( নুমীৎপু ), নির্বিশেষ—শক্লাইদবা হায়বদি খোঙখুৎনচিংবা পান্দবা মণ্ডাল মতুম, জ্ঞানমার্গে—নিৰ্বিশেষ ব্রহ্মবু খিব তনা মরম ওইরবা সাধন-না, লৈতে—লোবা, নারে—ঙমদে, কৃষ্ণের—শ্রীকৃষ্ণগী, বিশেষ—রূপ গুণ লীলানা থোইদোক্লবা সবিশেষ স্বরূপ ( মূর্ত্তি ) অদুবু।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মীওইবগী উন্সানা কুপ্পা মীৎনা সূর্য্যবু ( নুমিৎপু ) নির্বিশেষ ( মূর্ত্তি-নাইদবা ) ওইনা উবগুম্না জ্ঞানমার্গনা শ্রীকৃষ্ণগী বিশেষবু ( মূর্ত্তিবু ) লৌশনবা ঙমদে।

## নৈনরোল

জ্ঞানমার্গগী উপাসকশিংনা অদ্বয়-জ্ঞান-তত্ত্ববু চপ চানা অনুভব তৌবা ঙমদে হায়বছু সূর্য্যবু খুদম ওইনা পীরগা তাক্লী। সূর্য্যলোক-তা লৈবা দেবতাশিংনা সূর্য্যগী নাক রৌনা লৈ, মখোয়না সূর্য্যগী খোঙ খুৎনচিংবা পাল্লী অমদি হকচাঙনচিংবা লৈ হায়বসী উবা ফংঙী। অদুবু নুমীৎতগী য়াম্না লাপ্না লৈবা পৃথিবীদগী ঐখোয়না সূর্য্যগী খোঙ-খুৎনচিংবা পাল্লিবা

শক অদুবু উবা ফংদে, অদুনা সূর্য্যবু মঙালগী মতুম অমনী, খোঙ খূং পান্দবনী হায়না ঐখোয়গী পুক্নীংদা থল্লী। মতৌ অসুম্না ভগবানগী অনুভবসু তৌনরিবনী। জ্ঞানমার্গগী উপাসকশিংনা অদ্বয়জ্ঞান তত্ত্বগী নির্বিশেষ স্বরূপতমক অনুভব তৌয়ি, অদুগা যোগমার্গগী উপাসকশিংনা অদ্বয়জ্ঞানতত্ত্বগী পরমাত্মা স্বরূপতবু অনুভব তৌবা ঙমজে অদুগা ভক্তি-মার্গগী উপাসকশিংনা অদ্বয় জ্ঞানতত্ত্ববু সম্যক্ উবা ঙম্মী (পুঙঙ্ উবা ঙম্মী)। উপাসনা (লাইনীঙ) খেন্নবা মতু, ইন্না অনুভব খেন্নবগী মরম্মী।

ব্রহ্ম হায়বসে শ্রীকৃষ্ণগী অঙ্গ-কান্তিনী (হকচাঙগী মঙাল্নী) হায়বদুগী প্রমাণ ওইনা ব্রহ্মসংহিতাদগী অমসুং শ্রীমদভাগবতম্‌দগী শ্লোক মথাদা উৎলক্নী।

## মূল ১৪

যস্য প্রভা প্রভবতো জগদণ্ডকোটি-
কোটিষ্বশেষবসুধাদিবিভূতিভিন্নম ।
তদ্‌ব্রহ্ম নিষ্কলমনন্তমশেষভূতং
গোবিন্দমাদি পুরুষং তমহং ভজামি ॥ ১৪ ।

## শব্দার্থ

যস্য—মহাক্কী, প্রভা—মঙান, প্রভবতো—মতীক ময়ায় লৈবগী, শক্তি লৈবগী, জগৎ অণ্ড—ব্রহ্মাণ্ডশিংগী, কোটি কোটিষু—কোটি কোটিদা, অশেষ—শীঙনাইদবা, বসুধা আদি—পৃথিবীনচিংবা, বিভূতি—লন, ভিন্নম—মখল মথেন-নাইরিবা, তৎ—মদু, ব্রহ্ম—ব্রহ্ম, নিষ্কলম—মপূঙনবা, অনন্তম—শীঙলাকঙমদবা, অশেষ-ভূতম্—মকওইবা (কারণ ওইবা), গোবিন্দম্—শ্রীকৃষ্ণবু, গোপবেশ-থোন্‌বা শ্রীব্রজেন্দ্রনন্দনবু।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ব্রহ্মাণ্ড কোটি কোটিদা, শীঙনাইদবা পৃথিবীনচিংবা বিভূতিনা (মরম্না) মখল-মথেন্নাইরবা, অমদি মপূঙনরবা, লোইবা-থম্বা-নাইদবা, অমসুং থোরকফম ওইবা ব্রহ্মনা মতীক মযাই-চেনবা মহাক্কী প্রভা (মঙান) ওইরিবা, অদুগুম্বা ইহান্-ছান্‌বা মূলা (আদি পুরুষ) গোবিন্দবু ঐনা খুরুমজরি।

## মৈনফোল

ব্রহ্মাণ্ডগী মশীঙদি কোটি কোটিনী , ব্রহ্মাণ্ড খুদিংদা অমুক মশীঙ লাকঙমদবমখৈ **বসুধাদি** ( পৃথিবীনচিংবা, ভূঃ ভুবঃ স্বঃ-নচিংবা লোক শিং ) লৈ। **বিভূতিগী** অর্থদি শ্রীভগবানগী বিভূতিবু হায়বনী , পৃথিবী, মুংশীং, অতিযা, ইশীঙ, মঙাল্ ( জোতিং ), অহঙ্কাব ( ঐ ঐ হাযবা ), মহত্তত্ত্ব, শকওন ( বিকার ) তরাতক্লক ( হাযবদি ক্ষিতি অপ-তেজ মরুৎ-ব্যোম হায়বা মহাভূত মঙা, জ্ঞানগী ইন্দ্রিয মঙা, অমসুং কর্ম্মগী ইন্দ্রিয মঙা ), পুরুষ, অব্যক্ত ( প্রকৃতি ), সত্ত্ব, রজং, তমং, ব্রহ্ম অসিনচিংবসী ব্রহ্মাণ্ডদা শ্রীভগবানগী বিভূতি ওাক্নী। শ্রীমদ্ভাগবতমদা ব্রাফমসী অসুম্না হায়রি—"পৃথিবী বায়ুরাকাশমাপো জ্যোতিবহং মহান্। বিকারং পুরুষোহ ব্যক্তং রজং সত্ত্বং তমং পরম্। ১১/১৭/৩৭ ।।" **অশেষ বসুধাদিবিভূতি ভিন্ন হায়বিবসী করিগীনো ?** পাওখুমদি অসী ওইবা যাই। ব্রহ্মাণ্ড খুদিং-দা পৃথিবীনচিংবা লোক য়াম্না লৈ , মতৌ অসুম্না ব্রহ্মাণ্ড কোটি-কোটিদা শীঙলাক ঙমদবা পৃথিবী কোটি কোটি লৈ , মখোয়শিংসিগী লোক খুদিং-মক্তা মুংশীং, অতিযা ( আকাশ ), ইশীঙনচিংবা শ্রীভগবানগী বিভূতি শীঙনাইদবমখৈ লৈ। শীঙনাইদবা বিভূতিশিংসিনা মখল মথেন নাইথোক্কু-না লৈরিবা ব্রহ্মনী। জগৎকী নিমিত্তকারণ ( পোৎ শাবদা কারণ ওইবা খুৎলাই ) অমসুং উপদান কারণ ( মচাক মচন্ ওইবা কারণ ), অনীমক ব্রহ্মনী। ব্রহ্মনা কারণ-নী অদুগা পৃথিবী, বায়ু আকাশনচিংবনা মহাক্কী শীঙথাঙমদ্রবা থবক ( কার্য্য ) ওাক্নী। কারণ্না কার্য্যমুংদা চঙঙী হাযদুনা কারণ ওইনা অমতা ওইরবসু ব্রহ্মসে, ব্রহ্মাণ্ডশিংদা শীঙনাইদবা কার্য্য ওইদুনা মখল-মথেন্নাইবা হাযবদু ওইরে।

মৈনরিবা শ্লোকসিদা ব্রহ্মবু জগৎকী থোরকৃফম ( কারণ ) হাযবদি জগৎ-শেম্বনী হায়রি অমসুং অমুক শ্লোকসিদা ব্রহ্মবু শ্রীগোবিন্দগী প্রভা হাযবদি অঙ্গকান্তি নী ( হকচাঙগী মঙাল্লী ) হাযরি। অদু ওইরবদি শ্রীগোবিন্দগী অঙ্গ-কান্তিনা জগৎকী কারণ ওইবা তারে। অদুবু শ্রুতিনা হায়বদি শ্রীগোবিন্দনা মযাম (বহু) ওইনীঙখিরম্মী হাযরি। "সোঽকাময়ত বহু স্যাম্। তৈত্তরীয় উপনিষদ্ ২/৬।।" অসুম্না ওইনীঙখিবনা সৃষ্টি (লৈশেম্বা) ছোৎখিবনী , মরমদুনা শ্রীগোবিন্দনা জগৎকী কারণ-নী। ব্রহ্ম সংহিতানসু ব্রাসিমক হায়রি। "**ঈশ্বরঃ পরমঃ কৃষ্ণঃ সচ্চিদানন্দবিগ্রহঃ অনাদিরাদি-র্গোবিন্দ সর্ব্ব-কারণ-কারণম**।।" শ্রীগোবিন্দগী প্রভানা কারণ ওইবগী ব্রা

তাদে। অদুমক্তদা ব্রহ্মবু জগৎকী কারণ ওই হায়রিবসী করিগীনো ? মসিগী পাওখুমদা শ্রীজীব-গোস্বামী চরণ-না হায়—"প্রভোঃ প্রভৈব কার্য্যনিষ্পাদিকেতি বিবক্ষয়া তদুক্তিরিতি, তৎপ্রভয়ৈব ক্ষুব্ধা প্রকৃতির্জগদণ্ডাণ্ডসূতেত্যর্থঃ।" শ্রীগোবিন্দগী প্রভাদি থবক ঙম্বনী ( কার্য্যনিষ্পাদিকা ) হায়বসী ফোঙদোক্কে হায়দুনা প্রভা ওইবা ব্রহ্মবু জগৎকী কারণ ( থোরকফম্নী ) হায়বনী। সৃষ্টি হৌরমদাইদা প্রভা শীজিন্নদুনা প্রকৃতিবু মথুম-মবাঙনহল্লে অদুগা শীঙনাইদবা জগৎ পোকপা ঙমহল্লে। মরম্সীনা প্রভা হায়বদি ব্রহ্মনা জগৎকী হেক-থংনবা (অব্যবহিত—immediate) কারণ ওইরে।

শ্লোকসীদা হাযরিবা ব্রহ্মসিদি অদ্বৈতবাদীশিংনা হায়বিবা ব্রহ্মদু নত্তে। শ্লোকসিগী ব্রহ্মদি সৃষ্টিগী ( লৈশেম্নগী ) কারণনী, অদুগা অদ্বৈতবাদীশিংগী ব্রহ্মদি শক্তি-যাওদবা ( নি শক্তিক ) ওইবনা সঙ্কল্প শক্তি ( নীঙবগী শক্তি ) লৈতে, সঙ্কল্প যাওদ্রবদি মখল মথেন্না থল্লবা জগৎসিবু শেম্নস্নু ওইথোক্তে।

স্বরূপকী ৱা হাযরগদি শ্রীগোবিন্দগা ব্রহ্মগা অমতা ওইরবস্নু শ্রীগোবিন্দনা সবিশেষ-আবির্ভাব নী অদুগা ব্রহ্মনা নির্ব্বিশেষ আবির্ভাব-নী, মবমদুনা শ্রীগোবিন্দনা ধর্ম্মী (পোৎকী গুণ চেনবনী) অদুগা ব্রহ্মনা মহাক্কী ধর্ম্ম-নী (গুণ-নী)। খুদম ওইনা হায়রগা সূর্য্যনা ধর্ম্মী অদুগা মাগী মঙাল্না মাগী ধর্ম্ম ওইবগুম্বনী। মরমসিনা শ্রীগোবিন্দবু সূর্য্যনী হায়না লৌরগা ব্রহ্মবু প্রভানী হায়না লৌবিবনী।

ব্রহ্মদি শ্রীকৃষ্ণগী হকচাঙ-মঙাল্নী ( অঙ্গপ্রভানী ) হাযবসী প্রমাণ তৌননবা শ্লোক অসী লৌখৎতুনা পল্লিবনী। অদুবু শ্লোকসিদা পল্লিবা ব্রহ্মদি সৃষ্টি তৌবা ঙম্মী। শ্লোকসিগী মমাঙদা ইরিব পযার অনীদুদা ব্রহ্মবু অদ্বৈতবাদীশিংগী ধর্ম্ম চেন্দবা ( নির্ধর্ম্মক ) ওইবা ব্রহ্মগী প্রমাণ ওইনা সধর্ম্মক ব্রহ্ম-তাকপা শ্লোক অসী পুথোবকপগী মরমদি অসী ওইবা যাই, শ্রীগোবিন্দদি আদি পুরুষ ওইবনা অমস্নুং অদ্বয়জ্ঞানতত্ত্ব ওইবা শ্রীগোবিন্দনা স্বযংসিদ্ধ সজাতীয়-বিজাতীয়-ভেদশূন্য ওইবা মরম্না নির্ধর্ম্মক ওইবা ব্রহ্মস্নু শ্রীগোবিন্দগী বিভূতিনী হাযবদু নৈনরিবা শ্লোকসীনা প্রমাণ তৌরে। অদুদগী হেন্দোক্না, "ব্রহ্মণোহি প্রতিষ্ঠাহং" ( ঐদি ব্রহ্মগী প্রতিষ্ঠানী হায়বদী যুমফম্নী ) হায়বা প্রমাণ অসিগী মতুং ইন্না নিরাকার ( মূর্ত্তিনাইদবা ) চৈতন্যগী মপৈ ওইবা ব্রহ্মদু নঙ-নঙ-লাওবা চৈতন্যগী মপৈ ওইবা শ্রীগোবিন্দগী প্রভানী হায়বদুস্নু প্রমাণ তৌরে।

### মূল ১৫

কোটি কোটি ব্রহ্মাণ্ডে যে ব্রহ্মের বিভূতি।
সেই ব্রহ্ম গোবিন্দের হয় অঙ্গকান্তি ॥ ১৫ ॥

### শব্দার্থ

কোটি কোটি ব্রহ্মাণ্ডে—ব্রহ্মাণ্ড কোটি কোটিদা, যে—মতু, ব্রহ্মের ব্রহ্মগী বিভূতি—লন, সেই—অতু, ব্রহ্ম—ব্রহ্ম, গোবিন্দের—গোবিন্দগী, হয়—ওই, অঙ্গ-কান্তি—হকচাঙগী মঙান।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ব্রহ্মাণ্ড কোটি কোটিদা ব্রহ্মগী মরন্ ঙাক্পনা (বিভূতিনা) শন্দোক্লুনা লৈ। ব্রহ্ম অতু গোবিন্দগী হকচাঙ-মঙাম্নী।

### মূল ১৬

সেই গোবিন্দ ভজি আমি, তেঁহো মোর পতি।
তাঁহার প্রসাদে মোর হয় সৃষ্টি শক্তি ॥ ১৬ ॥

### শব্দার্থ

সেই গোবিন্দ—গোবিন্দ অতুমকপু, ভজি—পূজা তৌজে, লাৎচে, আমি—ঐনা, তেঁহো—মহাক-তি, মোর—ঐগী, পতি—ইপুরোইবনী, তাঁহার—মহাক্কী, প্রসাদে—থৌজাল্না, মোর—ঐগী, হয়—ওই, সৃষ্টিশক্তি—শেম্বা ঙম্বা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

গোবিন্দ অতুবু ( ব্রহ্মা ) ঐহাক্না লাৎচে। মহাক্না ঐগী ইবুংঙোনী। মহাক্কী থৌজাল্না ঐগী শেম্-শাবা তৌননবা শক্তি ওইবিবনী।

### নৈনমক্লোল

মূল পযার ১৫-১৬ অনীসী ব্রহ্মাগী ৱাহৈনী।

### মূল ১৭

মুনয়ো বাতবাসনাঃ শ্রমণা ঊর্দ্ধমন্থিনঃ।
ব্রহ্মাখ্যং ধাম তে যান্তি শান্তঃ সন্ন্যাসিনোঽমলাঃ ॥ ১৭ ॥

### শব্দার্থ

মুনষঃ—মুনিশিং , বাতবাসনাঃ—লুংশীং শেংপা হায়রবদি ফি শেং তবা , শ্রমণাঃ—অতৈ মরমদদি হোৎনজ্রগা পরমার্থ সাধনগীদমক্তা নোম্বা , উর্দ্ধমন্থিনঃ—ফন্নীবু থক্তা থমখ্রবা , ব্রহ্ম-আখ্যম—ব্রহ্ম-কৌবা ধাম —মঙান , তে—মখোয়না , যান্তি—চৎলী ; শান্তাঃ—ভগবান্-দা লেঙদবা রাখন থম্‌খিবনা মপুক্কুংদা অপাম্বা অতৈ অমতা লৈত্রবা, পুক্নীঙ-তপ্পা , সন্ন্যাসিনঃ—সন্ন্যাসীশিংনা , অমলাঃ—মায়া কৌবা অমোংপা পক্ত্রবা ।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পরমার্থগী মরমদা খন্দুনা মুনি ওইরবা, লুংশীংনা ফি ওইববা (ফি-থোক্‌পা), পবমার্থগীদমক্তা নোমন্থনদা লৈবা, ফন্নীবু থক্তা থম্লবা ( উর্দ্ধ্ব-রেতা ওইরবা ), শান্ত ওইরবা ( অপাম্বা অমতা লৈত্রবা ) অমসুং পুকচেল মক্তবা সন্ন্যাসীশিংনা ব্রহ্ম কৌবা ধাম ( মঙান ) অতু ফঙঙী ।

### তাৎপর্য্য

শ্লোক অসী শ্রীমদ্ভাগবতমদগী ( ১১/৬/৪৭ ) লৌথোকপনী । ব্রহ্মচর্য্য চৎতুনা অবাবা খাঙলিবা সন্ন্যাসীশিংনা ব্রহ্ম-কৌবা তেজ হায়রবদি অঙ্গ কান্তিবু ( হকচাঙ মঙানবু ) ফংঙী হায়না শ্লোকসীনা হাযরি । মসীনসু প্রমাণ তৌবি—নির্ব্বিশেষ ব্রহ্মদি শ্রীগোবিন্দগী হকচাঙ-মঙাম্নী । শ্লোকসী শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা উদ্ধবনা হাযখিবনী ।

### মূল ১৮

আত্মান্তর্য্যামী যাঁরে যোগশাস্ত্রে কয় ।

সেহ গোবিন্দের অংশ বিভূতি যে হয় ॥ ১৮ ॥

### শব্দার্থ

আত্মা—পরমাত্মা , অন্তর্য্যামী—জীবগী থম্মোইমুংদা লৈবা , যাঁরে —মহাকপু , যোগশাস্ত্রে—যোগশাস্ত্রদা , কয়—হায় , সেহ—মহাক , গোবিন্দের—গোবিন্দগী , অংশ—শরুক , বিভূতি—লন ( ঐশ্বর্য্য ) , যে —মহু , হয়—ওই ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

যোগ শাস্ত্রদা মহাকপু অন্তর্য্যামী পরমাত্মা হায়না কৌরিবা মাদো গোবিন্দগী বিভূতি ওইবা অংশ অমনী।

### নৈনরোল

**আত্মা-অন্তর্য্যামী** হাযরিবসী জীব খূদিংগী থম্মোইন্নুংদা লৈরিবা খূৎমরি-লোঙবা পুরুষ অদুবুনী। মহবু যোগ-শাস্ত্রনা পরমাত্মা হায়না কৌযি। **যোগশাস্ত্র** হাযবদি যোগমার্গ-তাকপা শাস্ত্রবু হাযবনী।

### মূল ১৯

অনন্ত স্ফটিকে যৈছে এক সূর্য্য ভাসে।
তৈছে জীবে গোবিন্দের অংশ প্রকাশে ॥ ১৯ ॥

### শব্দার্থ

অনন্ত —শীঙলাক ঙমদবা, স্ফটিকে—নূঙ-লীক্লায়দা, যৈছে—মতৌ-মুম্না এক—অমা, সূর্য্য—নুমীৎ, ভাসে—তাউযি, তৈছে—মতৌদু-ঙুম্না, জীবে—জীবদা, গোবিন্দের—গোবিন্দগী, অংশ—শরুক, প্রকাশে—ঙাল্লী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শীঙলাক-ঙমদবমখৈ য়াম্লবা নূঙ-লীক্লায়দা নুমীৎ অমতনা তাউদুনা লৈবগুম জীবশিংগী থম্মোইন্নুংদা গোবিন্দগী অংশনা ( পরমাত্মা কৌবদুনা ) ঙাল্হোই।

### নৈনরোল

শ্রীগোবিন্দগী অংশ পরমাত্মা হাযবসে অমথক্তনী, মশীঙ য়াম্না নত্তে। অদুগা জীবদি শীঙলাক ঙমদবমখৈ য়াম্মী। অমতা ওায়বা পরমাত্মানা জীব কোটি কোটিদা করম হায়না লৈরিবনো হায়রবসী নুমীৎকী খুদম পীদুনা তাক্লী। অমতা ওায়বা নুমীৎনা নূঙ-লীক্লায় কোটি কোটিদা মমি তাদুনা ঙানবগুম্না অমতা ওাযবা পরমাত্মাসু জীব খূদিংগী থম্মোইন্নুংদা অন্তর্য্যামী

ওইনা লৈ । মুমীৎকা পরমাত্মাগা চাংদমন্নিবসী ভান্‌বগী মতাঙদদনী, অতৈ মবনদা নত্তে । স্ফটিক-তা মুমীৎনা ভান্‌বদি মমি ওইনা ভান্‌বনী, মি হায়-বসীদি অশেঙবা পোৎ নত্তে । অদুগা জীবগী থম্মোইদা পরমাত্মাদি মমি ওইনা ভানবা নত্তে, তশেঙবা পরমাত্মা হায়বা পোৎশক্তুমক ওইনা ভান্নি-বনী , মহাক মথন্ত ওইরবসু মীওইবগী বাখল্লা লান্বা ফংদবা মাগী শক্তিনা মহাক্না শীঙলাক ঙমদবা জীব কোটি কোটিগী খুদিংমক্তা তোঙান্‌ তোঙান্‌-বা মূর্ত্তিদা লৈরিবনী । পরমাত্মাদি মরাক-ময়ুং-নাইদবা বিভূ ওইবা ( পুম্ন-মক্তা শল্লিবা) পোৎনী । মরাক-মযুং-নাইবা পোৎকী মমি ভাবা য়াই, অদুগা বিভূ ওইবা পোৎকীদি মমি লৈবা হৌনদে ।

দেবতা, মীওইবা, শা, উচেক, তীন্‌ কাঙনচিংবা শীঙলাক্‌-ঙমদবা মথলগী শীঙলাক্‌-ঙমদবা জীব লৈ । সৃষ্টি-লীলাগীদমক হায়দুনা জীবশিং পুম্নমক্কী খুদিং খুদিংদা অন্তর্য্যামী ওইনা পরমাত্মানা ভাম্মোইরি । মসীদা কনা কনাগুম্বনা তোঙান-তোঙানবা জীবগী অন্তর্য্যামী পরমাত্মাসু তোঙান্‌-তোঙানবা য়াই হায়না চিংনবা য়াই , চিংনবদু কোক্নবা হায়দুনা নৈনরিবা পয়রসিদা হায়রিবনী—পরমাত্মাদি অমথক্তনী, মযাম নত্তে । লম্নাই তৌজ-মন মতুং ইন্না জীবনা মায়াগী দেহ-নুঙ দা চঙবনী , অদুবু জীবগী দেহনুঙদা পরমাত্মানা লৈবদি তৌজমন ওইনা লৈবা নত্তে, মহাক্কী লীলা শাস্নবগী-দমক্কী , পরমাত্মাগী কর্ম্ম ( তৌনঙাই ) লৈতে, মরমদি মহাক্তি মায়াগী রাংমদা লৈবনী । জীবগী দেহগসু পরমাত্মাগা কন্নিগুম্বা মরী অমতা লৈতে, মহাক্তি কন্নিসু য়াঙদবা ওইনা জীবগী অন্তর্য্যামী ওইনদা জীবগী দেহদা লৈবনী । নুংশীৎ অমতনা বাঁশী মখুল তোঙান্‌-তোঙান্‌বদা চঙলগা ষডজ-নচিংবা খোম্মোক তোঙান-তোঙান্‌বা ওইবগুম্না পরমাত্মা অমথক্তনা তো-ঙান-তোঙান্‌বা হকচাঙনুংদা অন্তর্য্যামী ওইনা লৈবদুদা হেক যেংবদদি তোঙান্‌ তোঙানবোই হাযনা খন বা য়াই , তৌইগুম্বসুং তোঙান তোঙান্‌বা মখুন্দা চঙবা নুংশীৎনা পোৎ অমতমক ওইদুনা লৈবগুম তোঙান তোঙান্‌বা জীব-দেহদা চঙলিবা পরমাত্মা ছেৎতৎ-য়াদবা পোৎ অমথক্তনী । প্রমাণ-সী বিষ্ণুপুরাণ-২/১৪/৩২-দা যাওরি—"বেণু-রন্ধ্রবিভেদেন ভেদঃ ষড়জাদি সংজ্ঞিতঃ অভেদব্যাপিনে বায়োস্তথা তস্য মহাত্মনঃ ॥"

মৈনরিবা পয়াররসীগী প্রমাণ ওইনা গীতাগী অমসুং ভাগবতকী শ্লোক মথাদা পন্দুনা উৎলী ।

## মূল ২০

অথবা বহুনৈতেন কিং জ্ঞাতেন তবার্জ্জুন।
বিষ্টভ্যাহমিদং কৃৎস্নমেকাংশেন স্থিতো জগৎ ॥ ২০ ॥

## শব্দার্থ

অথবা—নত্রগা, বহুনা—য়াম্না, এতেন—অসীনা, কিম—করি (ওইনী), জ্ঞাতেন—খঙবনা, তব—নঙগী, অর্জ্জুন—হে অর্জ্জুন, বিষ্টভ্য—শন্না কৃপ্তুনা, অহম্—ঐনা, ইদম্—মসী, কৃৎস্নম—পুম্বব্, এক-অংশেন—(ঐগী) শরুক অমখক্তুনা, স্থিত—লৈ, জগৎ—তাইবংপান্।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(শ্রীভগবান্ কৃষ্ণনা হায়) "নত্রগা, হে অর্জ্জুন, বিষয মযামসী তোঙান্ তোঙান্না খঙলুহুনা নঙগী করি কান্নগনী? ঐতনা ঐগী শরুক অমখক্তুনা (পরমাত্মা ওইনা) জগৎ পুম্নসী ভাক্-শেন্দূনা লৈরিবনী।"

## নৈনরোল

শ্লোকসী শ্রীভগবদগীতাদগী লোথোকপনী (১০/৪২)। শ্রীভগবান্ কৃষ্ণনা অর্জ্জুন-দা হায়খিবনী।—তোঙান-তোঙান্না শ্রীকৃষ্ণগী বিভূতি খঙলুহুনা করি কান্নগদে? ৱাহৈ অমতনা লোইনা শূপ্না হায়গে হায়রম্মী। চিৎ অমসুং জড় অনী পুল্লিবা জগৎসীদা চিৎ-জীব অদুগা জড়-প্রকৃতি অনী পুম্না লৈবি। হাযরিবা জগৎসী শ্রীকৃষ্ণগী অংশ অমখক্কী মনুঙদা লৈরিবনী, পরমাত্মা ওইনা জগৎসী শীন্থুংনা লৈরিবনী, প্রকৃতিগী অন্তর্য্যামী ওইবা পুরুষ অদু, ব্রহ্মাণ্ডগী অন্তর্য্যামী ওইরিবা পুরুষ অদু, অমদি জীব থূদিংগী অন্তর্য্যামী ওইরিবা পুরুষ অদু—মখোয় থূদিংমক শ্রীকৃষ্ণগী অংশ ভাক্তনী। জগৎকী সৃষ্টি-স্থিতি-প্রলয় (শেম্বা লৈবা-লোইববু) থোকহল্লিবা ব্রহ্মা, বিষ্ণু অমদি শিব—মখোয়সীসু শ্রীকৃষ্ণগী অংশনী, হাযবদি—সৃষ্টি-কর্ত্তা ওইনা শ্রীকৃষ্ণনা জগৎ শেম্মী, পালন কর্ত্তা (ভাকশেনবা) ওইনা শ্রীকৃষ্ণনা জগৎ পালন তৌয়ি, সংহার-কর্ত্তা (লোইশনবা) ওইনা শ্রীকৃষ্ণনা জগৎকী প্রলয় তৌযি (লোইশল্লী)। শ্রীকৃষ্ণদি মফম পুম্নমক্তা শীন্থুংনা লৈবনী।

ব্রহ্মাণ্ড পুম্বদা অদুগা জীব পুম্বদা শ্রীগোবিন্দগী অংশনা ভাক্লোই হায়বগী প্রমাণদি নৈনরিবা শ্লোকসীনী।

## মূল ২১

তমিমমহমজং শরীরভাজাং
হৃদি হৃদি ধিষ্ঠিতমাত্মকল্পিতানাম্।
প্রতিদৃশমিব নৈকধার্কমেকং
সমধিগতোহস্মি বিধুতভেদমোহঃ ॥ ২১ ॥

## শব্দার্থ

তম—মহাকপু (শ্রীকৃষ্ণবু), ইমম্—মসিবু, অহম—ঐনা, অজম—পোকপা-নাইদবা (শ্রীকৃষ্ণবু), শরীরভাজাম্—শাবানবা জীবশিং-গী, হৃদি হৃদি—থম্মোই খূদিংদা, ধিষ্ঠিতম—লৈরিববু, আত্মকল্পিতানাম্—মথন্তনা শেমজবা প্রতিদৃশম্—খূদিংগী মীৎয়েংদা, ন-একধা—মওং যাম্থোক্না, মওং অমতমক নত্তনা, অর্ক—সূর্য্য (নুমীৎ), একম—অমতবু, সমধিগতং—ফংবা, অস্মি—ঐনা ওইবে, বিধুত—কোক্লে, ভেদমোহ—খেন্নবগী পওথবদো, খেন্নে হায়না শেরান্নবা খল্লবদো।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভীষ্মদেবনা শ্রীকৃষ্ণদা স্তব তৌতুনা হন্নচরি—"সূর্য্য (নুমীৎ) অমতনা তোঙান-তোঙান্বা মফমদা লৈরগা তোঙান-তোঙান্বা মীগী মীৎয়েংদা তোঙান্-তোঙান বা ওইনা উৎপগুম পোকপা নাইদবা শ্রীকৃষ্ণসিসু মা মথন্ত-না শেম্জবা জীবশিং খূদিংগী থম্মোইন্নুংদা লৈবিতুনা ভান্বিরি। (শ্রীকৃষ্ণ-সিগী কৃপানা ভসী) ঐগী ভেদমোহ (খেন্ননা উবগী পওথবা হাযবন্থ) কোক্লবা মরম্না অতুগুম্বা শ্রীকৃষ্ণসিবু ঐ ফংজবে (শক্খঙবা ঙমজবে)।

## নৈনরোল

শ্লোকসী শ্রীমদ্ভাগবতম্দগীনী (১/৯/৪২)। রাফমসী ভীষ্মদেবনা শরশয্যাদা চেপ্লিন্দৈদা হায়খিবনী। শ্রীভগবান কৃষ্ণনা শীঙলাক্-ঙম্দবা জীব কোটি কোটি শেম্লগা পরমাত্মা ওইনা জীব খূদিংমক্কী মনুঙদা লৈ। ভগবানগী বিগ্রহমূর্ত্তিনা বিভূ ওইনদি (মফম পুম্বদা শীন্থুংনা লৈবদি) ওইথোক্লে খল্লুতুনা তোঙান-তোঙান বা জীবগী থম্মোইন্নুংদা লৈরিবা তোঙান্-তোঙান্ বা পরমাত্মাবু তোঙান তোঙান বা পোৎনী হায়না ভীষ্ম-না খল্লুই। অসুম্না জীব-থম্মোইগী পরমাত্মাশিংবু তোঙান-তোঙান্ বা

পোংনী হায়না খনবা (ভেদজ্ঞান) অসিগুম্বা পঙথবতু (মোহত্ম) কৃষ্ণগী কৃপা-না ভীষ্মগীদি কোক্‌খরে। মমাঙদা ফমদুনা লৈরম্বা শ্রীকৃষ্ণসিতনা পরমাত্মা ওইদুনা জীব কোটি কোটিগী থম্মোইমুংদা ডাম্বোইরি হায়বসী ভীষ্মনা খঙজখি। পোং অমখক্তনা মশীঙ য়াম্বা ওইনা উৎপগী খুদম্নী নৈনরিবা শ্লোকসী। মুমীৎনা লমদম থাপ্লা লৈবা মরম্না মফম অংান্বদগী মুমীৎপু উনৈ, পরমাত্মানা বিভূ ওইবা মরম্না অমখক্ত ওইরবসু মফম অয়ান্বদা ডাম্বোইরি।

## মূল ২২

সেইতো গোবিন্দ সাক্ষাচ্চৈতন্য গোসাঞি।
জীব নিস্তারিতে ঐছে দয়ালু আর নাই ॥ ২২ ॥

## শব্দার্থ

সেইতো—মহু, গোবিন্দ—শ্রীগোবিন্দ, (সেইতো গোবিন্দ—ব্রহ্মনা মাগী অঙ্গকান্তি ওইবা অমসুং পরমাত্মানা মাগী অংশ ওইবা আদি-পুরুষ শ্রীগোবিন্দদো), সাক্ষাৎ—মছামক্না, স্বয়ং ওইনা, চংচংনা, চৈতন্য গোসাঞি—শ্রীচৈতন্য গোসাঞিনী, জীব—জীববু, নিস্তারিতে—লানবিগে হায়বদা, ঐছে—অসিগুম্না, দয়ালু—থৌজান-হৈবা, আর—অতৈ অমা, নাই—লৈতে।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

গোবিন্দ মছামক অদুনা চৈতন্য গোসাঞি ওইনা নোংগুম্লকপনী। মায়া-লাংদা থুরবা জীবশিংবু লান্‌বিগে হায়বদা মাগুম্না থৌজান্‌হৈবা অতৈ অমা লৈতে।

## নৈনরোল

শ্রীচৈতন্যগা শ্রীগোবিন্দগা করিমতা খেন্নদে, মরমদি স্বয়ংগোবিন্দনা শ্রীচৈতন্য ওইনা নোংগুম্লকপনী। মায়ালাংদা থুরবা জীববু লান্‌বিবদা থৌজান-হৈবসী শ্রীচৈতন্যগুম্বা অবতার অতৈ লৈতে। জীববু লানবিগে হায়দুনা মতম অয়াম্বদা অবতার য়াম্না জগৎসীদা তৌরে। অদুবু শ্রীকৃষ্ণ-চৈতন্যগী দয়াদি মী পুম্বগী ওইনা তৌবিরম্মী, মতৌ অসুম্না তৌবদি কনামতা তৌখিদ্রি। অসিদসু নত্তে—অতৈ অতৈ অবতারদি জ্ঞান, যোগ, কর্ম্মনচিং-বগী মরমদা পাওতাক পীদুনা জীবগী লান্নবা উপায় তৌরম্মী, তৌইগুম্ব-সুং স্বয়ং ভগবান্ ব্রজেন্দ্র-নন্দনগী অন্তরঙ্গ-সেবা (মসুংহুন জনবা থৌগল)

ফংনবা উপায় প্রেমভক্তি ( মুংশিংনা লীওবা ) হায়বত্নুদি শ্রীচৈতন্য নত্তুনা কনামতনা পীরমদে, পীবস্নু ওক্ষম থোক্রমদে, মরমদি,- তাঙলবা, ফংবদা রানওাই ওইবা ব্রজপ্রেম হায়বত্নুদি শ্রীকৃষ্ণ নত্তুনা অতৈ কনামতনা পীবা ওস্মোই। লঘুভাগবতামৃত (পূর্ব্ব ৫/৩৭ ॥)-দা হায়রি—"সন্ত্ববতারা বহব' পঙ্কজনাভস্য সর্ব্বতোহভদ্রাঃ। কৃষ্ণাদন্যঃ কোবা লতাস্বপি প্রেমদো ভবতি ॥" মসীনী শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগী দয়া থোইদোকপা মওং হায়বদো। অবতার পুম্বনা জীবগী লান্নবা উপায় তাকপীরম্মী, অদুবু শ্রীকৃষ্ণগী অসুম অসুম হেঙ্গৎ-তুনদা লৈবা খোযথুম্না ফজবত্নুগী ( সৌন্দর্য্য-মাধুর্য্যত্নুগী ) মহাও ফংননবা উপাযদি শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য নত্তুনা কনামতনা তাকপীখিদ্রি। মসীনী জীবনা লান্নবগী মরমদা শ্রীকৃষ্ণ-চৈতন্যগী থৌজানগী থোইদোকপা মতৌদি।

যদদ্বৈতং শ্লোক-কী মরোল মতুং ইন্না ব্রহ্মাদি শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগী অঙ্গ-কান্তি-নী অমসুং পরমাত্মানা মহাক্কী অংশনী, অদুবু শ্লোকসিগী অর্থ তৌবনী হাযনা তৌবগা গ্রন্থকাব শ্রীল কবিরাজ গোস্বামীনা মহাক্কী বা-ফমত্নুগী প্রমাণ ওইনা ব্রহ্ম-সংহিতাগী, শ্রীমদ্ভাগবতমগী অমদি শ্রীগীতাগী শ্লোক পল্লিবত্নুদগী খওবদি—শ্রীগোবিন্দগী হায়বদি শ্রীকৃষ্ণগী অঙ্গকান্তি-না ব্রহ্মনী অমসুং মাগী অংশনা অন্তর্য্যামী-নী হাযবা অসিতনী, শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্যগী অঙ্গকান্তি অমদি অংশগী মবমদা প্রমাণ অমতসু পীরমদে। মরম-সিনা কনাং্বনা চিংনবা যাই হাযবা খন্দুনা নৈনবিবা পযারসিদা শ্রীগো-বিন্দগা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগা করিমতা খেন্নদে হাযরিবনী, জীববু লান বিগে হাযবগীদমক শ্রীগোবিন্দমক্তা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য রূপ লৌতুনা অবতীর্ণ ওইবিবস্ব-নী। শ্রীগোবিন্দগা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগা অমতনীনা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগী অঙ্গকান্তি-মক্ ব্রহ্মনী অমসু, মামক্কী অংশনা পরমাত্মা-নী।

## মূল ২৩

পরব্যোমেতে বৈসে নারায়ণ নাম।
ষড়ৈশ্বর্য্যপূর্ণ লক্ষ্মীকান্ত ভগবান ॥ ২৩ ॥

## শব্দার্থ

পরব্যোমেতে—মহাবৈকুণ্ঠদা, বৈসে—ফম্মী, মফম থোইরি, নারাযণ —শ্রীনারায়ণ, নাম—কৌবা, ষড়ৈশ্বর্য্য—লন তরুক্কা, পূর্ণ—থনবা, লক্ষ্মীকান্ত—লন্নেমা লক্ষ্মীগী মবুংঙো মপুরোইবা, ভগবান—শ্রীভগবান্।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভগবান্ ওইবা মহাকৃতি ঐশ্বর্য্য তরক্লা থনবনী, লক্ষ্মীগী মবুংঙোনী, মহাক্কী মিংনা নারায়ণ কৌয়ি, মহাক পরব্যোমদা ( মহাবৈকুণ্ঠদা ) লৈ।

### মুল ২৪

বেদ ভাগবত উপনিষদ আগম।
'পূর্ণ তত্ত্ব' যাঁরে কহে—নাহি যাঁর সম ॥ ২৪ ॥

### শব্দার্থ

বেদ—( ঋক্, যজু, সাম অমসুং অথর্ব্ব হায়বা ভাবতবর্ষগী লিয়েন-লিবা শাস্ত্র ) বেদ মরি, ভাগবত—শ্রীমদ্ভাগবতম্, উপনিষদ—উপনিষদ, আগম—তন্ত্র-শাস্ত্র, পূর্ণ তত্ত্ব—মপূঙনবা পোৎ (হায়বদি মাগীদা অরাৎপা অমতা যাওদবা), যাঁরে—মহাকপু (ভগবান নাবায়ণ-বু), কহে—কৌয়ি, নাহি—লৈতে, যাঁর—মহাক্কা সম—মান্নবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

বেদ, ভাগবত, উপনিষদ অমদি আগম-না পূর্ণ তত্ত্ব (মপূঙনবা পোৎ) হায়না মহাকপু কৌয়ি, মহাক্কা মান্নবসু কনা করি অমতা লৈতে।

### নৈনরোল

উপনিষৎ হাযবসী ব্রহ্মগী ৱা লেপ্পবা বেদগী শরূক অতুগী মমিংনী। আগম হাযবসীনা তন্ত্রশাস্ত্রবু হাযরিবনী।

### মুল ২৫

ভক্তিযোগে ভক্ত পায় যাঁহার দর্শন।
সূর্য্য যেন সবিগ্রহ দেখে দেবগণ ॥ ২৫ ॥

### শব্দার্থ

ভক্তিযোগে—ভক্তিগী থোওদা, ভক্ত—ভক্তনা, পায়—ফংঙী, যাঁহার—মহাক্কী, দর্শন—উবা, সূর্য্য—সূর্য্য ( নুমীৎ ), যেন—গুম্না, সবিগ্রহ—খোঙ-খুৎয়াওবা মূর্ত্তিগা লোয়ননা, দেখে—উই, দেবগণ—দেবশিংনা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( ভগবান ) মহাকপু ভক্তিসেবাগী লম্বী চৎলগা ভক্তশিংনা উবা ফংজে , লাইনাওশিংনা ( দেবতাশিংনা ) মুমীৎপু মূর্ত্তিগা লোযননা উবগুম্বনী।

### নৈনরোল

দেবগণ হায়রিবসী সূর্য্যালোক-দা লৈবা নত্রগা সূর্য্যালোক-গী মনাক্তা লৈবা লাইয়ামশিংবুনী। সূর্য্যলোক মনুঙদা লৈবা দেবশিং নত্রগা সূর্য্যলোকগী মনাক নক্না লৈবা লোক-গী দেবশিংনা সূর্য্যদেবগী খোঙ-খুৎ-পানবা মূর্ত্তিবু উবগুম্না, ভক্তিগী কৃপাদগী জীবনা শ্রীভগবানগী স্বরূপ অদুবু মপুঙ ফানা খঙবা ঙমগনী, মরমদুনা শ্রীভগবানগী খোঙ-খুৎ-পানবা থোইদোকপা রূপ অদুসু উবা ফংগনী।

### মূল ২৬

জ্ঞান-যোগমার্গে তাঁরে ভজে যেই সব ।
ব্রহ্ম-আত্মা রূপে তাঁরে অনুভব ॥ ২৬ ॥

### শব্দার্থ

জ্ঞান-যোগমার্গ—জ্ঞানমার্গদা অমসুং যোগমার্গদা , তাঁরে—মহাকপু , ভজে —নীঙভী ( ভজন তৌয়ি ) , যেই সব—মী পুম্বা মখোয়দো , ব্রহ্ম-আত্মা রূপে—ব্রহ্ম অমসুং পরমাত্মা ওইনা , তাঁরে—মহাকপু , করে —তৌযি , অনুভব—খঙবা, উবা ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( নির্ব্বিশেষবাদীশিংগী ) জ্ঞানমার্গদা মহাকপু নীঙবা মী-পুম্বনা ব্রহ্ম ওইনা মহাকপু উই, অমসুং যোগমার্গদা নীঙবা মীশিংনা মহাকপু অন্তর্য্যামী পরমাত্মা ওইনা উই ।

### নৈনরোল

জ্ঞানমার্গগী লাইনীঙবশিংনা ভগবানগী ব্রহ্ম স্বরূপ অদু ফংবা য়াই ; অদুগা যোগমার্গগী উপাসকশিংনা পরমাত্মা-স্বরূপ অনুভব তৌবা য়াই ,

তৌইগুম্বস্তু মখোয় কনামতনা ঐশ্বর্য্য তক্কক্লা মপুঙ ফারবা নারায়ণ-স্বরূপ অদুবুদি ফংবা ভগ্নোই, স্বয়ং-রূপ শ্রীকৃষ্ণগী স্বরূপ অদুবু খঙবগী রাদি থম্নু থমখ্রক্নুনা।

## মূল ২৭

উপাসনাভেদে জানি ঈশ্বর মহিমা।

অতএব সূর্য্য তাঁর দিয়ে ত উপমা ॥ ২৭ ॥

### শব্দার্থ

উপাসনা—লাইনীঙ, ভেদে—খেন্নবনা, (উপাসনাভেদে—লাইনীঙ তোঙান্ তোঙান্বা মরম্না), জানি—( ঐনা ) খঙঙী, ঈশ্বর-মহিমা—ঈশ্বরগী মতীক মযাই, অতএব—মরমদুনা, সূর্য্য—নুমীৎ, তাঁর—মহাক্কী, দিয়ে ত—পীখিবনী, উপমা—চাংদম্নবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

উপাসনাগী (লাইনীঙগী, সাধনগী) খেন্নবা মতু ইন্না ঈশ্বরগী মহিমা ( মতীক-মযাইবু ) খঙবা য়াই। মরমদুনা নুমীৎপু মাগী চাংদম ওইনা

### নৈনরোল

মথক্কী পয়ার মূল অনীদা হাযরি—ভক্তনা ভগবান্‌গী দর্শন ফংজে, জ্ঞানীনা মহাকপু ব্রহ্ম ওইনা অদুগা যোগীনা মহাকপু পরমাত্মা ওইনা অনুভব তৌজে। রাফমসিদগী খঙবা ওম্বদি ভক্ত, জ্ঞানী অমসুং যোগী ওইবা মীতা অহুমসিনা ভগবান বু অনুভব তৌবা ফংঙী হায়বসিনী। অদুবু মীতা অহুমসিগী অনুভবতি খেন্নে হায়বদু নৈনন্নিবা পযারসিদা হাযরি। অনুভব-তা খেন্নরক্লিবসিগী মরমদি উপাসনাদা খেন্নরকপননী। অনুভবকী খেন্নবসী তাক্লনবা হায়দুনা নুমীৎপু উপমা (চাংদম) ওইনা পীরি। অমথক্তং ওইনা লৈবা নুমীৎসিবু ( সূর্য্যসিবু ), পৃথিবীদা লৈবা জীবশিংনা মণ্ডাল ওইনা উই, অদুগা দেবতাশিংনা মূর্ত্তি ওইনা উই, অদুগা সূর্য্যলোকদা লৈবশিংনা খোঙ খুৎ পান্‌বা শক অদুগী বৈশিষ্ট্য ( শকওং-শক্তা ) অমদি মাগী রথগী বৈশিষ্ট্য অদু উই। মঙৌ অহুগুম্না, শ্রীভগবান সে পোৎশক অমথক্তা ওইরবস্নু জ্ঞানীনা মাগী অঙ্গ-কান্তিগী মশক ওইবা নির্বিবশেষ

ব্রহ্মাতুবু অনুভব তৌয়ি, যোগীনা অনুভব তৌবনা ভগবানগী অংশস্বরূপ পবমাত্মাবুনী অতুগা ভক্তনা অনুভব তৌবনা ভগবান্গী ঐশ্বর্য্য তরুক্লা মপূঙনরবা স্বরূপ অতুবুনী। নির্ব্বিশেষ ব্রহ্মাদি শক্তি শান্নদে, মশক নাইদে, মাগী গুণ লৈতে, অতুগা লীলা লৈতে, মরমতুনা জ্ঞানীশিংনা আনন্দদমক অনুভব তৌযি। পরমাত্মাগী রূপ ( শক ) লৈ, সৃষ্টিগী থবক্লা মবী লৈনবা লীলাসু লৈ, অতুবু জীবগী মতাঙদদি মহাক থৌশাদবা ( উদাসীন ) উবদমক উবা ( সাক্ষীমাত্র ) হায়বতু ওইনা লৈ, ভক্তগী থম্মোই পেলহন্নবগীদমক মখল-মথেল নাইবা লীলাসু লৈতে। যোগীনা মথম্মোইন্নুংদা পরমাত্মাবু অনুভব তৌরগা আনন্দ ফংবদি ফংঙী হাযববু লীলাগী মখল-মথেল হাযবতু লৈতবনীনা নুংঙাইবগী মখল-মথেল্সু ( আনন্দ-বৈচিত্রীসু ) অনুভব তৌবা ফংদে। অতুম ওইনমক জ্ঞানগী অনুভবতগীদি যোগীগী অনুভবনা হেল্লী, মবমদি, যোগীনা ভগবান্গী নঙ-নঙ-লাউবা আনন্দগী রূপ-মাধুর্য্য অনুভব তৌবা ঙম্মী। ভক্তগী উপাস্য ( নীঙনঙাই ওইবা ) ভগবানদি ঐশ্বর্য্য তরুক্লা মপূঙনবনী, মহাক্কীদি পবিকর ( লোযিন-খমযিন ) লৈ, পবিকরশিংগা লোয়ননা লীলাসু শান্নে। ভক্তনা মহাকপু নুং-পান্ অনীমক্তা অনুভব তৌবা ঙম্মী, মহাক্কী পরিকর ওইবা ফংজতুনা মহাক্কী সেবা তৌবগী নুংঙাইবা মথেল্সু অনুভব তৌবা ঙমজে, মরমসীন্না জ্ঞানী-যোগী অনীগী অনুভব-তগী ভক্তগী অনুভব-না হেল্লী।

## মূল ২৮

সেই নাবায়ণ কৃষ্ণের স্বরূপ-অভেদ।
একই বিগ্রহ, কিন্তু আকার বিভেদ॥ ২৮॥

### শব্দার্থ

সেই নারাযণ—নারায়ণ অদু, কৃষ্ণের—শ্রীকৃষ্ণগী, স্বরূপ-অভেদ—খেন্নদবা স্বরূপ-নী, একই—অমতনী. বিগ্রহ—মূর্ত্তি, কিন্তু—তৌই-শুন্দসুং, আকাব—শাবান্, হুকচাং-কয়াৎ পান্থংলগা ওইবা মতা, বিভেদ—খেন্নবা ( লৈ )।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নারায়ণ অদুনা শ্রীকৃষ্ণগা স্বরূপ অমতনী, মথোয়নীসী বিগ্রহ অমতনী হায়রবসু শাবান্-কায়াৎতা খেন্নে।

## মৈনম্নোল

শ্রীকৃষ্ণগা শ্রীনারায়ণগা স্বরূপ অমতনী হায়রবস্থু শাবান্ কায়াংতা থেয়্রে। শ্রীনারায়ণদি শ্রীকৃষ্ণগী বিলাস-মূর্ত্তিনী হায়বত্থু মৈনরিবা পয়ার-সিদা তাল্লী। মরমদি পয়ার মূল ৫৮ শুবদা হায়রি—"অতএব ব্রহ্মবাক্যে পরব্যোম-নারায়ণ। তেঁহ কৃষ্ণের বিলাস, এই তত্ত্ব নিরূপণ।"

আকার গী অর্থদি কায়াংশুনা পান্নল্লগা ওইরকপা মওং হায়বনী। আকারদা করম্মা থেম্নবগে হায়বদো মথাদা লাক্পা মূল-পয়ারদা য়াওরি।

## মূল ২৯

ইহোঁত দ্বিভুজ তিঁহো ধরে চারি হাথ।
ইহোঁ বেণু ধরে, তিঁহো চক্রাদিক সাথ॥ ২৯॥

## শব্দার্থ

ইহোঁত—মসিমনা, দ্বিভুজ—খুৎ-অনী-পান্বনী, তিঁহো—মহাক্না, ধরে—লোওঙী, চারি—মরি, হাথ—খুৎ, ইহোঁ—মসিনা, বেণু—বেণু, বাঁশী, ধরে—পায়, তিঁহো—মহাক্না, চক্র আদিক—চক্র নচিংবা, সাথ—লোয়নৈ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অসিমনা ( ভগবান্ কৃষ্ণনা ) খুৎ-অনী-পান্বনী, মহাক অমনা ( শ্রীনারায়ণ-অদুনা ) খুৎ-মরি-পান্বনী। মসিনা ( শ্রীকৃষ্ণনা ) বাঁশী পায অদুগা মহাক অদুমনা ( শ্রীনারায়ণনা ) শঙ্খ ( মোইবুঙ ), চক্র ( কাংখোং ), গদা অমসু পদ্ম ( থম্বাল ) পায।

## মূল ৩০

নারায়ণ-স্ত্বং ন হি সর্ব্বদেহিনা—
মাত্মাস্যধীশাখিললোকসাক্ষী।
নারায়ণোঽঙ্গং নরভূজলায়না-
ত্তচ্চাপি সত্যং ন তবৈব মায়া॥ ৩০॥

## শব্দার্থ

নারায়ণঃ—শ্রীনারায়ণ; ত্বম্—নহাক, ন—নত্তে, হি—লেপমক, সর্ব্বদেহিনাম্—শাবান্বা ( দেহী ) পুম্নমক্কী, আত্মা—পরমাত্মা, অসি—

( নঙনা ) ওই , অধীশ—হে ঈশ্বর পূম্নমক্কী মবুঙো , অখিল-লোক—লোক ( মরোল ) পূম্নমক্কী , সাক্ষী—অউবা অত্তু , নারায়ণঃ—শ্রীনারায়ণ , অঙ্গম্—অংশ, হকচাঙ, মূর্ত্তি , নর—নরগী , ভূ—পোকপা , জল—ঈশীঙ-দা , অযনাৎ—চঙজফম ওইবনা , ( নরভূজলায়নাৎ—জীবগী থম্মোইস্নুং-দা অমসুং ঈশীঙদা লৈবা মরম্না ) তৎ—মত্তু , চ—অমসুং , অপি—লেপ্পমক , সত্যম্—অওইবা, সত্য , ন—নত্তে , তব—নহাক্কী , এব—মক্কী , মাযা—মাযা ।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

( ব্রহ্মানা শ্রীকৃষ্ণদা হায়রম্মী ) "নহাক নারায়ণ নত্তবা ? ( হায়বদি নহাক লেপ্পমক নারাযণ অত্তুনী, মরমদি) নঙনা শাবানবা জীব (দেহী) পূম্ন-মক্কী আত্মানী , অমসুং হে অধীশ (ঈশ্বব পূম্নমক্কী মবুঙো) । নঙদি লোক ( মরোল ) পূম্নমক্কী সাক্ষীনী ( অউবনী, হায়বদি দেহীশিংগী হৌখ্রবা-ওইবিবা-ওইরক্কদবা থবক পূম্নমক উরিবনী ) , জীবগী থম্মোইদা অমসুং ঈশীঙদা লৈবা নারায়ণ ( অত্তুসু ) নঙগী অঙ্গনী ( নত্রগা মূর্ত্তি থোইদোকপা অমনী ) , মত্তুসু (নঙগী অঙ্গ ওইবিবা নারাযণ অসিসু) সত্যবস্তুনী (অওইবা পোৎনী), মত্তু নঙগী মাযা ( মায়াদগী থোরকপা পোৎ ) নত্তে ।

## নৈনরোল

প্রকট (মীরক্তা ফোঙদোকখিবা) ব্রজলীলাগী মতমদা গোপ-অঙাঙ-শিংগা লোযননা শ্রীকৃষ্ণনা শজ শেল্লিনৈদা নো৲মদি ব্রহ্মানা কৃষ্ণ নত্তনা অতৈ গোপ-অঙাঙশিংবু অত্তুগা শন্নাও পূম্নমকপু হুরাল্লম্মী , মানা তৌরু-বিবত্তু লাল্লে হাযবা খঙলত্তুনা মরাল ঙাকপীহন্নবগীদমক শ্রীকৃষ্ণগী চরণ-দা হঙৎলম্বা বাত্তু শ্রীমদ্ভাগবত কী শ্লোক কযামুক্তা ফোঙদোল্লী , নারায়ণ-স্তম্-নচিংবা শ্লোকসিসু শ্লোক মযামত্তুগী মরক্তা অমনী । মসিগী মমাঙ থংবা শ্লোক অত্তুদা ব্রহ্মানা শ্রীকৃষ্ণদা হায়খি—"ত্বত্ত বিনির্গতোঽস্মি"—ঐসী নঙোন্দগী থোরকপা নত্রা ? হায়বদি ঐসী নঙোন্দগী পোক্লকপনী ।" রাসী হায়দোকলুরগা ব্রহ্মানা চিংনরম্মী, শ্রীকৃষ্ণনা হায়রকপা যাই—হে ব্রহ্মা, নঙদি নারায়ণ-না পোকপনী , ঐঙোন্দগী পোকপনী হায়বদি করম্না হাযরিবনো ?" অসুম্না শ্রীকৃষ্ণনা হংলক্কনী হায়না চিংনরত্তুনা ব্রহ্মানা নারায়ণস্তম্-নচিংবা শ্লোকসিদা হায়রম্মী- "হে শ্রীকৃষ্ণ, নারায়ণস্ত্বং ন হি ? নঙবু নারায়ণ নত্রা ? হায়বদি নহাক নারায়ণ-নী—মূল ( মক

ওইবা ) নারায়ণ অতুমক্কী নঙদি। করম্না নঙনা নারায়ণ ওইরিবনো হায-বদো হায়জগে।" নার অমসুং অয়ন শব্দ অনীসী তিল্লগা নারায়ণ শব্দ ওইরিবনী। নার অমসুং অয়ন শব্দ অনীসিগী তোঙান-তোঙানবা অর্থ তৌরগা ব্রহ্মানা শ্রীকৃষ্ণদি মূল নারায়ণ-নী হায়বতু উৎলম্মী। অহানবদা "নারং জীব সমূহঃ—নার শব্দগী অর্থদি জীব-পুম্বা হাযবনী (শ্রীধরস্বামী)" অমসুং "অয়ন শব্দগী অর্থনা আশ্রয় (চঙজফম, তৃঙফম, লৈফম) হায়বনী", নার-না ( হাযবদি জীবপুম্না ) মাগী আশ্রয় ওইবিবা মহাক অতু নারায়ণ নী। পরমাত্মা ওইনা শ্রীকৃষ্ণনা জীব খুদিংগী মনুংদা লৈরি, মরমতুনা নার হায়বদি জীব-পুম্বা পরমাত্মাগী (হায়বদি পরমাত্মাগী মশক লৌবা শ্রীকৃষ্ণ গী ) আশ্রয় নত্রগা অয়ন ( লৈফম ) ওই হাযতুনা পরমাত্মামক নারায়ণ-নী অমসুং শ্রীকৃষ্ণনা পরমাত্মাগী থোবকফম্নী ( মূল-নী ) হাযতুনা শ্রীকৃষ্ণদি মূল-নারায়ণ অতুনী। অসিগুম্বা অর্থ ফোঙদোক্নবা হাযতুনা ব্রহ্মানা হায-রম্মী—"সর্ব্বদেহিনাং আত্মা অসি—হে কৃষ্ণ, নঙদি জীব পুম্নমক্কী আত্মানী হাযবদি পরমাত্মানী, পরমাত্মা ওইনা নঙনা জীব পুম্নমক্কী ( নার গী ) মনুংদা লৈরি, মরমতুনা জীব পুম্বা ( নার ) নঙগী আশ্রয়নী ( অয়ন-নী ), মরমসিনা নঙ নারায়ণ-নী। অনীশুবা মওংদা, শ্রীকৃষ্ণদি নারায়ণ নী হাযবা যাননবা ব্রহ্মানা শ্রীকৃষ্ণবু অধীশ হায়না কৌরি। অধীশ-গী অর্থদি ঈশানাং অধিপতিঃ ( শ্রীবিশ্বনাথ চক্রবর্ত্তী ), ঈশ্বর পুম্নমক্কী মবুঙেঙা নত্রগা থোরকফম। কারণার্ণবশায়ী পুরুষ, গর্ভোদকশায়ী পুরুষ অতুগা ক্ষীরোদ-শায়ী পুরুষ—পুরুষ অহুমসী ব্রহ্মাণ্ডগী অমসুং ব্রহ্মাণ্ডদা লৈবা জীবশিংগী সৃষ্টি, স্থিতি অমসুং প্রলয়গী হেক থংনবা থোরকফম্নী (কারণ-নী), মরম সীনা পুরুষ অহুমসী ব্রহ্মাণ্ডগী অমসু জীব-পুম্বগী ঈশ্বর-নী, অতুগা অমুক, অহুমসী শ্রীকৃষ্ণদগী থোরকপনী, শ্রীকৃষ্ণনা মখোয়গী থোরকফম্নী অমসুং অধীশ্বর-নী ( ঈশ্বর-মকোক্নী )। মরমসিনা হায়রিবা ঈশ্বর পুম্বগী অধীশ্বর শ্রীকৃষ্ণনা অধীশ হাযবতুনী। মথক্তা হায়রিবা পুরুষ অহুমসিগী খুদিংমকপু নারায়ণ কৌযি, শ্রীকৃষ্ণনা মখোয়সিগী আশ্রয় ( অয়ন ) ওইরে হায়বদি থোরকফম মূল ( মরু ওইরে হায়তুনা শ্রীকৃষ্ণনা মূল-নারায়ণ-নী। অতুমসু হাযবা য়াই, নার গী অর্থদি নর-সম্বন্ধি বস্তুনী ( মীওইবগা মরি লৈনবা পোৎ হায়বনী ), নর-গা মরী লৈনবদা ঈশ্বর ওই হায়তুনা মথক্তা পনখ্রিবা পুরুষ অহুমসিবু নার কৌবা য়াই, অতুগা শ্রীকৃষ্ণনা মখোয়গী ( নারগী ) আশ্রয় ( অয়ন ) ওই হাযতুনা শ্রীকৃষ্ণদি নারায়ণ হাযবতুনী।

অহুমগুবা মওংদা শ্রীকৃষ্ণবু নারাযণ-নী হায়বা হাননবা ব্রহ্মানা হায়রম্মী—"হে শ্রীকৃষ্ণ, নগুদি নারাযণ-নী, মরমদি "অখিল লোক সাক্ষী নী" নগুদি। অখিল-লোক ( মরোল পূম্নমক ) হায়বা শব্দসিনা খণ্ডহল্লিবদি প্রাকৃত ব্রহ্মাণ্ডদা লৈবা প্রাকৃত জীব পূম্নমক অমসুং প্রাকৃত নত্তবা বৈকুণ্ঠশিংদা লৈবা প্রাকৃত-নত্তবা জীব পূম্নমক—হায়রিবা জীব পূম্নমকপু ( নার-বু ) খণ্ডহল্লী। জীব পুম্নমক্তিগী ( নার গী ) সাক্ষীনী হাযত্তুনা শ্রীকৃষ্ণবু 'অখিল-লোক সাক্ষী' হাযনা কৌরিবনী। উরিবা মীবু সাক্ষী কৌয়ি, শ্রীকৃষ্ণদি 'অখিল লোক' লৈরিবসিগী মতম অহুমগী থবক পূন্থা উই হাযত্তুনা মহাক 'অখিল লোক-সাক্ষীনী' অয়্ ধাতুগী অর্থ অমনা খণ্ডবা নত্রগা উবা হায-বনী। ( নারমযসে জানাসীতি ত্বমেব নাবাযণং ইতি বিশ্বনাথ চক্রবর্ত্তী )। অয ধাতুদগী অযন শব্দ শেম্লকপনী, মরমসীনা অয়ন শব্দগী অর্থদি খণ্ডবা নত্রগা উবা হাযবনী। অখিল-লোকগী ( নারগী ) ( মতম অহুমগী কর্ম্মবু ) খণ্ডবা নত্রগা উবা মহাকপু হায়বদি অখিল-লোক-সাক্ষীবু নারাযণ কৌ-বনী। শ্রীকৃষ্ণদি অখিল-লোকগী মতম অহুমগী কর্ম্মগী সাক্ষীনী (অউবনী) হাযত্না মহাকপু নারাযণ কৌবিবনী। অসি ফাওবা হাযবা মতুংদসু অমূক ব্রহ্মাগী আশঙ্কা ( চিংনবা ) অমা লাক্লে। মহাক্না থল্লম্মী, নার শব্দগী অর্থ অমনা ঈশীঙ ( আপো নারা ) হায়বনী, ঈশীঙনা মাগী আশ্রয (অয়ন) ওইবা মহাক্তি নাবায়ণ নী, প্রথম পুরুষদি কারণজলদা ( ঈশীঙদা ) লৈ, মবমসিনা কাবণ-জল-দা ( নারাদা ) লৈ (আশ্রয় তৌযি) হাযত্তুনা মহাক নারায়ণ-নী। মতৌ অসুম্না গর্ভোদক না ( গর্ভগী ঈশীঙনা ) দ্বিতীয় পুরু-ষগী আশ্রয ওই হায়ত্তুনা মহাকসু নারায়ণ নী অত্তুগা ক্ষীবোদক-না ( ক্ষীর-ঈশীঙনা ) তৃতীয় পুরুষগী আশ্রয ওই হায়ত্না মহাকসু নারায়ণ-নী; মতৌ অসুম্না পুরুষ অহুম্মক নারাযণ ওাক্নী। অত্তুগা অমূক, নর-দগী থোরকপা পূম্নমকপুসু নাব কৌযি, মরমসিনা নর-দগী থোরকপা জীব পুম্নমক্নীনা ( নার-সীনা ) মাগী আশ্রয় ওইরিবা অত্তুগুম্বা মহাক্তু ( পরমা-ত্মাত্তুসু ) নারাযণ-নী। মতৌ অসুম খল্লুরগা ব্রহ্মানা আশঙ্কা তৌরম্মী, শ্রীকৃষ্ণনা হায়রকপা য়াইনা, "হে ব্রহ্মা, নারা হায়বদি ঈশীঙদা লৈবা পুরুষাবতাব অহুমত্তু নারাযণ ওইবা য়াই, নত্রগা নর-দগী থোরকপা জীব পুম্নক্না ( নত্রগা জীবশিংত্তুগী থম্মোইনা ) মাগী আশ্রয় ওইবিবা অত্তুগুম্বা পরামাত্মাত্তুমক্না নারায়ণ ওইবা য়াই। নঙনা ঐবু নারায়ণ হায়রিবদি করিগীনো ?" অসুম্না আশঙ্কা তৌবদগী ব্রহ্মানা হায়রকখি—**নারায়ণো-ঽঙ্গং নরভূজলায়নাৎ।**

**নরভুজলায়নাৎ**—নরভূ ( নর-দগী থোরকপা জীব নত্রগা জীব-থম্মোই ) অমসুং ঈশীওনা ( জল-না ) অয়ন ( আশ্রয়, লৈফম ) ওইবা মাবু **নরভুজলায়ন** হায়বনী। নরভুজলাযনাৎ হায়বদি জীবগী থম্মোইদা অমসুং ঈশীওদা আশ্রয় লৌরিবা **নারায়ণ** কৌবা মহাক্তো নহাক্কী (শ্রীকৃষ্ণ নওগী ) অঙ্গনী ( অংশনী-মশুংনী ), অদুগা নঙনা ( শ্রীকৃষ্ণনা ) মহাক্কী অঙ্গীনী (অংশীনী, মপূম্নী) , অংশগা অংশীগদি খেন্নদবনীনা নওমক (শ্রীকৃষ্ণমক) নারায়ণ-নী। অমূকসু আশঙ্কা পোকপা য়াই, শ্রীকৃষ্ণদি অপরিচ্ছিন্ন ( মরাক-মযুং-নাইদবা মপান্নাইদবা ) বিভু ( পূমশন্-শনবা ) পোৎনী, মহাক্কী অংশসু মপান্নাইদবা বিভুবস্তুনী , শ্রীকৃষ্ণগী অংশ ওইরিবা নারায়ণ অদুগা কবম্না মপান্নাইবা ( পরিচ্ছিন্ন ওইবা ) জীবগী থম্মোইদা অমসুং ঈশীওদা লৈবা যাগদৌবিবা ? অদু ওইরবদি নাবাযণ সী মপান্নাইবা, মতম পুম্বগী নত্তবা ( অনিত্য ওইবা ) মায়িক বস্তুবা ? অসুম্না আশঙ্কা তৌরদুনা ব্রহ্মানা অমুক হায়রম্মী—"নত্তে, মদু নত্তে , তচ্চাপি সত্য ন তবৈব মায়া—নওগী অংশ নারাযণ অদুসু সৎ-চিৎ-আনন্দগীনী, সত্য-নী ( অওইবনী ), মফম-মতম-পুম্নমক্তা লৈবনী, শুদ্ধ-সত্ত্বাত্মক নী ( সত্ত্বাদনা মপূঙনরবনী ) , মহাক মায়িক বস্তু নত্তে।"

## মূল ৩১

শিশু বৎস হরি ব্রহ্মা করি অপরাধ।
অপরাধ ক্ষমাইতে মাগেন প্রসাদ ॥ ৩১ ॥

## শব্দার্থ

শিশু—অঙাঙ , বৎস—শন্নাও , হরি—হূরান্দুনা , ব্রহ্মা—ব্রহ্মা না , করি—তৌদুনা , অপরাধ—অয়োন-অরান্ , অপরাধ—মবাল , ক্ষমাইতে—ঙাকপীহন্নবা , মাগেন—নিজে , প্রসাদ —থৌজান।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ব্রহ্মানা গোপ-অঙাঙশিঙ অমসুং শন্নাওশিঙ হূরান্দুনা শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা অযোন্-অরান্ তৌরুরবা মতুংদা মাগী মবাল ঙাকপীনবা হাযজনা শ্রীকৃষ্ণদা থৌজান্ নিজখি।

## মূল ৩২

তোমার নাভিপদ্ম হৈতে আমার জন্মোদয়।
তুমি পিতা-মাতা, আমি তোমার তনয় ॥ ৩২ ॥

## শব্দার্থ

তোমার—নহাক্কী , নাভি পদ্ম—খোয়দৌ থম্বান্ , হৈতে—দগী , আমার—ঐগী , জন্মোদয—ইপোক ( ওইবনী ) , তুমি—নঙনা , পিতা-মাতা—ইপা-ইমানী , আমি—ঐনা , তোমার—নঙগী , তনয—নচানী ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( ব্রহ্মানা হায়রম্মী )—"নহাক্কী খোযদৌ থম্বান্দগী ঐ পোক্‌পনী । নহাক্কা ইপা ইমানী , ঐনা নঙগী নচান্নুপানী ।"

## মুল ৩৩

পিতা-মাতা বালকেব না লয় অপরাধ ।

অপরাধ ক্ষম—মোরে করহ প্রসাদ ॥ ৩৩ ॥

## শব্দার্থ

পিতা—মাতা-মপা মমানা , বালকের—অঙাঙগী , না—নত্তে , লয—লৌয়ি , (লযনা—লৌদে) , অপরাধ—মরাল ; অপরাধ—(ঐগী) অরানবা , ক্ষম—ঙাকপিয়ু , মোরে—ঐবু , করহ—তৌ , প্রসাদ—থৌ-জান ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মপা-মমানা মচান্নুপা শীশক্কী মরাল লৌবিদে । ইরাল ঙাকপিয়ু, ঐবু চান্‌বিয়ু ।

## মুল ৩৪

কৃষ্ণ কহেন—ব্রহ্মা, তোমার পিতা নারায়ণ ।

আমি গোপ, তুমি কৈছে আমার নন্দন ॥ ৩৪ ॥

কৃষ্ণ—শ্রীকৃষ্ণনা , কহেন—হায় , ব্রহ্মা—হে ব্রহ্মা , তোমার—নঙগী , পিতা—অপোকপদি , নারায়ণ—নারায়ণ , আমি—ঐ , গোপ—

শনুজেন-নহানী , তুমি—নহাক , কৈছে—করম্না , আমার—ঐগী , নন্দন—ইচান্নুপা ( ওইগনী )।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণনা হায়রম্মী, "ওহে ব্রহ্মা, নঙগী অপোকপদি নারায়ণ-নী। ঐদি শঙ্গেন্নহানী ( গোপনী ), নহাক করম্না ঐগী ইচান্নুপা ওইগনী ?"

## মূল ৩৫

ব্রহ্মা বলেন—তুমি কি না হও নারায়ণ।

তুমি নারায়ণ, শুন তাহাব কাবণ ॥ ৩৫ ॥

### শব্দার্থ

ব্রহ্মা—ব্রহ্মানা , বলেন—হায , তুমি—নঙনা , কি না হও—ওই দবরা , নারায়ণ—নাবায়ণ , তুমি—নহাক নারায়ণ—নাবায়ণ-নী , শুন—নাকোঙনা তাও , তাহাব—মতুগী কারণ—মবম ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ব্রহ্মানা খুম্লম্মী "নহাকপু নাবায়ণ নত্তবরা ? নহাক নারায়ণ-নী, মতুগী মরম তাবিযু।"

## মূল ৩৬

প্রাকৃতাপ্রাকৃত—সৃষ্ট্যে যত জীবরূপ।

তাহার যে আত্মা তুমি মূল-স্বরূপ ॥ ৩৬ ॥

### শব্দার্থ

প্রাকৃত—প্রকৃতিগী (মহৌশাগী) ওইবা , অপ্রাকৃত—প্রাকৃত-নত্তবা , লাইরম্লেনগী ওইবা , সৃষ্ট্যে—শেম্বদা , যত—অদূক , জীব-রূপ—জীব-শিং , তাহাব—মতুগী , যে—মতু , আত্মা—আত্মা ( ওইবিবা ), তুমি —নহাক্না , মূলস্বরূপ—হৌরক্‌ফম মরু ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রাকৃত অমদি প্রাকৃত-নত্তবা, লৈশেম্নশিংদা ( সৃষ্টিশিংদা ) লৈরিবা জীব পুম্বতুগী আত্মা ওইরিবা হৌরক্‌ফম মরুতু নহাক্নী।

**নৈনদ্রোল**

**প্রাকৃত-অপ্রাকৃত সৃষ্ট্যে** হায়বদি প্রাকৃত ব্রহ্মাণ্ডদা অমসুং প্রাকৃত-নত্তবা ভগবানগী ধাম-দা হায়বনি। **অপ্রাকৃত সৃষ্টি** হায়রগা প্রাকৃত-নত্তবা ভগবদ্ধামগী প্রকাশবু খঙনৈ, মরমদি, ভগবদ্ধামদি নিত্য-নী ( মতম পূম্বগীনী ), মাদি সৃষ্টবস্তু ( অশাবা-অশেম্বা পোৎ ) নত্তে।

**যত জীবরূপ** হায়বদি জীবগী মুর্ত্তি লৈরিবা অদূকী মথৈ হায়বনী। জীবগী মখল অনীনী, অমনা মায়া-লাংদা-থুববা সংসারী জীব অদুগা অমনা মতম পুম্বদা মায়া-লাংদা থুদ্রবা জীব ( নিত্যমুক্ত জীব ) অসীনী। নিত্যমুক্ত জীবদি ভগবানগী পার্ষদশিংগী মনুঙদা চল্লী।

**আত্মা** পূম্শন্ শন্না লৈবা পোৎনী। নৈনবিবা পযাবসিদা আত্মা শব্দগী অর্থদি আশ্রয় ( লৈফম, চঙজফম ) হাযবনী, জীব পূম্নমকী আত্মা ওইরিবা মহাক অদু জীব পূম্নমকপূ কোন্শন্দুনা লৈ মরমদুনা মহাক ব্যাপক-নী ( পূমশন্-শনবা পোৎনী ) অদুগা জীবনা ব্যাপ্য-নী ( কোন্সন্নগাই ওইবা পোৎনী), মরমদুনা মহাক্না আশ্রয়নী ( চঙজফম্নী ) অদুগা জীবনা আশ্রিত (চঙজরিবা) হায়বদুনী। আত্মা শব্দগী অর্থ অমনা দেহ (হকচাঙ) হায়বনী। অদুনদি জীবগী আত্মা হায়রগা জীবগী হকচাঙ হায়বদি জীবগী উপাদান ( শাগৎপদা চঙবা পোৎ ) হায়নস্থ খঙনৈ।

**মূলস্বরূপ** হায়বদি মূল উপাদান (পোৎচঙ মক) হাযবনী। জীবগী স্বরূপ অশেঙবা হায়রগদি মাদি শ্রীকৃষ্ণগী অণু ( কূপ্লেন-কূপ্পা ) অংশ-নী, মরমদুনা জীবগী থোরকফম মকদি ( মূলস্বরূপ নত্রগা অংশীদি ) শ্রীকৃষ্ণনী। জীবগী উপাদান কারণ-সু ( পোৎচঙসু ) শ্রীকৃষ্ণনী হাযদুনা শ্রীকৃষ্ণনা জীবগী মূল উপাদান ( পোৎচঙ মক ) ওই।

মরমসিনা ব্রহ্মানা শ্রীকৃষ্ণবু জীব মখল পূম্নমকী মূল উপাদানসুনী অদুগা মূল আশ্রয়সুনী হাযনা হাযরিবনী।

**মূল ৩৭**

পৃথ্বী যৈছে ঘটকুলের কারণ আশ্রয়।
জীবের নিদান তুমি, তুমি সর্ব্বাশ্রয় ॥ ৩৭ ॥

**শব্দার্থ**

পৃথ্বী—মালেমলৈমা, পৃথিবী, যৈছে—মদুগুম্না, ঘট—চফু, কুলের

—শাগৈগী, কারণ—থোরককম, আশ্রয়—লৈফম, জীবের—জীবগী, নিদান—থোরকফম মরু, তুমি—নঙনী, তুমি—নঙনা, সর্ব্বাশ্রয়—পুম্নমক্কী তুঙফম্নী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পৃথিবীনা (লৈপাক্লা) চফু-চনাই-শিংগী থোরকফম (উপাদান কারণ) অমসুং তুঙফম (আশ্রয়) ওইবগুম্না জীবগী থোরকফম নঙনী, নঙনা

## তৈনবেরোল

চফুচনাইগী উপাদান কারণদি (পোৎচঙদি) পৃথিবীনী (লৈপাক্লী)। অদুগা মথোয়গী লৈফমসু (আশ্রয়সু) পৃথিবীনী। কারণ (থোবক্কবা মরম) হায়বসী মথল অনীনী, মদুদি—নিমিত্ত কারণ (পোৎশাবা মী) হায়বা অমা অদুগা উপাদান-কারণ (শাবগী পোৎচঙ) হাযবা অমা। মদুগী খুদমদি, লৈথোম্না চফুগী উপাদান-কারণ-নী (পোৎচঙ ওইবা মরম্নী), অদুগা চফু শাবা মীনা চফুগী নিমিত্ত কারণ-নী। পৃথিবীদি চফু-চনাই পুম্নমক্কী উপাদান কারণ ওইবতা নত্তে। লৈথোম্না শাবা পোৎ পুম্নমক পৃথিবীগী মথক্তা লৈ। মরমদুনা পৃথিবীবু ঘটকুলগী আশ্রয-নী (লৈফম্নী) হায়রিবনী। মতৌ অসুম্না শ্রীকৃষ্ণসু জীবগী থোরক্কবগী মরম অমসু, তুংফম মরুনী (উপাদান কারণ, নিমিত্ত কারণ ওইবতা নত্তনা আশ্রয়সুনী)।

## মুল ৩৮

'নার'-শব্দে কহে সর্ব্বজীবের নিচয়।
অয়ন-শব্দেতে কহে তাহার আশ্রয় ॥ ৩৮ ॥

### শব্দার্থ

নার—নার শব্দনা, কহে—হায়, সর্ব্বজীবের—জীব পুম্নমক্কী, নিচয়—অপুনবা পুল্লপ, অয়ন শব্দে—অয়ন শব্দনা, কহে—হায়, তাহার—মথোয়গী (জীবশিংগী), আশ্রয়—তুঙফম।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

'নার'-শব্দগী অর্থদি জীব পুম্নমক্কী অপুনবা পুল্লপ হায়বনী, অদুগা,

'অয়ন' হায়বা য়াহৈগী অর্থনা মখোয় লোইনমক্কী তুঙকম ( আশ্রয ) হায়বনী।

## মূল ৩৯

অতএব তুমি হও মূল নারায়ণ।
এই এক হেতু, শুন দ্বিতীয় কারণ ॥ ৩৯ ॥

### শব্দার্থ

অতএব—মরমতুনা , তুমি—নহাক , হও—ওই , মূল—মরু-ওইবা , নারায়ণ—নারায়ণ , এই—মসী , এক—অমা , হেতু—মরম , শুন—নাকোঙনা তাবিয়ু , দ্বিতীয়—অনীশুবা , কারণ—মরম।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মরমতুনা নহাক মূল (মরু-ওইবা) নারায়ণ-নী। মসিনা মরম অমনী। অনীশুবা মরমস্তু তাবিয়ু ( হংগচ্চগে )।

## মূল ৪০

জীবের ঈশ্বর-পুরুষাদি অবতার।
তাহা-সভা হৈতে তোমার ঐশ্বর্য্য অপার ॥ ৪০ ॥

### শব্দার্থ

জীবের—থৱাই-পানবশিংগী , ঈশ্বর—মবুংঙো, লৈশেম-লৈঙাক্কী মপু , পুরুষ-আদি—পুরুষ-নচিংবা ( কারণার্ণব শাযী, প্রথম পুরুষ, গর্ভোদশাযী দ্বিতীয পুরুষ অমস্তুং ক্ষীরোদশায়ী তৃতীয় পুরুষ ), অবতার —নোংশুন্নকপা ঈশ্বব , তাহা সভা— মখোয-পুম্বা , হৈতে—দগী , তোমার —নহাক্কী ( শ্রীকৃষ্ণগী ) , ঐশ্বর্য্য—ঈশ্বর ওইবগী শক্তি, অপার— মপান্নাইদবনী ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

জীবশিংগী ঈশ্বর ( মপু ) ওইবা পুরুষ-নচিংবা অবতার লৈরি। মখোয-পুম্বদগী নঙগী ( শ্রীকৃষ্ণ নঙগী ) ঐশ্বর্য্যনা (ঈশ্বর ওইবগী শক্তিনা) মপান্নাইদবনী হায়বদি য়াম্না হেন্নী।

## মূল ৪১

অতএব অধীশ্বর তুমি সর্ব্বপিতা।
তোমার শক্তিতে তারা জগত-রক্ষিতা ॥ ৪১ ॥

### শব্দার্থ

অতএব—মরমতুনা , অধীশ্বর—ঈশ্ববপুম্নমক্কী মবুংঙো , তুমি—নহাক , সর্ব্বপিতা—লোইনমক্কী মপানী , তোমার—নঙগী , শক্তিতে—শক্তিনা , তারা—মখোযনা , জগত-রক্ষিতা—জগৎ-ঙাকপনী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নঙদি (শ্রীকৃষ্ণ নঙদি) লোইনমক্কী (পুরুষ-অবতারশিংগী) অপোকপনী, নঙগী নপাম্না ( শক্তিনা ) মখোয়না জগৎ-ঙাকৃশেন্‌বনী , মরমতুনা নহাক অধীশ্বরনী ( ঈশ্বরশিংগী মবুংঙোনী )।

## মূল ৪২

নারের অয়ন যাতে করহ পালন।
অতএব হও তুমি মূল নারায়ণ ॥ ৪২ ॥

### শব্দার্থ

নারের—জীব পুম্বগী , অয়ন—আশ্রয় (চঙজফম) , যাতে—মরম্না , করহ—( নঙনা ) তৌয়ি , পালন—ঙাকৃশেন্‌বা , অতএব—মরমতুনা , হও—(নঙনা) ওই , তুমি—নঙ মূল—মরু ওইবা , নারায়ণ—নারাযণ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নহাক্না জীবপুম্বগী আশ্রয়বু ( চঙজফম্বু ) হায়বদি ( পুরুষ অবতারশিংবু ) ঙাক-শেনবিবা মরম্না নহাক মূল ( মরু ওইবা ) নারায়ণ-নী।

### তৈনবরোল

নারগী ( জীব পুম্বগী ) অয়ন ( ঙাকৃশেন্‌বা ) তৌয়ি হায়তুনা পুরুষ-অবতারশিংসী নারাযণ ওইরে , শ্রীকৃষ্ণনা পুরুষ-অবতারশিং অসিবু পালন ( ঙাকৃশেন্‌বা ) তৌয়ি হায়তুনা শ্রীকৃষ্ণদি মূল পালন-কর্ত্তা ( ঙাকৃশেন্‌বা

মপু মক ) হায়বদি মূল নারায়ণ-নী। পুরুষ-নচিংবা অবতারদি শ্রীকৃষ্ণগী শক্তিতনা জীব-জগৎপু পালন তৌয়ি হায়তুনা শ্রীকৃষ্ণতনা মূল রক্ষক (তাক্-শেন্‌বা) হায়বদি মূল নারায়ণ হায়বত্তু ওই।

## মূল ৪৩

তৃতীয় কারণ শুন শ্রীভগবান্।
অনন্ত ব্রহ্মাণ্ড বহু বৈকুণ্ঠাদি ধাম ॥ ৪৩ ॥

### শব্দার্থ

তৃতীয়—অহুমশুবা, কারণ—মরম, শুন—তাবিযু, শ্রীভগবান্—হে ভগবান, অনন্ত—লোই-খগা-নাইদবা, ব্রহ্মাণ্ড—ব্রহ্মাণ্ডনী; বহু—যাম্মী, বৈকুণ্ঠ-আদি—বৈকুণ্ঠ-নচিংবা, ধাম- ভগবান্‌গী মফম।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে শ্রীভগবান্, চানবিহুনা অহুমশুবা মরম তাবিযু। লীঙথা-লোইদবা ব্রহ্মাণ্ডগী মশীঙনী, অদুগা বৈকুণ্ঠনচিংবা ভগবদ্ধামগী মশীঙসু য়াম্মী।

## মূল ৪৪

ইথে যত জীব, তার ত্রৈকালিক কর্ম্ম।
তাহা দেখ, সাক্ষী তুমি, জান সব মর্ম্ম ॥ ৪৪ ॥

### শব্দার্থ

ইথে—মফমসিদা (ব্রহ্মাণ্ডশিংদা অমসুং বৈকুণ্ঠশিংদা), যত—অদুক, জীব—জীব (লৈ), তার—মখোয়গী, ত্রৈকালিক—(হৌখিবা, ওইরক্কদবা অমসুং ওইরিবা—ভূত, ভবিষ্যৎ, বর্ত্তমান) মতম অহুমগী, কর্ম্ম—থবক, তাহা—মদু, দেখ—উই, সাক্ষী—অউবা, তুমি—নঙনী, জান—(নঙনা) খঙঙী, সব—পুম্বা, মর্ম্ম—অপাম্বা মবম।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(ব্রহ্মাণ্ড অমসুং বৈকুণ্ঠশিং হায়রিবা) মফমশিংসিদা লৈরিবা জীব-শিং পুম্বগী (ভূত, ভবিষ্যৎ, বর্ত্তমান) মতম অহুমদা তৌবা থবক অদু

নঙনা উই, সাক্ষী নঙনী, করি পামচুনা মখোয়না খবকশিংছু তৌরিবনো হায়রবা পুম্বা নঙনা খঙঙী।

## মুল ৪৫

তোমার দর্শনে সর্ব্ব জগতের স্থিতি।
তুমি না দেখিলে কারো নাহি স্থিতিগতি ॥ ৪৫ ॥

### শব্দার্থ

তোমার—নঙগী, দর্শনে—য়েংবনা; (তোমার দর্শনে—শ্রীকৃষ্ণ নঙনা য়েংথিবনা), সর্ব্ব জগতের—জগৎ পুম্বগী, স্থিতি—লৈবা (ওইরিবনী), (সর্ব্ব জগতের স্থিতি—জগৎ পুম্বা লৈরিবনী), তুমি—নঙনা, না-দেখিলে—য়েংবিত্রবদি; কারো—কনাগীসু, নাহি—ওইরোই, স্থিতি—লৈবা, গতি—পান্বে।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(কৃষ্ণ) নঙনা য়েংবিবগীদমক জগৎ পুম্বা লৈরিবনী। নঙনা য়েংবিত্রবদি লৈনবগী উপায কনামতগী লৈবোই।

## মুল ৪৬

নারের অয়ন যাতে কর দরশন।
তাহাতেও হও তুমি মূল নারায়ণ ॥ ৪৬ ॥

### শব্দার্থ

নারের—জীবপুম্বগী, অয়ন—য়েংবা (দর্শন), যাতে—মচুনা, (নারের অয়ন যাহাতে—জীবপুম্ববু য়েংবা মরম্না, জীবপুম্ববু সাক্ষাৎ পুরুষ অবতাবশিংনা য়েংলিবা মরম্না), কর—(নঙনা) তৌয়ি, দরশন—য়েংবা, তাহাতেও—মরমচুনসু, হও—(নঙনা) ওই, তুমি—নঙনা, মূল—মরু ওইবা, নারায়ণ—নারায়ণ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

জীব-পুম্ববু য়েংলিবা (পুরুষাদি অবতারশু) নঙনা য়েংবি হায়চুনা নঙনা মূল নারায়ণ ওইরিবনী।

## তৈনন্‌রোল

জীব পূম্নমকপু যেংবী হায়তুনা কারণার্ণবশায়ী পুরুষ, গর্ভোদশায়ী পুরুষ অমসুং ক্ষীরোদশায়ী হায়বা অবতার অহুমশিনা নারায়ণ ওইরবসু শ্রীকৃষ্ণগী মপান্ তাংদুনা জীবশিংবু য়েংবিবা ওস্নিবনী। শ্রীকৃষ্ণনবু য়েং-বিদ্রবদি জগৎপু সৃষ্টি তৌবনচিংবদা পুরুষ-অবতার অহুমসিগী মপাঙ্গল করিমতা লৈতে, মরমদুনা শ্রীকৃষ্ণনা মখোয়গী থোরক্‌ফম্ ( মূল ) ওই হায়দুনা, শ্রীকৃষ্ণমক্‌া মূল নারায়ণ হায়বদুনী।

## মূল ৪৭

কৃষ্ণ কহেন—ব্রহ্মা, তোমার না বুঝি বচন।
জীব-হৃদি জলে বৈসে সেই নারায়ণ ॥ ৪৭ ॥

## শব্দার্থ

কৃষ্ণ—কৃষ্ণনা, কহেন—হায়বম্মী, ব্রহ্মা—হে ব্রহ্মা, তোমার—নঙগী, না—নত্তে, বুঝি—খঙঙী, ( বুঝি না—খঙদে ), বচন—ৱা, জীব-হৃদি—জীবগী থম্মোইদা, জলে—ঈশীঙদা, বৈসে—ফম্মী, লৈ; সেই নারায়ণ—নারায়ণ অদুদি।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণনা হায়রকয়ি, "হে ব্রহ্মা, নঙনা হায়রিবা ৱাদু ঐ খঙদে। নারায়ণ হায়বদুদি জীবগী থম্মোইনুংদা অমসুং ঈশীঙদা লৈ।

## মূল ৪৮

ব্রহ্মা কহে—জলে জীবে যেই নারায়ণ।
সে সব তোমার অংশ—এ সত্য বচন ॥ ৪৮ ॥

## শব্দার্থ

ব্রহ্মা—ব্রহ্মানা, কহে—হায়, জলে—ঈশীঙদা, জীবে—জীবদা, যেই নারায়ণ—(লৈরিবা) নারায়ণ অদু, সে—মদু, সব—পুম্না, তোমার নঙগী, অংশ—শরুক, মশক, এ—মসী, সত্য—অওইবা, বচন—ৱানী।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

ব্রহ্মানা খুম্নম্মী, "ঈশীঙদা অহুগা জীবদা লৈরিবা নারায়ণ অদু পূম্বদি নঙগী অংশ (নঙোন্দগী থোরকপা) ঙাক্লী, বা অসী সত্যনী ( অঙই-বনী )।

## মূল ৪৯

কারণাব্ধি—গর্ভোদক—ক্ষীরোদশায়ী।
মায়াদ্বারে সৃষ্টি করে, তাতে সব মায়ী ॥ ৪৯ ॥

## শব্দার্থ

কারণ অব্ধি—কারণ-ঈশীঙ, গর্ভোদক—গর্ভ-ঈশীঙ, ক্ষীরোদশায়ী—ক্ষীরোদক-দা চেপ্লিবা বিষ্ণু, মায়া-দ্বারে—মায়া শক্তি শীজন্নদুনা, সৃষ্টি—শেম-শাবা, করে—তৌয়ি, তাতে—মবমদুনা, সব—লোইনমক, মায়ী—মায়াগা মরী লৈনবনী।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

কারণার্ণবশায়ী, গর্ভোদক শায়ী অমসুং ক্ষীরোদকশায়ী কৌবা নারায়ণশিংনা মায়া (প্রকৃতি) শীজন্নদুনা সৃষ্টি তৌয়ি, মবমদুনা মখোয় লোইনমক মায়াগা মরী লৈনৈ।

## নৈনরোল

কারণার্ণবশায়ী, গর্ভোদকশায়ী অমসুং ক্ষীরোদকশায়ী হায়বা নারায়ণশিংসে মায়াগা লোইননা থবক তৌববসু মখোয় মায়াগী মখা পোন্দে, মায়াগী মপুনী, মায়ানা মখোয়গী মখা পোল্লী, মায়ানা মখোয়দা শোক্পা ঙমদে।

## মূল ৫০

সেই তিন জলশায়ী সর্ব্ব-অন্তর্য্যামী।
ব্রহ্মাণ্ডবৃন্দের আত্মা যে পুরুষ-নামী।
হিরণ্যগর্ভের আত্মা গর্ভোদকশায়ী।
ব্যষ্টিজীব-অন্তর্য্যামী ক্ষীরোদকশায়ী ॥ ৫০ ॥

## শব্দার্থ

সেই—মখোয়, তিন—অহুম, জলশায়ী—ঈশীঙদা চেপ্লিবা, সর্ব্ব—লোইনমক্কী, অন্তর্য্যামী—পবমাত্মা, ব্রহ্মাণ্ডবৃন্দের—ব্রহ্মাণ্ড পূম্নমক্কী, আত্মা—অন্তর্য্যামী, যে—মহ, পুরুষ-নামী—পুরুষ-কৌবা, কারণার্ণব-শাযী পুরুষ, হিবণ্যগর্ভের—জীব পূম্নমক্কী মশক ওইবা ব্রহ্মাগী, আত্মা—অন্তর্য্যামী, গর্ভোদকশায়ী—গর্ভোদকশায়ী বিষ্ণু, ব্যষ্টি জীব—জীব খূদিং-গী, অন্তর্য্যামী—পরমাত্মা, ক্ষীরোদকশাযী—ক্ষীবোদশায়ী নাবাযণ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঈশীঙদা চেপ্লিবা অহুম অসি পূম্নমক্কী অন্তর্য্যামীনী (মনূঙদা লৈবনী)। ব্রহ্মাণ্ড পূম্নমক্কী অন্তর্য্যামীদি অহানবা পুরুষ কাবণার্ণবশায়ীনী। হিবণ্য-গর্ভগী ( ব্রহ্মাগী নক্রগা ব্রহ্মাণ্ডগী ) অন্তর্য্যামীদি গর্ভোদক শাযী কৌবা পরমাত্মানী। জীব খূদিংগী অন্তর্য্যামীনা ক্ষীরোদকশাযী নারাযণ-নী।

## মূল ৫১

এ সভাব দর্শনেতে আছে মায়াগন্ধ।
তুরীয় কৃষ্ণের নাহি মাযাব সম্বন্ধ ॥ ৫১ ॥

## শব্দার্থ

এ—অসী, সভার—পূম্নমক্কী, দর্শনেতে—উবদা, আছে—লৈ, যাওযি, মাযাগন্ধ—মায়াগী মনম, মাযাগা লৈনবা মবী, তুবীয়—মরি-শুবা, কৃষ্ণের—শ্রীকৃষ্ণগীদি, নাহি—লৈতে, মায়ার—মাযাগী, সম্বন্ধ—মবী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অসী পূম্নমক্কীদি ( পুরুষ অহুমসিগীদি ) মাযাগা সম্বন্ধ ( মরী ) অমা লৈনৈ। মখোযসিগী মথক্তা লৈবা মরিশুবা পুরুষ শ্রীকৃষ্ণদি মায়াগা মরী লৈনদে।

## নৈনরোল

তুরীয় কৃষ্ণ-গা মায়াগা মরী লৈনদে। কারণার্ণবশাযী নারায়ণ,

গর্ভোদকশায়ী নারায়ণ অমসুং ক্ষীরোদকশায়ী নারায়ণ হায়বা পুরুষ অহুম অসী মায়াগা হায়বদি প্রকৃতিগা সম্বন্ধ ( মরী ) লৈনৈ, মবমদি মখোয়না ব্রহ্মাণ্ড সৃষ্টি তৌবদি মায়াগা লোয়নরগা তৌবনী। কারণ, গর্ভ অমসুং ক্ষীরগী ঈরোম্নুংদা লৈবা পুরুষ অহুমসী লৈরিবা পোৎশিংগী অন্তর্য্যামী পরমাত্মা ওাক্তনী। কারণার্ণবশায়ী বিষ্ণুনা ব্রহ্মাণ্ড পুম্নমক্কী অন্তর্য্যামীনী, গর্ভোদকশায়ী বিষ্ণুনা ব্রহ্মাণ্ডগী গর্ভদা লৈবা ঈশীওদা ব্রহ্মাগী অন্তর্য্যামী পরমাত্মা ওইনা লৈ, অদুগা ক্ষীরোদকশায়ী বিষ্ণুনা জীব খুদিংগী অন্তর্য্যামী পরমাত্মানী। পুরুষ অহুমসী মাযাগী থবক্কা মরী লৈনবা মরম্না মায়াগী মনম চুশল্লী। অদুগা মখোযসিগী রাংমদা লৈবা শ্রীকৃষ্ণদদি মাযাগী মচু চুশনবা ওমদে। মায়াগী রাংমদা লৈবা শ্রীকৃষ্ণগী ফীভম্ তুরীয় হায়বদি মরিশুবা ফীভম কৌযি। মরমসীনা পুরুষ মরিশুবনী হাযদুনা শ্রীকৃষ্ণবু তুরীয় কৃষ্ণ হাযরিবনী।

## মুল ৫২

বিরাড হিবণ্যগর্ভশ্চ কারণং চেত্যুপাধযঃ।
ঈশস্য যত্রিভির্হীনং তুরীয়ং তৎ প্রচক্ষতে ॥ ৫২ ॥

## শব্দার্থ

বিরাট্—অপৌবা হকচাঙ ( স্থূল দেহ ), হিরণ্যগর্ভঃ—অকূপ্পা হকচাঙ ( সূক্ষ্ম দেহ ), চ—অমসুং, কাবণম—মহৎতত্ত্বনচিংবা নত্রগা মাযা, চ—অমসুং, ইতি—অসূম্না, উপাধযঃ—খেন্নবা তাকৃপগী শক্তাক মিংথোনশিং, ঈশস্য—ঈশ্বরগী, পুরুষগী, যৎ—মদু, ত্রিভি—( উপাধি ) অহুমসিগা লোয়ননা, হীনম্—য়াওদবা, তুরীয়ম্—মরিশুবা, প্রচক্ষতে—হায়নৈ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( প্রাকৃত জগত্তা ) ঈশ্বরবু বিরাট্ ( অপৌবা হকচাঙ ), হিরণ্যগর্ভ ( অকূপ্পা হকচাঙ ), অমসুং কারণ (মায়া) হায়না উপাধি (খেন্নবা তাক্ববগী শক্তাক মিংথোন) থোল্লী। উপাধি অহুমসিগা সম্বন্ধ লৈনদবা পোৎ অদুবু তুরীয ( মরিশুবা ) হাযনা কৌয়ি।

## লৈনরোল

বিরাট্ হায়বদি ঐখোয়গী মীংনা উবা ফংলিবা অপৌবা ( স্থূল )

জগৎ অসিনী। হিরণ্যগর্ভ হায়বদি স্থূল জগৎকী সূক্ষ্ম ( অকুপ্পা ) ফীভম, হাযবদি স্থূল ওইরক্রিদৌদা জগৎনা ওইরম্বা ফীভম অত্তুবু হায়বনী। কারণ হায়বদি প্রকৃতিগী ইহান-হানবা মওং মহত্তত্ত্ব নত্রগা প্রকৃতিবু হায়বনী। কারণ-সী হিরণ্যগর্ভগী মমাঙগী ফীভমত্তুনী, মীৎনা উরিবা জগৎকী হাযবদি মাযাগী আদি ( ইহান্-হানবা ) অবস্থা ( ফীভম ) অত্তুনী। অন্তর্য্যামী ওইনা স্থূল, সূক্ষ্ম অমসুং কারণ-গী মশক লৌবা জগৎ খুদিংমক্কী মনূঙদা পুরুষ অমমম লৈ।

নৈনরিবা শ্লোকসী শ্রীমদ্ভাগবতমগী ১১/১৫/১৬-শুবা শ্লোক অত্তুগী মতাঙদা শ্রীধর স্বামীনা পীবা টীকার্না। শ্লোকসী তুরীয়গী লক্ষণ ( মওং-মতৌ ) তাক্লি। স্থূল, সূক্ষ্ম অমসুং মায়া হাযবা উপাধি লৈত্রবা পোৎ অত্তুবু তুরীয় কৌয়ি হাযবহ শ্লোকসিদা হাযরি। অত্তুবু উপাধি হাযবা শব্দসিনা করি খঙহল্লী ? মসী পারিভাষিক শব্দ অমনী। নৈযায়িকশিংগী ( ন্যায়-শাস্ত্র হৈবা পণ্ডিতশিংগী ) মত মত্তুং ইন্না, সাধ্য ( পাঙথোক্কদবা অত্তু ) ফাওবদা যৌবা ( ব্যাপক ওইবা ), অত্তুগা সাধন ( পাঙথোক্লুবা মরম অত্তু ফাওবদি যৌদবা ( ব্যাপক ওইদবা ), অত্তুবু উপাধি ( শক্তাক্ মিংথোন ) কৌযি। সাধ্যস্য ব্যাপকো যস্তু হেতোরব্যাপকস্তথা। স উপাধির্ভবেত্তস্য নিষ্কর্ষোঽয়ং প্রদর্শ্যতে॥ যথা, ধূমবান বহ্নিবিত্যত্র আর্দ্রকাষ্ঠত্বং উপাধিঃ।" বহ্নিগা হাযবদি মৈগা অচোৎপা উকক্কা তিন্নরবদি মৈখু থোকযি, মফমসিদা মৈখুনা ( ধূম হাযবসিনা ) সাধ্য ( পাঙথোক্কদবা ) পোৎনী, অত্তুগা মৈনা ( বহ্নি-না ) ধূম ( মৈখু ) থোকহন্নবগী হেতুনী ( মরম্মী ) হাযবদি সাধন-নী। অচোৎপা শীঙকক্কা তিন্নকবা মরম্মা মৈখু থোক্লকবনীনা সাধ্য ওইবা মৈখুদা অচোৎপা শীঙকক্ যাওরে ( হায়বদি ব্যাপক ওইরে ) হায়বহু উবা ফংঙী। অত্তুবু মৈ হৌগৎপদা অচোৎপা শীঙ চঙগদবনী হায়বা লৈতবা মরম্মা মৈখু থোরক্লবগী মরম ( সাধন ) ওইরিবা মৈদা অচোৎপা শীঙকক্কী ব্যাপকত্ব যাওবা উদে। মতৌ অসুম্না সাধ্য ওইবা মৈখুদা অচোৎপা শীঙগী ব্যাপকত্ব লৈবনা অত্তুগা মৈখু থোরক্লবগী মরম ( সাধন ) ওইরিবা মৈদদি অচোৎপা শীঙগী ব্যাপকত্ব লৈতবনা, মৈখু থোকহন্নবা থবক্তা অচোৎপা শীঙনা মৈগী উপাধি ওইরে। মতৌ অত্তুগুম্না, পুরুষ অহুম্না মায়াগা লোয-নরগা সৃষ্টিগী থবক তৌয়ি, মরমত্তুনা সৃষ্টিগী থবক্তা মায়াগী ব্যাপকত্ব লৈবা উই, অদুগা পুরুষ অহুমসী থোরকপা মতমদদি মায়াগী মতে চঙদে হায়ত্তুনা পুরুষ অহুমগী মশক ওইবা সাধন-দদি মাযাগী ব্যাপকত্ব লৈতে।

মরমসিনা সৃষ্টিগী থবক্তা মায়ানা পুরুষত্রয় গী উপাধি ওইরে। মতৌ অসুম্না বিরাট ( স্থূল দেহ ), হিরণ্যগর্ভ ( সূক্ষ্ম দেহ ), অমসুং কারণ-সু পুরুষ অহুমগী উপাধি-নী। শ্রীকৃষ্ণদি মছামক্তা সৃষ্টিগী থবক তৌদে হায়রুনা মায়াগা লোয়ননা ( মবমতুনা মায়িক উপাধি অহুমগা লোয়ননা ) সম্বন্ধ অমতা লৈনদে। মরমতুনা শ্রীকৃষ্ণদি তুরীযনী ( হায়বদি পুরুষ অহুমতুগী রাংমদা লৈবা মরিগুবনী ) হাযবসী তাক্লে।

নত্রগা, চফুনা ঙমখৈরবা অহাঙবা ( আকাশ ) অতু ঙমখৈনাইদবা পাক-শল্লবা আকাশগী অংশনী, অসুম্না পাক-চাউবা আকাশনা চফুনুংগী আকাশ-গী হেতু হাযবদি সাধন-নী। চফুনুংগী আকাশ নত্রগা চফুগী মওং লৌরিবা আকাশতুগী ঙমখৈনাইবা মতাতুনা সাধ্যনী। চফুগা লোযনবদগী আকাশগী ঙমখৈ শল্লক অসী থোক্লিবনী হায়রুনা চফুনুংগী আকাশদা চফুগী ব্যাপকত্ব যাওরে, তৌইগুম্বসুং পাক-চাউবা আকাশ শন্না চফুনা ব্যাপক ওইবা ঙমদে। মরমতুনা চফুনা আকাশগী উপাধি-নী। মতৌ অতুগুম্না, বিরাট্-নচিংবগা লোযনবা মরম্না জীব খুদিংগী অন্তর্য্যামী, ব্রহ্মাণ্ডগী অন্তর্য্যামী, মাযাগী অন্তর্য্যামীনচিংবা ওইনা জীব-নচিংবগী মনুঙদা লৈ হাযতুনা—পুরুষ অহুমতু চফুনুংগী আকাশগুম ঙমখৈনাইবা ওইনা উরে, মরমতুনা বিরাট নচিংবনা মখোয়গী উপাধিনী। চফুনচিংবা উপাধি যাওবা মরম্না চফুনুংগী আকাশ-না চফু-নুংনচিংবা-উপাধি-য়াওদবা পাক চাউবা আকাশগী অংশ ওইবগুম, বিরাট-নচিংবা উপাধি-য়াওবা পুরুষ-অহুম ( নারাযণ ) অতু বিরাট নচিংবা-উপাধি যাওদবা শ্রীকৃষ্ণগী অংশ-নী, শ্রীকৃষ্ণনা মখোয়গী থোরকফম মপুম্নী ( অংশী-নী ) হায়বতু তাকয়ি।

উপাধিনা মরম্নতুনা পোং অমনা ভেদ (তোঙানবা ফীভম) ফংলকয়ি, মতুদি পাক-চাউবা আকাশ-না চফুনা মবম্নতুনা ভেদ ফংবগুম্বনী। মতৌ অসুম্না পুরুষ-অহুমসু বিরাট হিরণ্যগর্ভ, অমসুং মহতত্ত্বনচিংবনা মরম্নতুনা অহানবা পুরুষ, অনীগুবা পুরুষ হাযতুনা ভেদ ফংলে। অতুগা শ্রীকৃষ্ণগীদি উপাধি অমতা লৈতবা মরম্না করিগুম্বা ভেদ অমতা ফংদে। ভেদ-ফংবা পোত্তনা সমজাতীয় ওইবা অতুগা ভেদ-লৈতবা পোৎকী অংশনী, মতুদি চফু-নুংগী আকাশ-না অচৌবা আকাশগী অংশ ওইবগুম্না, মতৌ অতুগুম্না পুরুষ-অহুমসু শ্রীকৃষ্ণগী অংশনী।

শ্রীকৃষ্ণদি বিরাট-নচিংবা-উপাধি য়াওদবনী, মরমতুনা তুরীয় নী,

অহুগা তুরীয়-নী হায়দুনা মহাক্না লোক-সৃষ্টিগী থবক্তা হাপ্লিবা পুরুষ হায়না খঙনরিবা নারায়ণদুগী অংশী-নী হায়বসী নৈনরিবা শ্লোকসীনা প্রমাণ তৌরি।

## মূল ৫৩

যদ্যপি তিনের মায়া লইযা ব্যবহার।
তথাপি তৎস্পর্শ নাহি, সভে মায়া-পার ॥ ৫৩ ॥

## শব্দার্থ

যদ্যপি—অদুম ওইনমক, তিনের—অহুমগী, মায়া—প্রাকৃতশক্তি, লইযা—লোয়ননা, ব্যবহার—শাজৎ, তথাপি—অদু ওইরবসু, তৎ-স্পর্শ—মানা শোকপা হায়বদু, নাহি—লৈতে, সভে—লোইনমক, মাযা-পার—মাযাগী রাংমদনী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পুরুষ অহুমসীনা মাযাগা লোযননা (সৃষ্টিগী থবক) তৌববসু মায়ানা মখোযবু শোক্তে ; মখোয় লোইনমক মাযাগী রাংমদা লৈবনী।

## নৈনরোল

**তিনের** হাযবদি পুরুষ অহুমগী হাযবনী। **মায়া লইয়া ব্যবহার** হাযবদি মাযাগা লোয়ননা সৃষ্টিগী থবক তৌযি হাযবনী। **তৎ-স্পর্শ** হাযবদি মাযাগী স্পর্শ (শোকপা) হাযবনী। **সভে**-লোইনমক হাযবসী পুরুষ অহুমদুগী খুদিংমকপুনী। মখোযসীগী স্বরূপ লক্ষণ যেংলুরগদি মখোয অহুম্মক সচ্চিদানন্দগী মশক্নী, মরমদুনা স্বরূপ-লক্ষণগীদমক্তি মখোয শ্রীকৃষ্ণদগী খেন্নবা নত্তে, অমতনী (অভিন্ননী)। "কৃষ্ণ সূর্য্যসম, মাযা হয অন্ধকার। যাহাঁ কৃষ্ণ তাহাঁ নাই মাযার অধিকার ॥—কৃষ্ণদি নুমীৎকা পাংখক্নী, মায়ানা অমম্বনী। কৃষ্ণ লৈবা মফমদা মায়া চঙদে।" মরমসীনা পুরুষ অহুমসীদা মাযানা শোকপা ঙমদে। মাযাগা লোযননা থবক তৌরবসু পুরুষ-অহুমসে ঈশ্বরগী অচিন্ত্য প্রভাব-না (রাখল্লা লাম্বা ফংদবা মঙম অদুনা) মাযাগী রাংমদা লৈবা ঙম্মী।

পুরুষ অহুমসিগা জীবগা খেন্নবদি অসিনী, অহানবদা, পুরুষ অহুম্মে

জীবনে অসীমক্কী শ্রীকৃষ্ণগী অংশ ওইরবস্মু পুরুষ অহুমদি শ্রীকৃষ্ণগী স্বরূপ-কী অংশনী, অতুনা স্বাংশনী (মহামক্কী অংশনী), অহুগা জীবদি শ্রীকৃষ্ণগী স্বাংশ নত্তে, মাদি শ্রীকৃষ্ণগী তটস্থা হাযবা জীবশক্তিগী অংশনী। জীববু শ্রীকৃষ্ণগী বিভিন্ন ( তোঙাস্তাবা ) অংশ কৌয়ি। অসীগুবদা, জীববু মাযানা খুতুম চল্লী, পুরুষ অহুমদি মাযাগী ব্রাংমদনী। মখোযবু মাযানা খুতুম চন্বদি লাযবতুনা শোকপা ফাওবা ঙমদে। অহুমগুবদা, পুরুষ অহুমদি সৃষ্টি তৌবা ঙম্মী, জীবদি ঙমদে। মরিগুবদা, জীবগী স্বরূপতি অণু-নী (কূপ্নী', অতুগা পুরুষ অহুমদি শ্রীকৃষ্ণগী স্বাংশ স্বরূপ ওইবনা পূর্ণস্বরূপ ওই। ( লঘুভাগ-বতামৃত পূর্ব্ব ৪৪/৪৫। )

## মূল ৫৪

এতদীশনমীশস্য প্রকৃতিস্থোঽপি তদ্গুণৈঃ।
ন যুজ্যতে সদাত্মস্থৈর্যথা বুদ্ধিস্তদাশ্রয়া ॥ ৫৪ ॥

## শব্দার্থ

এতৎ—মসী, ঈশনম—ঐশ্বর্য্য ঈশস্য—ঈশ্বরগী, প্রকৃতিস্থঃ—প্রকৃতিদা লৈবা, অপি—সু, তৎ—মাগী ( মায়াগী ), গুণৈঃ—গুণশিং-না, ন যুজ্যতে—তিন্নদে, সদা—মতম পুম্বদা, আত্মস্থৈঃ—হকচাঙদা লৈবা অরা-মুংঙাইবগা লোয়ননা, যথা—গুম্না, বুদ্ধি—বুদ্ধি, লৌশিং, তৎ—মহাক্কী, ভগবানগী, আশ্রয—চঙলবা, (তৎ—আশ্রয়া—ভগবানদা চঙলবা )।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( পরমভাগবতশিংগী ) ভগবান্-দা চঙলবা বুদ্ধিনা হকচাঙমুংদা লৈন-লৈনমক হকচাঙগী অরা-মুংঙাইবগা লোযননা তিন্নদবগুম্ মাযাদা ( প্রকৃতিদা ) লৈন-লৈনমক ঈশ্বরনা মায়াগী গুণশিংগা লোয়ননা তিন্নদে—মসীনী ঈশ্বরগী ঐশ্বর্য্য ( ঈশ্বর ওইবগী মতৌ ) হাযবদো।

নত্রগা,

( জীব খ্বাইগী ) হকচাঙমুংদা লৈবা বুদ্ধিনা হকচাঙমুংগী অরা-মুং-ঙাইবগা লোযননা তিন্নবগুম, মায়াগী মনূঙদা লৈরবসু ঈশ্বরদি মাযাগী গুণশিংগা লোয়ননা তিন্নদে—মসীনী ঈশ্বরগী ঐশ্বর্য্য হায়বদো।

## নৈনরোল

মায়াগা লোয়নরবস্তু পুরুষ-অহুমদি মায়াগী রাংমদা লৈ, মাযানা মখোয়বু শোকপা ঙমদে হাযবগী মরমতু শ্লোকসীদা উৎলি। শ্লোকসী শ্রীমদ্ভাগবতম্‌দগী লৌথোবকপনী ( ১/১১/২৯ )। মীওইবগী রাখনা লাঙ্গা ফংদবা (অচিন্ত্য) শক্তি অমা ঈশ্বরগী লৈ, মতুদি অসীনী—মাযানুংদা লৈন-লৈনমক ঈশ্বরদি মায়াগী গুণশিংদা আসক্ত ওইদে—মায়ানা মহাকপু শোকপা ঙমদে, পুরুষ-অহুমদি শ্রীকৃষ্ণগী স্বাংশনী হায়তুনা মখোযস্তু ঈশ্বর-নী, মখোযগীস্তু শ্রীকৃষ্ণগীগুম্বা অচিন্ত্য-শক্তি অমা লৈ, মরমতুনা মাযানা মখোযবু শোকপা ঙমদে। রাফমর্সা থদমগা লোয়ননা তাক্লী। পবমভাগবত ওইবা মীশিংগী মন-বুদ্ধি নচিংবা পুন্নমক শ্রীভগবান-দা চঙশল্লী ( আশ্রয় লৌযি ), মাযিক জগৎকী অরা নুংঙাইবদা পবমভাগবতশিংসিগী মন নত্রগা বুদ্ধিনা কদৌঙৈদস্তু লূপ্তে। ঈশ্ববদা আশ্রয় লৌববা বুদ্ধিনা মাযাগী গুণশিংদা লূপ্তবর্নীনা ঈশ্ববদি লূপ্লোয হাযবসে ঈবায় লাযনা খঙবা ঙম্মী।

### মূল ৫৫

সেই তিন জনেব তুমি পবম আশ্রয।<br>তুমি মূল নাবাযণ—ইথে কি সংশয ॥ ৫৫ ॥

### শব্দার্থ

সেই—মতু, তিন—অহুম, জনের—পুরুষগী, তুমি—নহাক, পবম—অরোয়বী, আশ্রয—তূঙফম, চঙজফম, তুমি—নহাক্না, মূল—মরু-ওইবা, নারাযণ—নারাযণ, ইথে—অসিদা, কি—করি, সংশয—চিংনবা, থাজদবা।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( ব্রহ্মানা শ্রীকৃষ্ণদা হাযরম্মী )—"নহাক পুরুষ-অহুমতুগী অবোয়বী তূঙফম্নী। (মরমতুনা) নহাক মরুওইবা নারাযণ-নী, মসিদা করি চিংনঙাই লৈবগে?

### মূল ৫৬

সেই তিনের অংশী পরব্যোম-নারাযণ।<br>তেঁহ তোমার বিলাস, তুমি মূল-নারাযণ ॥ ৫৬ ॥

### শব্দার্থ

সেই—মখোয, তিনের—অহুমগী, অংশী—অংশগী থোরকফম মপুম, পরব্যোম—পরব্যোমগী, নারাযণ—শ্রীনারায়ণ, তেঁহ—মহাক, তোমার—নহাক্কী; বিলাস—স্বরূপ-তদি থেন্নদবা আকৃতিদদা (শক্তা) থেন্নবা মূর্ত্তি, তুমি—নহাক, মূল—মরুওইবা, নারায়ণ—নারাযণ-নী।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(পুরুষ) অহুমত্নগী অংশীদি পরব্যোমগী অধিপতি নারাযণ-নী। পরব্যোমাধিপতি নারাযণ অদো নহাক্কী (শ্রীকৃষ্ণগী) বিলাস মূর্ত্তিনী, মরমত্না নহাক মূল নারাযণ-নী।

### নৈনরোল

শ্রীকৃষ্ণনা ব্রহ্মাদা হায়রকপা য়াই—"পরব্যোমগী অধিপতি নারায়ণত্না মূল নারাযণ-নী। পুরুষ-অহুমদি মহাক্কী অংশ ওইবা মরম্না মহাক মখোয়-গী অংশীনী, অসিগুম্বা ফিভমদা, নঙনা ঐবু মূল নারায়ণ-নী হায়বদি করিগীনো?" য়াহংসিগী পাওখুম ওইনা ব্রহ্মানা খুম্মি—"ওহে শ্রীকৃষ্ণ, পর-ব্যোমাধিপতি নারায়ণ-না পুরুষ-অহুমগী অংশীনী (থোবকফম্মী) হায়বত্ন অওইবনী, অত্নবু পরব্যোমাধিপতিত্নদি নহাক্কী বিলাস মূর্ত্তিনী, মরমত্নমক্লা নহাক মূল নারায়ণ-নী।"

অহানবা পবিচ্ছেদকী সঙ্কর্ষণঃ কারণতোয়শায়ী অসিনচিংবা ৭-শুবা শ্লোকগী মতুং ইন্না শ্রীবলদেবনা পুরুষ অহুমগী থোরকফম। (অংশী) ওইরিবা, অত্নগা নৈনরিবা পযারসিদনা পরব্যোমাধিপতি-নাবায়ণবু পুরুষ-অহুমগী অংশীনী হায়রি। মস্তম হাযবগী মরমদি অসিনী; পর-ব্যোমাধিপতি নারাযণ-গা বলদেবগা অনীসী শ্রীকৃষ্ণগী বিলাস-মূর্ত্তিনী, বিলাস ওইবা মরম্না অনীসী থেন্নদে হাযত্না নারায়ণবু পুরুষ-অহুমগী অংশী নী হাযবা তাই।

বিলাসগী লক্ষণগীদমক ১/১/৭৬ শুবা মূল অত্ন য়েংবিসী।

### মূল ৫৭

অতএব ব্রহ্মবাক্যে—পরব্যোম-নারায়ণ।
তেঁহ কৃষ্ণের বিলাস—এই তত্ত্ব-বিবরণ ॥ ৫৭ ॥

## শব্দার্থ

অতএব—মরমহুনা , ব্রহ্মবাক্যে—ব্রহ্মাগী রা মতুং ইন্না , পরব্যোম-নারাযণ—পরব্যোমগী মবুংঙো নারায়ণ . তেঁহ—মহাক , কৃষ্ণের—শ্রীকৃষ্ণ-গী , বিলাস—মান্নদবা শকফোঙ , ঐই—মসী , তত্ত্ব—অওইবগী , বিব-রণ—রানী ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ব্রহ্মাগী রা মতুং ইন্না পবব্যোমগী মবুংঙো নারাযণ অদু শ্রীকৃষ্ণগী বিলাস-নী , মসীনা অওইবা বানী ।

## মূল ৫৮

এই শ্লোক তত্ত্ব লক্ষণ ভাগবত-সার ।
পবিভাষা-রূপে ইহার সর্ব্বত্রাধিকাব ॥ ৫৮ ॥

## শব্দার্থ

এই—মসী , শ্লোক—শ্লোক , তত্ত্ব—অওইবা মাদো , লক্ষণ—উৎ-লিবা , ভাগবত—শ্রীমদ্ভাগবতমগী , সার—মচি , পরিভাষা—অথোয়বা রারেপ ( সিদ্ধান্ত বাজ ) , রূপে—ওইনা , ইহার—মসিগী ( শ্রীমদ্ভাগব-তম্‌গী ) , সর্ব্বত্র-মফম পূম্নমক্তা , অধিকার—চন্নবা, চৎনবা (ওই)।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্লোক অসী ( মূল ৩০ নারাযণস্ত্বং হাযবনচিংবসী ) শ্রীমদ্ভাগবতম্‌গী তত্ত্ব-উৎপা মচি ওইবা রানী। শ্লোক অসী অথোযবা রারেপ ( পরিভাষা, হায়বদি সিদ্ধান্ত ) ওইনা মফম পূম্নমক্তা চন্নে।

## নৈনরোল

এই শ্লোক হায়বদি নারায়ণ-স্ত্বং হাযবনচিংবা শ্লোক অসী তত্ত্বলক্ষণ ওইবা শ্লোক-নী। তত্ত্ব খঙনবা লক্ষণ অদু শ্লোকসীদা য়াও-রে। নারায়ণ-দি শ্রীকৃষ্ণগী অংশনী অদুগা শ্রীকৃষ্ণনা নারায়ণ গী থোরক-ফম অংশীনী, মরমহুনা শ্রীকৃষ্ণনা মূল ( মরু ওইবা ) স্বরূপ-নী, স্বয়ং ভগ-বান্‌-নী হায়রবসী শ্রীকৃষ্ণগী তত্ত্ব লেপ্পবা লক্ষণ-নী, অদুগা লক্ষণ অদু

শ্লোকসীদা ফংঙী। মরমতুনা শ্লোকসীবু তত্ত্বলক্ষণ ওই হায়রিবনী। মরমসীনা মসিবু ভাগবত-সার হায়বদি শ্রীমদ্ভাগবতম্‌গী সার-ওইবা শ্লোক-নী হায়রিবনী। ভাগবতনা নৈনরিবা মরু ওইবা হীরমদি ভগবান্‌গী লীলাগী রারম্লী, মতুগী মনুঙদা স্বয়ং ভগবান্‌গী তত্ত্বতুমরু মরু পুঙভোই-ওইবা রানী, মরমদি ভগবৎ-স্বরূপকী লীলানচিংবদি মহাক্কী তত্ত্বগী মায়কৈ ওইবা ডাক্তুনী, মরমতুনা ভগবত্তত্ত্ব খঙত্রবদি ভগবৎ-লীলাগী অথুপ্পতু ( রহস্যতু ) খঙবা য়াদে। তত্ত্বনা মুক্ষম ওইরগা ৩ণ লীলানচিংবগী বর্ণনান-চিংবা তৌগদবনী, ভগবৎ-তত্ত্বদনা ভাগবতকী মরু পুঙভোই ওইবা নৈনরিবা বিষযনী হাযবদি মচি ওইবা পোৎনী। মরমসীনা ভগবানগী তত্ত্ব লেপ্পবগী লক্ষণ তাকপা শ্লোক-তি শ্রীমদ্ভাগবতম্‌গী সাব-শ্লোক-নী, মবমদি মসীদা স্বয়ং ভগবান্‌গী থোইদোকপা লক্ষণ হাযবদি মহারা অংশীনী অদুগা নারায়ণ নচিংবদি মহাক্কী অংশনী হাযবা লক্ষণ অসী য়াওরি।

**পরিভাষা** শব্দগী অর্থদি বিবেচকাচার্য্যাণাং যুক্তি-যুক্তা বাক্ ইতি কাব্যপ্রকাশটীকায়াং চণ্ডীদাসঃ—পোৎকী অওইবা মশক খন্নরিবা আচার্য্য-সিংনা লেপ্পা নাতৈ-চাবা ( যুক্তি-যুক্ত-ওইবা ) রা—হাযবনী। করিগুম্বা তত্ত্ববিষয় অমদা অথোযবা রারেপকী রারোইবু পরিভাষা কৌয়ি। অসিগুম্বা পরিভাষাদি মফম খুদিংমক্তা চন্নে। করিগুম্বা হীরম অমদা নৈনতুনা থোকপা রাফম পুম্নমক পরিভাষা ওইবা রাগী মতুং ইন্‌গদবনী। মতৌ অসুম্না **ইহার** ( মসীগী ) হায়বদি **নারায়ণস্তু**ং-নচিংবা শ্লোক অসীগী পরিভাষা ওইনা লৈবা অধিকারদি মফম খুদিংমক্তনী। শ্লোকসী তত্ত্ব-পুন্বা খঙবা ব্রহ্মানা হাযখিবনী—ভগবান মছামক্না ব্রহ্মাগী মফমদা (চতুঃশ্লোকীদা ) ভগবান মছামক্কী তত্ত্ব ( অওইবতু ) ফোঙদোকখিবনী অমসুং কৃপা তৌবিতুনা মছামক্না তাকপিখিবা বিষযতুবু ব্রহ্মাদা অনুভব তৌহনবিখি, মবমতুনা ভগবৎ তত্ত্বগী মরমদা ব্রহ্মানা হায়বা রাদি স্বযং ভগবান না হায়বা রানী হাযনা খনবা য়াই, মরমসীনা ভগবৎ-তত্ত্বগী মরমদা ব্রহ্মাগী উক্তিসিদগী হেনবা প্রামাণ্য ওইবা বা অমমুক লৈফম থোক্তে। মরমসিনা শ্লোকসিবু শ্রীকৃষ্ণতত্ত্বগী মরমদা পবিভাষা বাক্য-নী হায়রিবনী। শ্লোকসিগী সিদ্ধান্তদি অসিনী, মতুদি—শ্রীকৃষ্ণনা অংশী হায়বদি অঙ্গী-নী ( থোরক-ফম মপুন্নী ), নারায়ণ ( অদুগা অতৈ অতৈ ভগবৎ-স্বরূপ-সু ) শ্রীকৃষ্ণগী অঙ্গনী (অংশনী)—শ্রীকৃষ্ণগী তত্ত্বগী মরমদা শ্লোকসিনা পরিভাষা বাক্যনী হায়বদি সিদ্ধান্ত-মকোক্নী। শ্রীকৃষ্ণগী তত্ত্ব নৈনরকপা মতমদা মফম

খুদিংমক্তা সিদ্ধান্ত ( ব্রারেপ্প-ব্রারোই ) অসী ভাক্লা চৎলগা সিদ্ধান্তসিগী তুং ইন্দুনা অর্থ হন্‌গদবনী।

### মূল ৫৯

ব্রহ্ম, আত্মা, ভগবান্—কৃষ্ণের বিহার।
এ অর্থ না জানি মূর্খ অর্থ করে আরে ॥ ৫৯ ॥

### শব্দার্থ

ব্রহ্ম—নির্বিশেষ ব্রহ্ম , আত্মা—পরমাত্মা , ভগবান—ঐশ্বর্য্য তন্নক্লা থল্লবা নাবাযণ , কৃষ্ণেব—শ্রীকৃষ্ণগী , বিহার—শকফোঙ ( আবির্ভাব ), এ—মসী ; অর্থ—মবোল , না-জানি—খঙদতুনা , মূর্খ—অপঙবনা , খঙদবা মীনা , অর্থ কবে— মরোল হন্দোকযী , আর—অতোপ্পা।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ব্রহ্মনে পরমাত্মানে অতুগা ভগবান্ নাবায়ণ নে—মখোয়সী শ্রীকৃষ্ণগী শকফোঙ ( আবির্ভাব ) থোইদোকপা ওাক্লী। অর্থসী খঙদহনা মূর্খনা অতোপ্পা অর্থ ওইনা হল্লী।

### মূল ৬০

অবতারী—নারায়ণ, কৃষ্ণ—অবতার।
তেঁহ চতুর্ভুজ, ইঁহ মনুষ্য-আকার ॥ ৬১ ॥

### শব্দার্থ

অবতারী—অবতারগী থোরক্‌ফম, অংশী , নাবায়ণ—নারাযণ , কৃষ্ণ—শ্রীকৃষ্ণ , অবতাব—অবতারীদগী থোরকৃপা শকফোঙ, অংশ , তেঁহ—মহাক্তি , চতুর্ভুজ—খুৎ-মরী-পানবনী , ইঁহ—মসীনা , মনুষ্য—মীওই-বগী , আকার—মওং।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নারায়ণ না খুৎ-মরি-পানবা অতুগা কৃষ্ণনা যেৎবদা মীওইবা অমগুম্না উবা মরম্না নারায়ণ—বু অবতারী ( অবতারশিংগী থোরক্‌ফম অংশীনী ) হায় অদুগা শ্রীকৃষ্ণবু অবতার-নী (অবতারীদগী থোরকপা অংশনী) হায়।

## মূল ৬১

এই মতে নানারূপ করে পূর্ব্বপক্ষ।
তাহারে নির্জ্জিতে ভাগবত-পদ্য দক্ষ ॥ ৬১ ॥

### শব্দার্থ

এইমতে—মতৌ অসুম্না, নানারূপ—মখল মখাগী মওং, করে—তৌয়ি, পূর্ব্বপক্ষ—য়েৎপা, তাহারে—মতুবু, নির্জ্জিতে—মায়থীবা পীনবা, ভাগবত—শ্রীমদ্ভাগবত-কী, পদ্য—শৈরেংনা, দক্ষ—ওস্ননী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতৌ অসুম্না মখল মখাগী মওংদা য়েৎলী, মসিবু ককৃথৎপদি শ্রীমদ্ভাগবত-গী পদ্য-দনা (শৈরেংদনা) ওস্ননী।

## মূল ৬২

বদন্তি তত্তত্ত্ববিদস্তত্ত্বং যজ্‌জ্ঞানমদ্বয়ম্।
ব্রহ্মেতি পরমাত্মেতি ভগবানিতি শব্দ্যতে ॥ ৬২ ॥

### শব্দার্থ

বদন্তি—হায়, তৎ—মতু, তত্ত্ববিদঃ—তত্ত্ব-খঙবশিংনা, তত্ত্বম্—তত্ত্ব, যৎ—মতু, জ্ঞানম—জ্ঞান (খঙবা), অদ্বয়ম্—অনীগুদবা, অমতাডায়বা, ব্রহ্ম—ব্রহ্ম, ইতি—অসুম্না, শব্দ্যতে—খঙনৈ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

তত্ত্ব-খঙবা পণ্ডিতশিংনা অনীগুদবা জ্ঞান-বু (অদ্বয়-জ্ঞানবু) তত্ত্বনী হায়। তত্ত্বতুদি (অওইবস্তুদি) ব্রহ্ম, পরমাত্মা অমসুং ভগবান্ হায়বা মিংনা খঙনৈ।

### নৈনরোল

শ্লোকসী শ্রীমদ্ভাগবতমদগীনী (১/২/১১)। পরিচ্ছেদ অসিগী মূল ১১-গুবগী নৈনরোল য়েংবিসী।

## মূল ৬৩

শুন ভাই, এই শ্লোক করহ বিচার ।
এক মুখ্যতত্ত্ব, তিন তাহার প্রচার ॥ ৬৩ ॥

### শব্দার্থ

শুন—নাকোঙনা তাও, ভাই—ইচিন-ইনাওশিং, এই—মসী, শ্লোক—শ্লোক, করহ—তৌ, বিচার—খন্থবা, এক—অমনা, মুখ্য—মকোক ওইবা, তত্ত্ব—তত্ত্বনী ( অওইবনী ), তিন—অহুম্না, তাহার—মহুগী, প্রচার—শকফোঙনী ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নুংশিরবা ইচিন-ইনাওশা, নাকোঙনা তাক্নিয়ু, শ্লোক-সী নৈনৌ খন্থৌ । মুখ্যতত্ত্বদি (তত্ত্ব-মকোক্তি) অমতনী, অহুম্না মহাক্কী শকফোঙনী ।

## মূল ৬৪

অদ্বয়জ্ঞান-তত্ত্ববস্তু কৃষ্ণের স্বরূপ ।
ব্রহ্ম, আত্মা, ভগবান—তিন তাঁর রূপ ॥ ৬৪ ॥

### শব্দার্থ

অদ্বয়জ্ঞান—অনীশুদবা জ্ঞান, তত্ত্ববস্তু—অওইবা পোৎ, পরমতত্ত্ব ; কৃষ্ণের—শ্রীকৃষ্ণগী, স্বরূপ—মশক্কী, ব্রহ্ম—নির্ব্বিশেষ ব্রহ্ম, আত্মা—পরমাত্মা ; ভগবান্—পরব্যোমগী অধিপতি নারায়ণ, তিন—অহুম, তাঁর—মহাক্কী ( শ্রীকৃষ্ণগী ), রূপ—শকফোঙ-নী, শাযোন্নী ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অমতা-ঙায়বা জ্ঞান-তত্ত্ব ওইবা পোৎ অদু শ্রীকৃষ্ণনী । নির্ব্বিশেষ ( শকনাইদবা ) ব্রহ্ম, অন্তর্য্যামী পরমাত্মা অমগা পরব্যোমগী অধিপতি ওইবা ভগবান্ নারাযণ—অহুমসিনা শ্রীকৃষ্ণগী শকফোঙনী (আবির্ভাব-নী) ।

## মূল ৬৫

এই শ্লোকের অর্থে তুমি হৈলা নির্ব্বচন ।
আর এক শুন ভাগবতের বচন ॥ ৬৫ ॥

## শব্দার্থ

এই—মসী, শ্লোকের—শ্লোকগী ; অর্থে—অর্থদা, ভুমি—নও (অয়েৎপা মী—প্রতিপক্ষ), হৈলা—ওইরে, নির্ব্বচন—ব্রা খুম্বা ঙমদবা, আর—অতৈ, এক—অমা, শুন—নাকোওদা তাও, ভাগবতের—ভাগবত-কী, বচন—ব্রা ( শ্লোক, প্রমাণ )।

## মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্লোক অসিগী অর্থদা নহাক খুম্ব। ঙমদরে। শ্রীমদ্ভাগবতগী বা অতৈ অমস্থ নাকোওনা তাও।

## নৈনরোল

**এই শ্লোকের** হায়বসিদা য়াওরিবা শ্লোক অসিদি শ্রীমদ্ভাগবতম্‌-দগী লৌথোরকপা **বর্দস্তি**-নচিংবা শ্লোক অতুনী। শ্রুতিদা মথং-মনাও নাইনা পরতত্ত্বগী মরমদা নৈনবিবা বিচারদি ব্রহ্মসূত্রদা উবা ফংঙী। ব্রহ্ম সূত্রগী বাদি মছানা প্রমাণ ওইজরবা বেদগী বানী। ব্রহ্মসূত্রগী প্রমাণগা মান্নরবা প্রমাণ অমতা থাজনঙাই ওইঁদে। শ্রীমদ্ভাগবতমদি ব্রহ্মসূত্র হায়ব-তুগী ভাষ্য নী, শ্রীমদ্ভাগবতম্‌সী বেদান্ত-পূম্বগী সার নী (সর্ব্ববেদান্ত সারং হি শ্রীভাগবতমিষ্যতে। শ্রীভা ১২/১৩/২৫ ॥), ব্রহ্মসূত্র-লেংলম্বা ব্যাসদেব অতুমক্না ব্রহ্মসূত্রগী ভাষ্য ওইনা শ্রীমদ্ভাগবতপু ইবম্বনী মরমতুনা ব্রহ্মসূত্রগী অশেঙবা অর্থনে অতুগা ব্যাসদেবগী মছামক্কী অনীঙবনে শ্রীমদ্ভাগবতসিদগী খঙবা ঙম্মী, মরমসিনা শ্রীমদ্ভাগবত অসী প্রমাণ মকোক্কী, মরমসিনা শ্রীমদ্ভাগবতকী প্রমাণগা চুনদবা প্রমাণদি লৌনঙাই ওইদে। কবিরাজ গোস্বামীনা শ্রীমদ্ভাগবতমদগী **বর্দস্তি**-না হৌবা শ্লোকসী পুখৎলকুনা, শ্রীকৃষ্ণদি অদ্বয় জ্ঞান-তত্ত্বনী অমস্তুং পরব্যোমাধিপতি নারায়ণ হাযবতুনা শ্রীকৃষ্ণগী বিলাস-রূপ-নী হায়তুনা প্রমাণ তৌরি। মরমতুনা নারায়ণ-না শ্রীকৃষ্ণগী থোরকৃফম অবতারী ওইবা য়াদে। শ্রীকৃষ্ণদি অদ্বয়-জ্ঞান-তত্ত্ব-বস্তু-নী হায়তুনা ক্ষীরোদশায়ী নারায়ণ-নচিংবসু শ্রীকৃষ্ণগী অবতারী ওইবা য়াদে। মসী প্রমাণ-মকোক ওইবা শ্রীমদভাগবতম্‌গী সিদ্ধান্ত-ওইবনা মসীবু যাদবা যুক্তি-প্রমাণদি লৌফম থোক্তে।

## মুল ৬৬

এতে চাংশকলাঃ পুংসঃ কৃষ্ণস্তু ভগবান্ স্বয়ম্।
ইন্দ্রারি-ব্যাকুলং লোকং মৃডয়ন্তি যুগে যুগে ॥ ৬৬

## শব্দার্থ

এতে—মখোযগী , চ—অমস্তু , অংশ—অংশ , কলাঃ—অংশগী অংশশিং , পুংসঃ—পুরুষশিংগী , কৃষ্ণ—শ্রীকৃষ্ণ , তু—তৌইগুম্বস্তুং , ভগবান্—ভগবান , স্বয়ম্—মছামগ্নী , ইন্দ্রারি—ইন্দ্রগী য়েক্লবশিং , ব্যাকুলম্—নৈংতুনা ব্লারবা , লোকম্—জগৎপু , মৃড়যন্তি—ন্নুংঙাইহল্লী , যুগে যুগে—যুগ যুগ খুদিংদা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মখোয়শিংসী ( হাযখ্রবা হাযদ্রিবা অবতার পুম্নমক ) পুরুষগী অংশ-কলা ঙাক্লনী। তৌইংগুম্বস্তু কৃষ্ণদি স্বযং ভগবান নী। ইন্দ্রগী যেক্লবা দৈত্যশিংনা নৈবদগী ব্লারবা লোকশিংবু ( অবতারশিংসিনা ) যুগ-খুদিংদা ন্নুংঙাইহল্লী।

### নৈনরোল

এতে ( মখোযসিনা ) হাযরিবসী নৈনবিবা শ্লোকসিগী মমাঙথংবা শ্লোকশিংদা পন্নখিবা কৌমাব-শৌকব-নচিংবা অবতাবশিংবুনী। চ (অমস্তু) হায়বসিনা পন্দবা অবতাব পূম্বু হাযরিবনী। অবতাবগী মশীঙ-দি লাকপা ঙম্বা নত্তে, পুম্নমক্কী মমিং থাবা ওইথোক্কে। অবতার থরগী মিং পল্লে, অহ্নগা অযাম্বগী মিংদি পন্দ্রে , এতে শব্দনা পনখ্রবা অতুগা চ শব্দনা পন্দ্রিবা অবতাব পুম্নমকপু খঙহল্লী , মখোয পুম্নমকসী পুরুষ অংশনী। অংশ কলাঃ হাযবদি অংশ অমস্তুং কলা হায়বনী। অংশদি মখল অনী শুই, মতুদি—স্বয়ং অংশ অমস্তুং অংশাবিষ্ট ওইবদগী থোকপা অংশ। স্বয়ং অংশস্তু অমুক অনী থোকয়ি, মতুদি পুরুষগী সাক্ষাৎ অংশ হায়বা অমা, অতুগা অংশগী অংশ হাযবা অমা। অংশাবিষ্ট হায়বদি শক্তিনচিংবা চঙবা হায়বনী। কলা-গী অর্থদি বিভূতি হাযবনী। অবতাবশিংগী মনূঙদা থরমনা পুরুষগী সাক্ষাৎ অংশনী, থবমনা পুরুষগী অংশগী অংশনী, থরমনা পুরুষগী অংশ অতুগীস্তু অংশনী, থরমনা পুরুষ শক্তিনচিংবা চঙবনী, থরমনা পুরুষগী বিভূতিনী ( মতীক ময়াই-লৈবা শক্কী )। কৃষ্ণস্তু—কৃষ্ণঃতু হায়বদি 'তৌইগুম্বস্তুং কৃষ্ণদি' হায়বনী। স্বয়ং ভগবান্মক ওইগে ওইসন্নু, মাগী অতোপ্পা স্বরূপ ওইগে ওইসন্নু, প্রাকৃত প্রপঞ্চদা কুম্নকপা মহাক্কুব

অবতার হায়না খ্বাইনা খঙনৈ , "অবতারঃ প্রাকৃত বৈভবেঽবতরণম্—ক্রম-সন্দর্ভঃ।" অবতারগী সংজ্ঞা খ্বাইনা খঙনরিবসিগী মতুং ইন্না প্রকট-লীলাগী মতমদা স্বযং ভগবান্‌বুস্‌ অবতার কৌযি।

পুরুষগী অংশ ওইবা অবতাবশিংনা করি মরমগীদমক প্রাকৃত প্রপঞ্চ দা অবতাব তৌরিবনো হাযবা বাহংগী পাওখুমদি ইন্দ্রারিব্যাকুলং হায-বনচিংবা ব্বাহৈনা পীবি। হিংচাবাশিংবু হাৎলগা মখোযনা ওৎলম্বদগী জগৎপু কন্‌বিবা অদুগা জগৎকী নুংঙাইনবা শীনবনা অবতার তৌবগী নবন্নী। স্বয়ং ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা করিগীদমক অবতাব তৌবিবনো হাযবদু ইঙ্গিতনা উৎলি। শ্রীকৃষ্ণস্ আনন্দ ফংহন্‌গে হায়বগীদমক অবতার তৌবনী, কনাবু নুংঙাইহন্নবনো? পোক্‌পনচিংবা লীলা ফোঙদোক্লগা মহাকী পরি-করশিংগী আনন্দ অদু চমৎকার ( অঙকপা ) ওইহন্নবা প্রাকৃত প্রপঞ্চদা শ্রীকৃষ্ণনা অবতাব তৌবনী।

শ্রীকৃষ্ণদি অবতার নত্তে, অবতারী নী হায়বদুগী প্রমাণ নৈনরিবা শ্লোকসীনা ওইবে। শ্লোক অসি শ্রীকৃষ্ণতত্ত্বগী মরমদা পবিভাষা ওইবা শ্লোক-নী।

## মূল ৬৭

সব অবতারের করি সামান্য-লক্ষণ।

তার মধ্যে কৃষ্ণচন্দ্রের করিল গণন ॥ ৬৭ ॥

### শব্দার্থ

সব—পূম্নমক , অবতারের—অবতারশিংগী , করি—তৌবগা , সামান্য—খ্বাইগী ওইবা লক্ষণ—খুদমশিং , তার—মখোযদুগী , মধ্যে—মনূঙ-দা , কৃষ্ণচন্দ্রেব—শ্রীকৃষ্ণগী , কবিল—তৌরে , গণন—শীঙথাবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অবতাব পূম্নমক্কী খ্বাইগী ওইবা লক্ষণ ( খুদমশিং ) হায়রগা মখোযগী মনূঙদা শ্রীকৃষ্ণচন্দ্রবু চলহল্লে।

## মূল ৬৮

তবে সূত গোসাঞি মনে পাঞা বড় ভয়।

যার যে লক্ষণ তাহা করিল নিশ্চয় ॥ ৬৮ ॥

## শব্দার্থ

তবে—অদুদগী, সূত গোসাঞি সূত গোস্বামীনা, মনে—পুক্নীঙ-দা, পাঞা—ফংদুনা, বড—অচৌবা ভয—অকিবা, যার—মা মাগী, যে—মদু লক্ষণ—খূদম, তাহা—মদু, কবিল—তৌরে, নিশ্চয—লেপ্পা, ( নিশ্চয করিল—লেপ্লম্মী )।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অদুদগী (হায়বদি অবতার ময়ামগী মরক্তা শ্রীকৃষ্ণগী নাম পল্লুবদগী) যাম্না কিরদুনা অবতারশিংদুগী মছা মছাগী লক্ষণশিংদো কবি করিনো হাযবদু ( উগ্রশ্রবা কৌবা ) সূত গোস্বামীনা লেপ্লম্মী।

## মূল ৬৯

অবতার সব—পুরুষের কলা, অংশ।

স্বয়ং ভগবান্ কৃষ্ণ সর্ব্ব-অবতংস॥ ৬৯॥

## শব্দার্থ

অবতার সব—অবতার পুম্নমক, পুরুষেব—পুরুষ-অবতারগী, কলা—বিভূতি ( লন ), অংশ—শরুক, মশুং-মনাও, স্বয়ং- মছামক, ভগবান—ভগবান, কৃষ্ণ—শ্রীকৃষ্ণ, সর্ব্ব—পুম্নমক্কী, অবতংস—কোক্তোন-চুডা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অবতার পুম্নমক (শ্রীকৃষ্ণ অমসুং শ্রীবলদেব নত্তবা) কলাতক্কা তিল্লবা পুরুষ-অবতাবগী অংশ অমসু কলা ঙাক্তনী। স্বয়ং ভগবান শ্রীকৃষ্ণদি মখোয লোইনমক্কী কোক্তোন-চুডানি।

## মূল ৭০

পূর্ব্বপক্ষ কহে—তোমাব ভালত' ব্যাখ্যান।

পরব্যোম-নারাযণ স্বয়ং ভগবান্॥ ৭০॥

## শব্দার্থ

পূর্ব্বপক্ষ—অয়েৎপা মী, কহে—হায়, তোমাব—নঙগী, ভাল—

ফজৈ, ত'—লেপ্পমক, ব্যাখ্যান—পুথোরকপা ৱাফমদো, পরব্যোম-নারায়ণ—পরব্যোমগী অধিপতি ( মবুংভো ) ওইবা নারায়ণ, স্বয়ং—মহামক, ভগবান—ভগবান্-নী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অযেৎপা মীনা (পুর্ব্বপক্ষনা) হায়রকয়ি—নঙনা (কবিরাজ গোস্বামী-না পুথোরক্লিবা ৱাফমসী (ব্যাখ্যাসী) লেপ্পমক ফজৈ। অতুবু স্বযং ভগবান্ হায়বতুদি পরব্যোম—অধিপতি নারায়ণ অতুনী।

### মুল ৭১

তিঁহ আসি কৃষ্ণরূপে করেন অবতার।
এই অর্থ শ্লোকে দেখি, কি আর বিচাব ॥ ৭১ ॥

### শব্দার্থ

তিঁহ—মহাক্লা ( নারাযণ-হুনা ) আসি—লাক্লুনা, কৃষ্ণরূপে—শ্রীকৃষ্ণগী মশক লৌতুনা, করেন তৌযি, অবতার—নোংগুম্বা, এই—মসী, অর্থ—লোল, শ্লোকে—শ্লোকদা, দেখি—উই, কি—করি, আর—অমূক, বিচাব—খন্নবগাই।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পরব্যোমাধিপতি নারাযণ লাক্লুনা কৃষ্ণ ওইনা অবতার তৌবনী হাযবা অর্থ অসী শ্লোকসিদা উই, করি অমূক খন্নবগাই লৈবগে?

### মুল ৭২

তারে কহি—কেন কর কুতর্কানুমান।
শাস্ত্রবিরুদ্ধার্থ কভু না হয় প্রমাণ ॥ ৭২ ॥

### শব্দার্থ

তারে—মগোন্দা ( পূর্ব্বপক্ষদা ), কহি—হায়রি, কেন—করিগী-দমক, কর—তৌরিবা, কুতর্ক-অনুমান—পগয়েৎ যেৎপগী পংশা শাগৎ-পা, শাস্ত্রবিরুদ্ধ—শাস্ত্রগা য়েৎনবা, অর্থ—লোল, কভু—কদৌঙৈদা, না হয়—ওইদে, প্রমাণ—নাতৈ-উতৈ; চৎনবা য়াবা ৱা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পূর্ব্বপক্ষ ওইবা মঙোন্দা হায়রি—পণ্ডয়েং যেৎপা য়ানবা রাগী লৌ যেৎপদি করিগীনো? শাস্ত্রনা যাদবা অর্থদি কদোইঁদস্নু প্রমাণ ওইবা যারোই।

## মূল ৭৩

অনুবাদমনুক্ত্বা তু ন বিধেয়মুদীরয়েৎ।
ন হ্যলব্ধাস্পদং কিঞ্চিৎ কুত্রচিৎ প্রতিতিষ্ঠতি ॥ ৭৩ ॥

## শব্দার্থ

অনুবাদম্—খণ্ডনরবা পোৎ, অনুক্ত্বা—হায়দতুনা, তু—তৌই-দুনু, ন—নত্তে, বিধেয়ম—খণ্ডত্রিবা পোৎ, উদীরয়েৎ—(কনানা) হায়গনী; (ন উদীরয়েৎ—কনানস্নু হায়বায), ন—নত্তে, হি—লেপ্ন মক, অলব্ধা আস্পদম—খোঙথাফম-লৈতবা, কিঞ্চিৎ—কবিগুম্বা অমতা, কুত্রচিৎ—কদাযদস্নু প্রতিতিষ্ঠতি—লেপ্পী, (ন প্রতিতিষ্ঠতি—লেপ্তে)।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অনুবাদ (খণ্ডনববা পোৎ) হায়দতুনা বিধেয় (খণ্ডত্রিবা পোৎ) হায়বা হৌনদে। মরমদি খোঙথাফম-লৈতবা পোৎতি কদাযদস্নু লেপ্পা ঙমদে।

## মূল ৭৪

অনুবাদ না কহিযা না কহি বিধেয।
আগে অনুবাদ কহি পশ্চাৎ বিধেয় ॥ ৭৪ ॥

## শব্দার্থ

অনুবাদ—খণ্ডনরবা পোৎ, না কহিয়া—হায়দতুনা, না কহি—ঐদি হায়দে, বিধেয—খণ্ডত্রিবা পোৎ, আগে—অহানবদা, অনুবাদ—খণ্ডনববা পোৎ, কহি—হায, পশ্চাৎ—তুংদা, বিধেয—বিধেয (হায)।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অনুবাদ হায়ত্রগদি বিধেয় হায়দে। ঐদি অনুবাদ হান্না অতুগা মতুঙ দা বিধেয হায।

## মুল ৭৫

'বিধেয়' কহিয়ে তারে—যে বস্তু অজ্ঞাত।

'অনুবাদ' কহি তারে—যেই হয় জ্ঞাত ॥ ৭৫ ।

### শব্দার্থ

বিধেয়—বিধেয, কহিয়ে—কৌযি, তারে—মদুবু, যে—মদু, বস্তু—পোৎ, অজ্ঞাত—খঙদ্রিবা, অনুবাদ—অনুবাদ, কহি—কৌযি, তারে—মদুবু, যেই—মদু, হয—ওই, জ্ঞাত—খঙলবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

খঙদ্রিবা পোৎ অদুবু বিধেয কৌযি। খঙলবা পোৎ অদুবু অনুবাদ কৌযি।

## মুল ৭৬

যৈছে কহি—এই বিপ্র পরম পণ্ডিত।

বিপ্র অনুবাদ, ইহার বিধেয় পাণ্ডিত্য ॥ ৭৬ ॥

### শব্দার্থ

যৈছে—অস্রুম্না, কহি—হায়, এই—অসী, বিপ্র—ব্রাহ্মণ, পরম—অথোয়বা, পণ্ডিত—পণ্ডিত ( অখঙবা মী ), বিপ্র—বিপ্র, অনুবাদ—অনুবাদ (খঙলবা পোৎ), ইহার—মসিগী, বিধেয—বিধেয (খঙদ্রিবা পোৎ), পাণ্ডিত্য—পণ্ডিত ওইবগী গুণ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

খুদম ওইনা, ঐখোয়না হায়বা যাই, "বিপ্র অসী অথোয়বা পণ্ডিত-নী"। বাক্যসিদা বিপ্র শব্দনা অনুবাদ-নী অদুগা মসিগী বিধেযনা মহাক্কী পাণ্ডিত্য-নী ( পণ্ডিত ওইবগী গুণ-দুনী )।

## মুল ৭৭

বিপ্রত্ব বিখ্যাত তার পাণ্ডিত্য অজ্ঞাত।

অতএব বিপ্র আগে, পাণ্ডিত্য পশ্চাত ॥ ৭৭ ॥

## শব্দার্থ

বিপ্রত্ব—বিপ্র ওইবগী গুণ, বিখ্যাত—খঙনরবনী, তার—মহাক্কী, পাণ্ডিত্য—পণ্ডিত ওইবগী গুণ, অজ্ঞাত—খঙনদ্রিবনী, অতএব—মরম-চুনা, বিপ্র—বিপ্র শব্দনা; আগে—হান্নবা, পাণ্ডিত্য—পাণ্ডিত্য শব্দনা, পশ্চাত—মতুংগদা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মীতুনা বিপ্র ওইবদি খঙনরবনী, মানা পণ্ডিত ওইবদি খঙনদ্রিবনী। মরমচুনা বিপ্র ওইরিবা মীবু হান্নবা পন্দুনা তাক্লিবনী, অদুগা মানা পণ্ডিত ওই হাযবদু কোন্না পল্লিবনী।

## মূল ৭৮

তৈছে ইঁহা অবতার সব হৈল জ্ঞাত।

কার অবতার?—এই বস্তু অবিজ্ঞাত॥ ৭৮॥

## শব্দার্থ

তৈছে—অদুগুম্না, ইঁহা—মসিদা ('এতে চাংশ' হাযবা শ্লোকসিদা), অবতার—অবতার, সব—পুম্বা, হৈল—ওইরে, জ্ঞাত—খঙনরবা, কার—কনাগী, অবতার—অবতার, এই—মসী, বস্তু—পোৎ, অবিজ্ঞাত—খঙনদ্রিবনী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতৌ অদুগুম্না অবতার পুম্বসী খঙনবে, অদুবু কনানা তৌবা অবতার-শিংনো হাযবদি খঙনদে।

## মূল ৭৯

'এতে'-শব্দে অবতারের আগে অনুবাদ।

'পুরুষের অংশ' পাছে বিধেয় সংবাদ॥ ৭৯।

## শব্দার্থ

এতে-শব্দে—এতে (মখোযসী) হায়বা শব্দনা, অবতারের—

অবতারগী, আগে—মমাঙদা, অনুবাদ—অনুবাদ নী, পুরুষের—পুরুষ-অবতারগী, অংশ—চানাও-শুনাও, পাছে—মতুঙদা, বিধেয—বিধেয়-গী, সংবাদ—খঙনরা।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

এতে ( মথোযসী ) হায়বা শব্দনা অবতারগী ( বা পল্লে, মবমতুনা মসী ) অনুবাদ-নী ( অমসুং অনুবাদনী হাযদুনা ) মমাঙদা ( ফল্লি )। অদুগা পুরুষাবতাবশিংগী অংশশিংনা মতুঙদা (ফমবে, মরমতুনা মসী) বিধেয়-খঙননবনী।

## নৈনরোল

**এতে চাংশকলাঃ পুংসঃ** হায়বসী **এতে পুংসঃ অংশকলাঃ** হাযনা অন্বয-তৌগদবনী হাযবদু পযারসিদা তাল্লী। **এতে** শব্দনা অনুবাদ-বাচকনী ( অনুবাদ খঙহন্নবনী ) অদুগা **অংশকলাঃ** শব্দনা বিধেয-বাচক শব্দনী, মরমতুনা অন্বয তৌবদা **এতে** শব্দনা মাঙদা অদুগা **অংশকলাঃ** শব্দনা তুংদা ফমগদবনী।

### মূল ৮০

তৈছে কৃষ্ণ অবতার-ভিতরে হৈল জ্ঞাত।
তাঁহার বিশেষজ্ঞান সেই অবিজ্ঞাত॥ ৮০ ॥

**শব্দার্থ**

তৈছে—মতুম্না, কৃষ্ণ—শ্রীকৃষ্ণ, অবতার-ভিতবে—অবতারশিংগী মনুঙদা, হৈল—ওইরে, জ্ঞাত—খঙনবা, তাঁহার—মহাক্কী, বিশেষ-জ্ঞান—থোইদোকপা ওইনা খঙবা, সেই—মদু, অবিজ্ঞাত—খঙদবনি।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

মতৌ অদুম্না কৃষ্ণবু অবতারশিংগী মনুঙদা যাওরে হাযবা খঙনরবদা মহাক্কী মরমদা বিশেষ (থোইদোকপা) ওইনা খঙবা হাযবদুদি খঙদ্রিবনী।

### মূল ৮১

অতএব 'কৃষ্ণ'-শব্দ আগে অনুবাদ।
'স্বয়ং ভগবত্ত্ব' পিছে বিধেয-সংবাদ॥ ৮১ ॥

## শব্দার্থ

অতএব—মরমদুনা , কৃষ্ণ-শব্দ—কৃষ্ণ-হায়বা শব্দসিনা , আগে—মাঙদা , অনুবাদ—অনুবাদনী , স্বয়ং-ভগবত্ত্ব—মছামক ভগবান ওই হায়বত্থ , পিছে—তুংদা , বিধেয় সংবাদ—বিধেয় খঙনহন্নবনী ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মবমতুনা অহানবদা কৃষ্ণ শব্দনা অনুবাদ ওইনা থম্লিবনী, মতুগী তুংদা মহাকপু স্বয়ং ভগবান-নী হায়বা বিধেয়সী থম্লিবনী ।

## নৈনরোল

ভগবানগী নত্রগা পুরুষগী অংশনা প্রপঞ্চদা অবতীর্ণ (নোংথম্লকপা) ওইরবদা অংশত্তবু অবতার কৌয়ি , অদুগা স্বয়ং ভগবান ( ভগবান মছামক্কা ) প্রপঞ্চদা কূম্নকপা মতমদা মহাকপুম্ভ অবতার কৌয়ি। কৃষ্ণদি অবতার-নী হায়বা বাসিমতংদি মমাঙগী শ্লোকশিংদগী খঙংরে, অদুবু শ্রীকৃষ্ণসে কবম্বা মখলগী অবতারনো হায়বদুদি মমাঙগী শ্লোকশিংদগী খঙবা ঙমদে । **ভগবান্ স্বয়ং** হায়বা শব্দনা কৃষ্ণগী বিশেষ পরিচয় (থোক্টদোকপা শক্তাক হায়বদু) পীবি । মরমদুনা **ভগবান্ স্বয়ং** হায়বা শব্দসিনা বিধেয়-বাচক-নী। মবমসিনা কৃষ্ণ-শব্দনা মাঙদা ফমগদবনী অদুগা **স্বয়ং ভগবত্ত্ব** হায়বসিনা তুংদা লাক্কদবনী ।

## মূল ৮২

'কৃষ্ণের স্বয়ংভগবত্ত্ব' ইহা হৈল সাধ্য ।

'স্বয়ং ভগবানের কৃষ্ণত্ব' হৈল বাধ্য ॥ ৮২ ॥

## শব্দার্থ

কৃষ্ণের—শ্রীকৃষ্ণগী , স্বয়ংভগবত্ত্ব—স্বয়ং ( মছামক ) ভগবান-নী হায়বা , ইহা—অসী , হৈল—ওইরে , সাধ্য—পাঙথোক্কঙাই ওইবা , পুথোক্কদবা , স্বয়ং-ভগবানের—স্বয়ং ভগবানমক্কী , কৃষ্ণত্ব—কৃষ্ণ ওইরকপা , হৈল—ওইরে , বাধ্য—কায়বে ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণনা স্বয়ং ভগবান্-নী হায়বসী সাধ্য (পাঙথোক্কঙাই) ওইরে। স্বয়ং ভগবান-না কৃষ্ণ ওইবনী হায়বসিদি বাধ্য ( পন্নবা রাকায ) ওইরে।

## নৈনবোল

অয়েংপা খুৎপুগী অর্থ ( হায়বদি নারায়ণ-না স্বয়ং ভগবান-নী, শ্রীকৃষ্ণনা মাগী অংশ-অবতার-নী হাযবা অর্থ ) অসী শাস্ত্রনা য়াদবনী হায়বদু নৈনরিবা পযারসিদা উৎলী। শাস্ত্রনা যাবা অর্থদি কবিরাজ গো-স্বামীগী অসীনী।

## মূল ৮৩

কৃষ্ণ যদি অংশ হৈত অংশী নারায়ণ।
তবে বিপরীত হৈত সূতের বচন ॥ ৮৩ ॥

## শব্দার্থ

কৃষ্ণ—শ্রীকৃষ্ণ, যদি—বদি, অংশ—চানাও-শুনাও, হৈত—ওইবস্রো, অংশী—থোরকফম মপূম, নারাযণ—শ্রীনারায়ণ, তবে—অদু ওইরবদি, বিপরীত—ওন্নতৈনবা, হৈত—ওইরমগদৌবনী, সূতের—শ্রীসূত গোস্বামীগী, বচন—বা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণনা অংশ অদুগা শ্রীনারায়ণ-না অংশী ওইরবদি শ্রীসূত গোস্বা-মীগী ৱাহ ওন্নতৈনরগনী।

## নৈনবোল

শ্রীকৃষ্ণনা ভগবান মছামক্কী, নারাযণ-না মহাক্কী বিলাস রূপ অংশনী। মসীনা শ্লোকসিগী অশেংবা অর্থনী। নারাযণ-না অংশী স্বয়ং ভগবান্ হায়বদু ওইরম্বা থোক্লবা অদুগা শ্রীকৃষ্ণনা মহাক্কী অংশ ওইরম্বা থোক্লবদি শ্রীসূত গোস্বামীসু কৃষ্ণস্তু ভগবান্ স্বয়ং হাযরমদদুনা মহুগী ওন্ন-তৈনবা বা ( স্বয়ং ভগবান তু কৃষ্ণঃ হাযনা ) হায়রমগদবনী। মহু হায়রমদ্রবনীনা শ্রীকৃষ্ণদি স্বয়ং ভগবান-নী হায়বা অর্থসী লৌগদবনী।

## মূল ৮৪

নারায়ণ অংশী যেই স্বয়ং ভগবান্।
তেঁহো শ্রীকৃষ্ণ—ঐছে করিত ব্যাখ্যান ॥ ৮৪ ॥

## শব্দার্থ

নারায়ণ—শ্রীনারায়ণ-না অংশী—থোরককফম মপুম, যেই—মহ, স্বয়ং—মহামক, ভগবান—ভগবান, তেঁহো—মহাক, শ্রীকৃষ্ণ—শ্রীকৃষ্ণনী, ঐছে—অসুম্না, করিত—তৌরমগনী, ব্যাখান—ব্যাখ্যা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

স্বয়ং ভগবান ওইবা নারায়ণ অংশীদুনা শ্রীকৃষ্ণ ওইরকপনী হায়বা অসীগুম্বা ব্যাখ্যা তৌরমগদবনী।

## নৈনরোল

এতে চাংশ শ্লোকসিগী বাক্য চপ চানা লৈরম্বদু থম্লবসু অম্বয়গী মতমদা স্বয়ং ভগবান্ তু কৃষ্ণঃ হায়না তৌবা অম্বযদু শাস্ত্রনা য়াবা ওইরম্লবদি শ্রীধরস্বামীনচিংবা শ্রীমদ্ভাগবতম্গী অরিবা টীকাকারশিংনা মতৌ অসুম্না ব্যাখ্যা তৌরমগদবনী। "স্বয়ং ভগবান্ ওইবা নারায়ণদুনা অংশীনী, মহাক্কী অংশনা শ্রীকৃষ্ণ ওইবনী"—অসিগুম্ মখোয়না কৃষ্ণস্তু ভগবান্ স্বয়ং বাক্যগী অর্থ তৌরমগদবনী। অদুবু কনাগুম্বা টীকাকাব অমতনা অসিগুম্বা অর্থ তৌরমদে। মরমদুনা মহাজন টীকাকারশিংনা যারমদবা অযেংপশিংগী অর্থদু লৌফম থোক্তে।

## মূল ৮৫

ভ্রম, প্রমাদ, বিপ্রলিপ্সা, করণাপাটব।
আর্ষ-বিজ্ঞ-বাক্যে নাহি দোষ এই সব ॥ ৮৫ ॥

## শব্দার্থ

ভ্রম—শেবাম্বা, প্রমাদ—পূক্নীঙ চঙদবদগী থোবকপা অবানবা, বিপ্রলিপ্সা—লৌনম্নীঙবা, করণ-অপাটব—ইন্দ্রিয়না শোয়বা, আর্ষ—ঋষিগী, বিজ্ঞ বাক্যে—অশিংবশিংগী বা-দা, নাহি—লৈতে; দোষ—অরানবা এই—অসী, সব—পুম্বা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অবানবা ( ভ্রম ), পূক্নীঙচঙদবা (প্রমাদ), লৌনম্নীঙবা (বিপ্রলিপ্সা), ইন্দ্রিয়গী (করণ গী) ওমদকপী মশোয় ( অপাটব )—দোষ পুম্নমক ঋষিশিংগী অমসুং অশিংবশিংগী ( বিজ্ঞশিংগী ) বাক্যদা য়াওদে।

## মৈনরোল

ভ্রম-গী অর্থদি শেরান্নবা হায়বনী। করিগুম্বা পোৎ অমবু মতুনা নত্রবা পোৎ অমনী হাযনা লৌববু ভ্রম 'শেবান্ননা লৌবা) কৌয়ি। প্রমাদ-কী অথ দি পূক্লীঙ-চঙদবা হাযবদগী থোরকপনী। কনাগুম্বনা বা অমা হাযরে, হাযরিবা রাতুনা পূক্লীঙ চঙহৌদবদগী বাতুগী শব্দ পুম্নমক তাহৌদ তুনা অর্থ অতোপ্পা অমা লৌরবদি প্রমাদ কৌবা দোষহু রা-তারিবা মীতু-গী ওইবে। বিপ্র-লিপ্সা হাযবা দোষদি লৌনম তৌনীঙবা হাযবনী। করুণাপাটব ( করণ-অপাটব ) হাযবা শব্দগী অর্থদি অসিনী—করণ হাযবনা ইন্দ্রিয় হাযবনী অদুগা অপাটব হাযবনা হৈশিংবা বাৎপা হাযবনী। খূদমদি মীৎ-নাপু-কাবা লাইনাদা নারবা মীনা পোৎ খূদিংমকপু নাপু মচুগী ওইনা উবদু করণাপাটব দোষ কৌযি। দোষ মখল মরিসী ঋষি-শিংগী অমসুং অথং-অহৈশিংগী বাক্যদা যাওদে।

### মূল ৮৬

বিরুদ্ধার্থ কহ তুমি, কহিতে কর রোষ।
তোমার অর্থে অবিমৃষ্টবিধেযাংশ-দোষ ॥ ৮৬ ॥

## শব্দার্থ

বিরুদ্ধ-অর্থ—( শাস্ত্রগা ) ওন্ন-তৈনবা অর্থ, কহ—হায, তুমি—নঙ, কহিতে—( ওন্ন-তৈনৈ হাযনা ) হাযবগন্সু, কর—তৌয়ি, রোষ—শাউবা, তোমার—নঙগী, অর্থে—অর্থদা, অবিমৃষ্ট—মরু ওইনা উৎ-তবা, বিধেয-অংশ—বিধেয ওইবা শরুক, দোষ—অশোযবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নঙনা (শাস্ত্রগা) ওন্নতৈনবা অর্থ হান্নরি, ওন্নৈ-তৈনৈ হায়না তাক্পিরগন্সু নঙনা শাউয়ি। নঙগী অর্থদদি বিধেয় ওইবা শরুকপু মরু ওইনা উৎতবা দোষ অদু লৈরে।

## মৈনরোল

অলঙ্কার শাস্ত্রগী নিয়ম মতুং ইন্না অনুবাদগী মতুংদা বিধেয় ওইবা শরুকপু থম্নগদা বিধেয়াংশবু প্রধান ওইনা হায়বা ওই, মদু তৌরুবদি

**অবিমৃষ্টবিধেয়াংশ**—বিধেয়বু প্রধান ওইনা উৎতবা হাযবা অছু ওইরে। মসুম তৌবসী অলঙ্কার-শাস্ত্রগী মতুং ইন্না দোষ অমনী।

অযেৎপা মীগী শ্লোক অন্বয় তৌবদা ( স্বযং ভগবান তু কৃষ্ণং হাযনা অন্বয তৌবদা ) বিধেয় স্বয়ং ভগবান্ অসী অনুবাদ কৃষ্ণগী মমাঙদা ফম্মী হাযদুনা অবিমৃষ্টবিধেযাংশ দোষ ওইরে।

## মূল ৮৭

যাব ভগবত্তা হৈতে অন্যের ভগবত্তা।
'স্বয় ভগবান' শব্দেব তাহাতেই সত্তা॥ ৮৭॥

## শব্দার্থ

যাব—মহাক্কী, ভগবত্তা—ভগবান ওইবা, হৈতে—দগী, অন্যেব—অতোপ্পগী, ভগবত্তা—ভগবান্ ওইবা, স্বযং ভগবান—মচামক ভগবান্, ভগবান মচামক, শব্দে—শব্দগী, তাহ তেই—মঙোন্দা, সত্তা—লৈবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাক্কী ভগবত্তাদগী অতৈগী ভগবত্তা ওইবা অদুগুম্বা মহাকপুদা স্বয ভগবান-নী হাযনা হাযগদবনী।

## মূল ৮৮

দীপ হৈতে যৈছে বহু দীপের জ্বলন।
মূল এক দীপ তাহা করিয়ে গণন॥ ৮৮॥

## শব্দার্থ

দীপ—থাওমৈ, হৈতে—দগী, যৈছে—মসুম্না, বহুদীপেব—থাওমৈ ময়ামগী, জ্বলন—চুথৎপা, মূল—মরু, এক—অমা, দীপ—থাওমৈ, তাহা—মদু, করিয়ে—তৌয়ি, গণন—শীঙথাবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

থাওমৈ অমদগী থাওমৈ ময়াম চুথৎলবদি অমবু মযামদুগী মূল দীপ ( মরু ওইবা থাওমৈ ) হায়না ঐনা লৌয়ি।

## মূল ৮৯

তৈছে সব অবতারের কৃষ্ণ সে কারণ।
আর এক শ্লোক শুন কুব্যাখ্যা-খণ্ডন ॥ ৮৯ ॥

## শব্দার্থ

তৈছে—অদুগুম্না, সব—পুম্বা, অবতারের—অবতারশিংগী, কৃষ্ণ—শ্রীকৃষ্ণনা, সে—মদু, কারণ—থোরকফম, আর—অতোপ্পা, এক—অমা, শ্লোক—শ্লোক, শুন—নাকোঙনা তাও, কুব্যাখ্যা—লাম্না তৌবা ব্যাখ্যা, খণ্ডন ককথৎপা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতৌ অদুগুম্না শ্রীকৃষ্ণনা অবতার পুম্নমক্কী থোবকফম মকদুনী। নহাক্কী অরানবা ব্যাখ্যাদু কক্লনবা শ্লোক অমগা তাখো।

## নৈনবোল

থাওমৈ অমদগী থাওমৈ অতোপ্পা চামা চামা মৈ লৌদুনা চৃথংলবদি অহান্‌বগী থাওমৈ অমদুবু অতৈ থাওমৈ চাম-চামগী মূল-নী ( মরু থোরক্‌ফম্নী ) হাযনা লৌবগুম্না শ্রীকৃষ্ণ অমখল্দগী লৌবগা ভগবং স্বরূপ মযাম্না মখোযগী ভগবত্তা ফংঙী হাযদুনা শ্রীকৃষ্ণতনা মখোযগী মূল কারণ ( থোবক্‌ফম্ মরু ) ওই, অদুনা শ্রীকৃষ্ণনা স্বয়ং ভগবান্‌-নী। নত্রগা থাওমৈ অমদগী অনীশুবা থাওমৈ, অদুদগী অহুমশুবা থাওমৈ অমা, অসূম তৌদুনা মথং মথং ওইনা থাওমৈ মযাম চৃথংলবস্থু অহানবগী থাওমৈবু অতৈ থাওমৈ পুম্নমক্কী মূল কারণ ওইনা লোযি, মবমদি অহানবা থাওমৈনা ঙাল্লমদবা ওইববদি অতৈ অমতা চৃথংপা যারগ্লোইদৌবনি না) মতৌ অদুগুম্না শ্রীকৃষ্ণদগী মহাসঙ্কর্ষণ, মহাসঙ্কর্ষণদগী মহাবিষ্ণু মহাবিষ্ণুদগী গর্ভোদকশায়ী অদুগা মৎস্য-কুর্মাদি ( ঙা থেঙ-নচিংবা ) অবতারশিং থোবক্লবস্থু শ্রীকৃষ্ণ অমতুদনা ভগবৎস্বরূপ পুম্নমক্কী মূল-কারণ নী। মবমদুনা শ্রীকৃষ্ণতনা স্বযং ভগবান্‌-নী। থাওমৈ অমদগী মৈ লৌদুনা থাওমৈ মযাম চৃথংলবস্থু অহান্‌বা থাওমৈদগী মৈশা-মৈঙানগী মযেং তাদবগুম্না শ্রীকৃষ্ণ অমতদুদগী শীঙনাইদবা ভগবৎ স্বরূপ খূদিংমক্কা মাগী মাগী ভগবত্তা লৌথোক্লবস্থু শ্রীকৃষ্ণগী ভগবত্তাদা মযেং শূকুশিংদ-ফাওবা তাদে হাযবসী থাওমৈবু খুদম ওইনা পীবসিনা তাক্লি।

## মুল ৯০-৯১

অত্র সর্গো বিসর্গশ্চ স্থানং পোষণমূতয়ঃ ।
মন্বন্তরেশানুকথা নিরোধো মুক্তিরাশ্রয়ঃ ॥ ৯০ ॥
দশমস্য বিশুদ্ধ্যর্থং নবানামিহ লক্ষণম্ ।
বর্ণয়ন্তি মহাত্মানঃ শ্রুতেনার্থেন চাঞ্জসা ॥ ৯১ ॥

## শব্দার্থ

অত্র—মসিদা ( শ্রীমদ্ভাগবতসিদা ), সর্গঃ—ব্রহ্মাণ্ডগী মচাকশিং ; বিসর্গঃ—ব্রহ্মানা তৌবা সৃষ্টি মযাম, স্থানম্—সৃষ্টির লেঙদনবা থম্বা, পোষণম—যোকপা, উতয়ঃ—থবক তৌবগী বাসনা ময়াম, মন্বন্তরেশানু-কথাঃ—মন্বন্তর খূদিংগী মনু-নচিংবগী, ঈশ্বরগী অমদি ভক্তশিংগী মচো-বিৎ, নিরোধ—সৃষ্টি লোইশনবা, মুক্তিঃ—অরান-খুভম্, আশ্রয — চঙজফম, দশমস্য—তরাশুবগী ( আশ্রয়গী ), বিশুদ্ধি অর্থম্—মপূঙ ফানা খঙনবগীদমক, নবানাম—মাপলগী, ইহ—মফমসিদা, লক্ষণম্—নাওং-নাতা, খূদম, বর্ণয়ন্তি—বর্ণনা তৌবি, মহাত্মানঃ—মহাত্মাশিংনা, শ্রুতেন-অর্থেন—শ্রুতিগী অর্থনা, চ—অমসুং, অঞ্জসা—সাক্ষাৎ ওইনা ( তশেং-তশেংনা ) ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীমদ্ভাগবতসিদা—সর্গ, বিসর্গ, স্থান, পোষণ, উতি, মন্বন্তর খূদিংগী মনু-নচিংবগী চরিত্র, ঈশ্বর-অবতারগী অমদি ভক্তশিংগী চরিত্র, নিরোধ, মুক্তি, আশ্রয—পোৎ তরাসী উবা ফংঙী । তরাশুবা পোৎ আশ্রয হায়র-সিংগী তত্ত্বজ্ঞান ফংননবগীদমক মহাত্মাশিংনা অতোপ্পা পোৎলম মাপনগী রাংবু খরমদনা শ্রুতিনা খরমদনা মাযোরনা (সাক্ষাৎ ওইনা) বর্ণনা তৌযি ।

## টৈননরোল

শ্লোক অনীসী শ্রীমদ্ভাগবতমদগীনী ( ২/১/১-২ ) । শ্লোক অনীসিদা শ্রীমদ্ভাগবত পুরাণগী লক্ষণ ( শক্তাক খূদম ) তরা পীরি । লক্ষণ তরাছু করি করিনো হায়রা শ্রীশুকদেবনা তাক্লী । মতুদি—সর্গ—বিষ্ণুনা শেম্বা অহান বা সৃষ্টিনী, হায়রবদি আকাশনচিংবা মহাভুত মঙা, শব্দনচিংবা তন্মাত্রা মঙা, ইন্দ্রিয় তরামাথোই, মহৎতত্ত্ব, অহঙ্কারতত্ত্বসী পরমেশ্বরদগী থোক্লকপনী ।

মখোয পুল্লপসিবু সর্গ কৌয়ি। **বিসর্গঃ**—ব্রহ্মাণ্ডদা অচৎ-চত্তা হায়না লৈরিবা ব্রহ্মানা শেম্বা থবকসিবু বিসর্গ কৌয়ি। **স্থান**—স্থিতি ( লৈবা ) হাযবনী। বিষ্ণুনা ব্রহ্মাণ্ডসিবু ঙাক-শেল্লী। স্থিতিবৈকুণ্ঠবিজয়ঃ। ভাগবত ২/১০/৪॥ বৈকুণ্ঠবিজয়গী মিংবু স্থিতি কৌযি। বৈকুণ্ঠ-গী অর্থদি ভগবান্ হায়বনী, বিজয়গী অর্থনা উৎকর্ষ ( হেন গৎপা ) হাযবনী। শেম্নবা পোৎপুম্বগী ঙাকশেন বা থবক তৌবা মরম্না লৈশেম্বা ব্রহ্মাদগীসু অদুগা পোৎশী পোলোইশন বা ( প্রলযকর্ত্তা ) শম্ভুদগীসু ভগবান-না হেল্লী হায়বসিবু স্থিতি কৌয়ি। **পোষণ**—ঈশ্বরনা ভক্তবু চান বীবরু পোযণ কৌযি। **মন্বন্তর**—মন্বন্তর খুদিংদা মনু নচিংবা ঈশ্বরগী অচান বা সাধুশিং-গী চরিত্রগী মশক ওইবা ধর্ম্মগী মমিংবু মন্বন্তর কৌয়ি। **ঊতি**—প্রাকৃত অমসুং প্রাকৃত-নত্তবা কর্ম্মদগী পোক্লকপা বাসনাবু ( অপাম্ববু ) ঊতি কৌযি। **ঈশানুকথা**—আখ্যান ( ৱাৰী ) মথল-মথানা মছা নোযহল্লবা ভগবৎ-অবতাব পুন্নগী অমসুং মাগী ভক্তশিংগী মবমদা ওইবা বাৰীবু ঈশানুকথা কৌযি। **নিরোধ**—মহাপ্রলযদা সৃষ্টিগী শক্তি পুম্নমক লোই-শন-খোমজন বা, মর্সীবু শ্রীহবিনা চেপ্পা (শ্রীহরিগী শয়ন) কৌযি, মাগী মাগী উপাধিগা লোযননা জীবশিংনা শ্রীহবিদা চঙশল্লী, মসিবু জীবশিংগী অনুশযন ( তুংদা যাহিপ্পা ) কৌযি। **মুক্তি**—মাযাদা থুরবা জীবনা স্থূল ( অপোৰা ) অমসু, সূক্ষ্ম ( অকূপ্পা ) দেহদগী অমসু, মন-দগী লাম্থোক্লগা শুদ্ধজীবস্বরূপ ওইনা নত্রগা ভগবান গী পার্ষদ ওইনা লৈববু মুক্তি কৌয়ি। ভগবৎ স্বরূপকা হাকথেংননা উনদ্রবদি জীবনা শুদ্ধজীব ওইনা লৈবা যাদে হাযবদি মাযাদগী মুক্তি ফংবা যাদে। মবমতুনা মুক্তি ( লাম্থোকপা ) হায়বসীনা ভগবান গা হাকৃথেঙনববু খঙহল্লী।

**আশ্রয়**—মহাক্না বিশ্বগী থোরকৃফম অমসুং থুপচন্ফম ওইবা অম সুং মডোন্দগী বিশ্বসিনা প্রকাশ ফংল্লিবা—মহাক অদুগী মিং আশ্রয় ( চঙজফম, তূঙফম ) কৌযি। কনা অমনা মহাকপু ব্রহ্ম কৌযি, কনা অমনা মহাকপু পরমাত্মা কৌযি, কনামনা মহাকপু ভগবান কৌযি। পরিচ্ছেদ-সীদা যাওরিবা তুংথংবা **দশমে দশমং**-নচিংবা শ্লোক অসিদগী খঙবা ঙমগদবদি—শ্রীকৃষ্ণমক আশ্রয়-তত্ত্বসীনী—হায়বা অসীনী।

তরাসী মহাপুরাণ অমগী লক্ষণ-নী, হায়বদি পোৎ তবাসিগী মরমদা নৈনরিবা পুরাণ অদুবু মহাপুরাণ কৌবা য়ায়। শ্রীমদ্ভাগবতসিদা পোৎলম তরাসিবু নৈনরি। পোৎলম তরাসী মহৈ মহৈ তোঙান্নরবসু পুরাণ অমত্তদা

হীরম পুন্নমকসী নৈনবত্থ নাতৈ-চাদবা ওইদে, মরমদি তরাশুবা পোংতি আশ্রয়-তত্ত্বনী অতুগা অহানবগী পোংলম মাপন্সিনা আশ্রিত-তত্ত্বনী ( চঙজরকপা পোৎনী ), মরমহনা অহানবা পোংলম মাপন্সিগী মশক খঙ-ন্রবদি তরাশুবা পোং আশ্রয়-তত্ত্বগী মশক খঙবা ঙম্মোই। অদুগনু আশ্রয় তত্ত্বগী স্বরূপ খঙবা হাযবসিনা শাস্ত্র পুন্নমক্কী অমতা-ঙায়বা লক্ষ্য-নী। মবমতুনা তরাশুবা পোং ( দশম পদার্থ ) আশ্রয় তত্ত্বগী স্বরূপ খঙননবা হাযতুনা বিদুব মৈত্রেযনচিংব৷ মহাত্মাশিংনা সর্গ বিসর্গ-নচিংবা পোংলম তরাগী মশক ( স্বরূপ ) লীবিবনী, মখোযন৷ লীরম্বসী ( বর্ণনা তৌরম্বসী ) করি করিগুম্বা মফমদনা ভগবানগী গুণ শক-শোনবা মতমদা কণ্ঠগী খোম্থোক্ত৷ ভগবানবু খঙহনবা শব্দনা সাক্ষাৎ ওইনা, অতুগা অমুক করি করিগুম্বা মফমদনা উপাখ্যান ( ৱারী-মচা ) পুথোক্তুনা অতুগী তাৎপর্য্য ওইব৷ অর্থ ওইনা বর্ণনা তৌরম্মী।

পোংলম তরাসিগী মনুঙদা আশ্রয হায়বসিনা পুঙথোয থোইবনী, মরমদি মসিন৷ পোংলম মাপন্সিগী আশ্রয-নী ( তুঙফম্নী )। মরমসিনা আশ্রয তত্ত্ব ওইবা মহাক্তি—প্রাকৃত খঙদে প্রাকৃত-নত্তবা খঙদে মফম অনীসিদা লেবিবা পুন্নমক্কী আশ্রয নী, মরমতুনা মহাক্ত৷ খ্বাই পুন্নমক্তগী অথোযবা তত্ত্বনী।

## মুল ৯২

আশ্রয জানিতে কহি এ নব পদার্থ।

এ নবের উৎপত্তি হেতু সেই আশ্রয়ার্থ ॥ ৯২ ॥

## শব্দার্থ

আশ্রয—পুঙলোয হেক লোযবদা ওইরিবা চঙজফম, জানিতে—খঙননবা, কহি—হাযবি ( ঐনা ), এ—মসী, নব—মাপল, পদার্থ—পোং, এ—মসী, নবের—মাপনগী, উৎপত্তি—থোরকপগী, হেতু—মরম, সেই—মাদো, আশ্রয—আশ্রয়নী, অথ—অর্থনী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( তরাশুবা পোংলম ) আশ্রয়গী স্বরূপ খঙননবা হাযতুনা পোংলম মাপন্সিগী ৱা ঐনা হাযবনী। মাপন্সিগী হোৎরকফম্নু মখোয়গী আশ্রয় ( তুঙফম ) কৌয়ি।

## মূল ৯৩

কৃষ্ণ এক সর্ব্বাশ্রয়, কৃষ্ণ সর্ব্বধাম।
কৃষ্ণের শরীরে সর্ব্ব-বিশ্বের বিশ্রাম ॥ ৯৩ ॥

### শব্দার্থ

কৃষ্ণ—শ্রীকৃষ্ণ, এক—অমতনা, সর্ব্ব—আশ্রয়—লোইনমক্কী আশ্রয়নী, কৃষ্ণ—শ্রীকৃষ্ণনা, সর্ব্বধাম—লোইনমক্কী মযুম্নী, কৃষ্ণের—কৃষ্ণগী, শরীরে—হকচাঙদা, সর্ব্ব-বিশ্বের—বিশ্ব পুম্নমক্কী, বিশ্রাম—লৈফম্নী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণ মথন্তনা লোইনমক্কী আশ্রয়নী অমসুং ধাম-নী (যুম্নী)। বিশ্বজগৎ পুম্নমক মাগী হকচাংমুংদা ভূগুরী।

## মূল ৯৪

দশমে দশমং লক্ষ্যমাশ্রিতাশ্রয়বিগ্রহম।
শ্রীকৃষ্ণাখ্যং পরংধাম জগদ্ধাম নমামি তৎ ॥ ৯৪ ॥

### শব্দার্থ

দশমে—তরাশুবা স্কন্ধ, দশমম—তরাশুবা পোৎলম্ আশ্রয়বু, লক্ষ্যম—উনগাই আশ্রিত—চঙজবশিংগী, আশ্রয়—চঙজফম; বিগ্রহম্—মূর্ত্তি, দেহ, শ্রীকৃষ্ণ-আখ্যম্—শ্রীকৃষ্ণ হায়না খঙনবা, পরং—পুঙথোয থোইবা, ধাম—যুম, জগৎ ধাম—জগৎশিং পুম্বগী মযুম, নমামি—ঐনা খুরুমজে, তৎ—মহাকপু।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

আশ্রিতশিংগী (চঙজবশিংগী) চঙজফম বিগ্রহ ওইরিবা, পুম্নমক্কী মূল আশ্রয় ওইরিবা জগৎশিং পুম্বগী আশ্রয় ওইরিবা শ্রীমদ্ভাগবতম্গী দশম স্কন্ধগী অতম্নফম (লক্ষ্য) ওইরিবা—শ্রীকৃষ্ণ কৌবা তরাশুবা পোৎলম (আশ্রয়তত্ত্ব) অদুবু ঐনা খুরুমজরি।

## নৈনমরোল

শ্লোকসী শ্রীধরস্বামীনা দশম স্কন্ধগী প্রথম অধ্যাযগী অহান্‌বা শ্লোকগী মরমদা তৌবা টীকাদগী লৌখৎলক্কপনী। সক্ষ্যম হায়বদি নৈননঙাই হাযবদি অতম্নফম ওইবা হাযবনী ; শ্রীকৃষ্ণ অমসুং শ্রীকৃষ্ণলীলানা শ্রীমদ্ভাগবতম্‌গী দশম স্কন্ধগী নৈনরিবা পোৎনী। দশমম্—তরাশুবা পোৎ আশ্রয-তত্ত্ব হাযবনী। শ্রীধরস্বামীনা শ্রীকৃষ্ণবুতা আশ্রয-পদার্থসিনী হাযরম্মী। কবম্না ওইরিবনো হাযববু—শ্রীকৃষ্ণদি আশ্রিতাশ্রযবিগ্রহ-নী, পরম ধাম নী, অদুগা জগদ্ধাম-নী।

আশ্রিতাশ্রযবিগ্রহ—মাগী হকচাঙনা চঙজরক্‌পশিংগী (আশ্রিতশিংগী) আশ্রয ওইবা হায়বনী। আশ্রিত শব্দনা খঙহল্লিবদি সঙ্কর্ষণ-নচিংবদগী হৌবদুনা জগৎকী হেক থোবকফম ওইবা পূম্নমকপুনী। মখোয় লোইনমক শ্রীকৃষ্ণগী আশ্রিতনী ( চঙজবনী ) অদুগা শ্রীকৃষ্ণনা মখোযগী আশ্রয-নী ( চঙজফম, তূঙফম হাযবদুনী ), শ্রীকৃষ্ণগী হকচাঙদা (বিগ্রহদা) মখোযনা আশ্রয ফংজে হাযদুনা শ্রীকৃষ্ণসে আশ্রিতাশ্রয় বিগ্রহনী ( চঙজবশিংগী চঙজফম হকচাঙনী )। পরমধাম—মক্ত ওইবা আশ্রয হাযবনী। সঙ্কর্ষণ-নচিংবদগী হৌরদুনা মহাক বিশ্বগী আশ্রযনী ( তূঙফম্নী, চঙজফম্নী )। শ্রীকৃষ্ণদি সঙ্কর্ষণ-নচিংবগী আশ্রয়নী, মরমদুনা শ্রীকৃষ্ণদি বিশ্বগী মক্ত ওইবা আশ্রযনী হাযবদি পরম ধাম-নী। ভগবৎ স্বরূপ লোইনমক, ভগবদ্ধাম, পরিকর-নচিংবা থোবকপদি শ্রীকৃষ্ণ অমসুং শ্রীকৃষ্ণগী শক্তিদগী থোরক্‌পনী, মরমদুনা পূম্নমক্‌সিগী মূল আশ্রযদি শ্রীকৃষ্ণনী। মরমসিনা প্রাকৃত অমসুং অপ্রাকৃত-নওবা লমদম পূম্নমক্কী মূল আশ্রয়দি শ্রীকৃষ্ণনী। জগদ্ধাম—জগৎ পূম্বগী আশ্রয হায়বনী। শ্রীকৃষ্ণতদগী জগৎ থোরক্‌প নী, শ্রীকৃষ্ণদদা জগৎ লৈরিবনী, মরমদুনা শ্রীকৃষ্ণতনা জগৎকী আশ্রয নী।

আশ্রিতগী আশ্রয় ওইবা বিগ্রহ, পরমধাম অমসুং জগদ্ধাম হায়বা শব্দশিংসিনা তাক্‌পদি সর্গ-নচিংবা পোৎলম মঙাগী থোরক্‌পগী অহৌবা আদিদি শ্রীকৃষ্ণদনী।

শ্লোকসিদা য়াওরিবা পরং-ধাম হাযবা শব্দগী খঙবা ওম্বদি, ভগবৎ স্বরূপ লোইনমক্কী- পরব্যোমাধিপতি নারায়ণগীসু—শ্রীকৃষ্ণনা আশ্রয়নী, মরমসিনা শ্রীকৃষ্ণদি নারাযণগী অবতার ওইবা যাদে। মবমসিনা পূর্ব্বপক্ষগী অকায়বা মত অদু কক্লবনী।

## মুল ৯৫

কৃষ্ণের স্বরূপ, আর শক্তিত্রয়-জ্ঞান।
যাঁর হয়, তাঁর নাহি কৃষ্ণেতে অজ্ঞান ॥ ৩৫ ॥

## শব্দার্থ

কৃষ্ণের—শ্রীকৃষ্ণগী, স্বরূপ—মশক, আব—অদুগা, শক্তিত্রয়—শক্তি অহুমকী, জ্ঞান—খঙবা, যাঁর—মহাকী, হয়—ওই, তাঁর—মহাকী, নাহি—লৈতে, ওইদে, কৃষ্ণেতে—কৃষ্ণদা, অজ্ঞান—খঙদবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণগী স্বরূপকা মহাকী শক্তি অহুমগবু খঙলবা মীতুনা শ্রীকৃষ্ণগী মরমদা খঙদবা অমতা লৈত্রে।

## নৈনরোল

হৌজিক কনাগুম্বনা হংবা য়াই—শ্রীনারায়ণ-না শ্রীকৃষ্ণগী আশ্রিত ওইরবদি কনা কনাগুম্বনা শ্রীকৃষ্ণবু নারায়ণগী অবতার-নী হায়রিবা করিগীনো ? আশ্রয় ওইবা পোৎনা আশ্রিত ওইবা পোৎকী অবতার কদৌউৈদা ওইবা য়াদে, মরমদি আশ্রিত-দগী আশ্রয় ওইবনা প্রধান ওইরিবনী। রাহংসিগী পাওখুম ওইনা নৈনবিবা পয়াবসিদা হায়রি মতুদি—শ্রীকৃষ্ণগী স্বরূপতত্ত্ব খঙদবশিংনা শ্রীকৃষ্ণগী শক্তি-তত্ত্ববুসু খঙদে, খঙদবশিংসিনা ওন্ন তৈনবা রারেপ তারিবনী। শ্রীকৃষ্ণ-স্বরূপকী অদুগা মহাকী শক্তিগী তত্ত্ব খঙবশিংনা অসিগুম্বা ওন্নতৈনবা রারেপ ( অপসিদ্ধান্ত ) তাদে।

**কৃষ্ণের স্বরূপ**—শ্রীকৃষ্ণগী শকউৎ (আবির্ভাব), শ্রীকৃষ্ণনা আত্ম-প্রকট ( মছাবু উৎপা ) তৌবদা ওইবা ভগবৎ-স্বরূপশিংবু হায়রিবনী। **শক্তিত্রয়**—শ্রীকৃষ্ণগী শক্তি অহুম্নী, অন্তরঙ্গা চিচ্ছক্তি, বহিরঙ্গা মায়া শক্তি, অমসুং তটস্থা জীবশক্তি—অহুমসী শ্রীকৃষ্ণগী শক্তিনী। **জ্ঞান**—খঙবা হায়বিবনী। শ্রীকৃষ্ণগী স্বরূপ-তবু খঙবা অমসুং শক্তি অহুমসু খঙবা হায়বনী। **কৃষ্ণেতে অজ্ঞান**—শ্রীকৃষ্ণবু খঙদবা, শ্রীকৃষ্ণগী মরমদা তশেংবা খঙবা রাৎপা হায়বনী, হায়বদি শ্রীকৃষ্ণবু নারায়ণগী অবতার-নী হায়দুনা খঙদবা ওইবা অদুবু অজ্ঞান হায়বনী।

শ্রীকৃষ্ণগী তত্ত্ব খঙবা মী, লীলা শাস্ত্রগী মতমদা শ্রীকৃষ্ণনা ওইবা

ভগবৎস্বরূপশিং লৌদুনা অনাদিকাল-দগী আত্ম-প্রকট তৌরকপগী রা শুনা খঙবা মী অদুনা—শ্রীনারায়ণদু শ্রীকৃষ্ণগী থোইদোকপা বিলাসগী মশক ওইবা অংশনী—হায়বদু খঙঙী। মরমসিনা শ্রীনারায়ণদি শ্রীকৃষ্ণগী আশ্রিত-তনী। মবমদুনা শ্রীকৃষ্ণনা নারায়ণগী অবতার ওইবা য়াদে। অদুগা শ্রীকৃষ্ণগী শক্তি অহুমগী তত্ত্ব খঙবা মীনা—প্রাকৃত প্রপঞ্চসী (পঞ্চ-ভূতকী মহোশাসী) শ্রীকৃষ্ণগী মায়াশক্তিগী থবক্নী, জীব পূম্বনা শ্রীকৃষ্ণগী তটস্থা শক্তিগী অংশনী, অদুগা ভগবদ্ধাম, ভগবৎপরিকর-নচিংবা পূম্নমক শ্রীকৃষ্ণগী চিচ্ছক্তিগী হায়বদি স্বরূপশক্তিগী বিলাসনী (শকউৎনী)—হায়বা খঙঙী। মবমসিনা শ্রীকৃষ্ণনা মখোয় লোইনমক্কী মকুনী (মূল) নত্রগা তূঙফম্নী (আশ্রয়নী)। মতৌ অসূম্না ভগবৎ-স্বরূপ লোইনমক্কী, প্রাকৃত অমসুং প্রাকৃত-নত্তবা ধাম পূম্নমক্কী অমসুং ধামশিংদুদা লৈরিবা পোৎ পূম্নমক্কী আশ্রয়দি শ্রীকৃষ্ণ মথন্তনী, মবমদুনা শ্রীকৃষ্ণদি সর্ব্বাশ্রয়নী (পূম্নমক্কী চঙজফম-তুঙফম্নী), পরমধাম নী।

## মূল ৯৬

কৃষ্ণের স্বরূপের হয় ষড় বিধ বিলাস।
প্রাভব-বৈভব রূপে দ্বিবিধ প্রকাশ॥ ৯৬॥

## শব্দার্থ

কৃষ্ণের—শ্রীকৃষ্ণগী, স্বরূপের—স্বরূপকী, হয়—ওই, ষড় বিধ—মখল তরুক্কী, বিলাস—শান্নবগী শকউৎ, প্রাভব-বৈভব-রূপে—প্রাভব অমসুং বৈভব ওইনা, দ্বিবিধ—মখল অনীগী, প্রকাশ—শকউৎ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণনা মখল তরুক্কী শকউৎতা মাগী স্বরূপ উৎলী, অদুগা মাগী মখল অনীগী শকউৎনা প্রাভব অমসুং বৈভব-নী।

## নৈনরোল

শ্রীকৃষ্ণগী স্বরূপ কবিনো হায়রবদু মূল ৯৭—৯৯ অসিদা তাক্লিবা মহা-মক্কী রূপ অদু নত্তনা অতোপ্পা রূপ তরুক অমদা শ্রীকৃষ্ণনা বিহার তৌয়ি। কবিরাজ গোস্বামীগী মত মতুং ইন্না শ্রীকৃষ্ণগী হায়রিবা রূপ তরুক্তি অসীনী—প্রাভব, বৈভব, অংশ, শক্ত্যাবেশ, বাল্য, পৌগণ্ড। হায়রিবা শকউৎ

( আবির্ভাব ) মখল তব্বকসিগী মন্নংদা ভগবৎ স্বরূপ পূম্নমক চল্লে হায়না খল্লী। শ্রীকৃষ্ণগী স্বরূপ পূম্নমক শুনা খণ্ডদবা কনা কনাগুম্বনা শ্রীকৃষ্ণবু নাল্লা য়ণগী অবতারনী হায়রিবনী হায়না কবিরাজ গোস্বামীনা খল্লী, মরমতুনা মহাক্না শ্রীকৃষ্ণগী স্বরূপ পূম্নমক শুনা তাকে তৌরিবনী।

লঘুভাগবতামৃতগী মত মতুং ইন্না স্বয়ং রূপ-না লীলাগীদমক মাগী রূপকা মান্নবা মূর্ত্তিদা আত্মপ্রকট ওইরবা মতমদা মূর্ত্তি মযামতুবু স্বয়ংরূপকী প্রকাশ কৌযি। কবিরাজ গোস্বামীন্না প্রকাশ অসিবু যারম্মী, যাবতুনা প্রকাশবু মখল অনী থোক্লা খায়রম্মী, মতুদি— বৈভব প্রকাশ অমসুং প্রাভব-প্রকাশ। রাসলীলাদা অতুগা মহিষী লুহোংবদদা উৎখিবা শ্রীকৃষ্ণগী মূর্ত্তি মযামতু শ্রীকৃষ্ণগী বৈভব প্রকাশ-নী অতুগা শ্রীবলরাম না প্রাভব-প্রকাশনী। দ্বারকাদা শ্রীকৃষ্ণনা চতুর্ভুজ ওইবা মতমদা মহাক প্রাভব প্রকাশনী। দেহ অমতদা লৈবগা কুচুদা নত্রগা কায়াৎ পানখৎপদা খেন্নবা খবদ, লৈবগা প্রাভব প্রকাশ ওই, মসী কবিরাজ গোস্বামীগী মত-নী। লঘুভাগবতামৃতগী যুগাবতার প্রকরণগী মতাঙ অমগী টীকাদা শ্রীবলদেব বিদ্যাভূষণপাদনা ইরম্মী—প্রাভব-তনা শক্তি য়াংলী, বৈভব-তনা শক্তি হেল্লী।

কবিরাজ গোস্বামীনা অমূক বিলাস-বু মখল অনী থোক্লা লৈ হায়রম্মী। মতুদি—প্রাভব-বিলাস অমসুং বৈভব-বিলাস। বাসুদেব সঙ্কর্ষণ, প্রদ্যুম্ন, অনিরুদ্ধ-নচিংবসী বৈভব-বিলাসনী। অতুগা কেশব নারায়ণ, মাধব নচিংবা মূর্ত্তি কুম্মরিনা প্রাভব-বিলাসনী।

নৈনরিবা পয়ারগী বৈভব শব্দনা বৈভব প্রকাশ অমসু, বৈভব বিলাস-অতুগা প্রাভব শব্দনা প্রাভব-প্রকাশ অমসুং প্রাভব-বিলাস-বু হায়রিবনী কবিরাজ গোস্বামীনা।

## মূল ৯৭

অংশ—শক্ত্যাবেশরূপ দ্বিবিধাবতার।
বাল্য পৌগণ্ড ধর্ম্ম দুই ত প্রকার ॥ ৯৭ ॥

## শব্দার্থ

অংশ—চানাও-শূনাও, শক্তি-আবেশ—শক্তি চঙবা, রূপে—মওংদা, দ্বিবিধ—মখল অনী; অবতার—শান্নোন, বাল্য—চহী মঙাশুবা ফাওবগী মতাঙ, পৌগণ্ড—বাল্যগী চহী তরাশুবা ফাওবগী মতাঙ;

ধর্ম্ম—শ্রীকৃষ্ণগী দেহগী লৈচং, তুই—অনী, ত—লেপমক, প্রকার—মখল।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অংশ হায়বা অমা শক্ত্যাবেশ (শক্তি চঙবা) হায়বা অমা—অবতার মখল অনী-নী। চহী মতাঙনা বাল্য অমস্তুং পৌগণ্ড অনীসীদা শক্উংলী।

### তৈননরোল

**অংশ** হায়রিবসী লঘুভাগবতামৃতদা হায়রিবা **স্বাংশ** ( মছামক্কী মশূঙ ) অদুগা অমতনী। বিলাস রূপকা মান্নবা হায়বদি মছামক্কী রূপকা মান্নরগা বিলাস-দগী শক্তি হ্রাংনা ফোঙদোকপা অদুবু স্বাংশ কৌয়ি, মদুদি মাগী মাগী ধামদা লৈবিবা সঙ্কর্ষণ-নচিংবা পুরুষাবতার অমস্তুং মৎস্যনচিংবা লীলাবতারশিং।

**শক্ত্যাবেশ** হায়বিবসিস্তু লঘুভাগবতামৃতগী **আবেশ** অদুগা অমতনী। জ্ঞান শক্তি-নচিংবা খায়দ্বুনা জনার্দ্দন-না মহত্তম ওইবা জীবদা চঙদুনা লৈবা অদুবু **আবেশ** ( লাইতোংবা ) কৌয়ি। মদুদি— বৈকুণ্ঠদা নারদ, শেষ অমস্তুং সনক-নচিংবা। অক্রুর-না যমুনা ইবোম্নুদা লূপ্লগা বৈকুণ্ঠ উবা মতমদা মহাক্না শেষ, নারদ অমস্তুং চতুঃসন-নচিংবু উখিবম্মী হায়না শ্রীমদ্ভাগবতমগী দশম স্কন্ধগী ৩৯-শুবা অধ্যায়দা হায়রি।

**বাল্য পৌগণ্ড ধর্ম্ম**—বাল্য অমস্তুং পৌগণ্ড কৌবা দেহ ধর্ম্ম ( লৈচং )। অঙাঙনা পোকপদগী চহী মঙাশুবা মতাঙ ফাওববু বাল্য কৌয়, অদুগী মতুংদা চহী তরাশুবা মতাঙ যাওববুনা পৌগণ্ড কৌয়ি। দেহনা ধর্ম্মী ( ধর্ম্ম-চংপা ) অদুগা চহী মতাঙ মতুং ইন্না দেহগী মওং ওল্লক-পদুব দেহগী ধর্ম্ম ( লৈচং ) কৌয়ি। নিত্যলীলাদা অনাদি কাল-দগী শ্রীকৃষ্ণদি কিশোর-নী (চহী তরামঙা-তরাক্কী মতাঙ পাখংমচানী), মসিনা মছাগী শক ( স্বরূপ ) অশেঙবনী। কিশোর স্বরূপসিদা বাল্যগা পৌগণ্ডগা অনী উৎপা যারা নত্তে। প্রকট-লীলাদা জন্মলীলা ( পোকপগী মতৌ ) ফোঙদোক্লুনা শ্রীকৃষ্ণনা নব-শিশু ( মীওইবা জাৎকী অঙাঙ ) ওইনা লেঙবিরক্খি অঙাঙ ওইবগী হক্চাঙসিনা মথং-মনাও নাইনা শান্নরক্পা লীলাদা অসুম অসুম হোম হোম চাওখৎলক্লুনা বাল্য অমস্তুং পৌগণ্ড ওইরকপা য়ারক্লিবনী। মতৌসুম্না মছাগী ওইনা লৌশন্বা বাল্য অমস্তুং

পৌগণ্ডসী শ্রীকৃষ্ণগী বিগ্রহগী ( হকচাঙগী ) ধর্ম্ম-নী (লীচৎনী)। প্রকট-লীলাদা শ্রীকৃষ্ণনা বাৎসল্যরস ( মচা ওইবগী প্রেম রস ) চূপকে হায়রতুনা বাল্য ধর্ম্মবু অমসুং সখ্যরস ( মরূপ-মপীজা ওইবগী রস ) চূপকে হাযদুনা পৌগণ্ড ধর্ম্মবু লৌশনখিবনী।

**ধর্ম্ম দুই ত প্রকার** হাযবদি শ্রীকৃষ্ণগী বিগ্রহগী ( হকচাঙগী ) ধর্ম্মদি মখল অনীতনী মতুদি—বাল্য অমসুং পৌগণ্ড। মীওইবগী হকচাঙগী ধর্ম্মদি মখল যাম্মী মতুদি—বাল্য, পৌগণ্ড, কৈশোব, যৌবন ( মথোক-কাবা পাখঙগী মতাঙ ), প্রৌঢত্ব (মীযাই-চনবা মতাঙ), বার্দ্ধক্য (হনুবগী মতাঙ), রুগ্নত্ব (মন্দুনা নাববা মতাঙ) অসিনচিংবা, অতুবু শ্রীকৃষ্ণগী হক-চাঙগী ধর্ম্মদি অনীখক্তনী, মতুদি—বাল্য অমসুং পৌগণ্ড। এতমগী মতাঙ চানা হক্‌চাঙদা থুংলবগা অমুক মতম ওইরক্‌পগা হকচাঙদগী চৎখিবা অতু হক্‌চাঙগী লীচৎনী (ধর্ম্মনী। মীওইবগী হকচাঙদা বাল্য-নচিংবসা মতম পূম্বগা (নিত্য) ওইনা লৈতে, হক্‌চাঙগী ফীভম খুদিংমক মতম ওইবক্‌পদা লাক্‌যি অতুগা অমুক মতম ওইরগা চৎখি, অতুনা বাল্য-নচিংবা ফীভম পুম্বসী মীওইবগী হকচাঙগী ধর্ম্মনী। শ্রীকৃষ্ণগী কৈশোব (কিশোর—পাখঙ-মচা ওইবগী মতাঙসী) নিত্যনী, মতমপুম্বদা ওইবিবনী। মসী লাক্লগা মাঙ-খিবা হায়বতু তৌদে। মরমতুনা কৈশোরদি শ্রীকৃষ্ণগী হকচাঙগী ধর্ম্ম নত্তে। শ্রীকৃষ্ণগী কৈশোরদি ধর্ম্মীনী, মবমদি নিত্য ওইবা কৈশোরদা বাল্যগা পৌগণ্ডগা থোরক্‌পনী। বাল্য পৌগণ্ড-দি শ্রীকৃষ্ণগী বিগ্রহদা ( প্রকট-লীলাদা ) থুংলবগা অমুক মাঙখি, মবমসিনা বাল্য পৌগণ্ডদি শ্রীকৃষ্ণ-বিগ্রহগী ধর্ম্মনী। প্রৌঢত্ব, বার্দ্ধক্য, রুগ্নত্বনচিংবনা সচ্চিদানন্দ শ্রীকৃষ্ণবিগ্রহ-দা লৈবা যাদবনা মখোযসী শ্রীকৃষ্ণগী বিগ্রহগী ধর্ম্ম নত্তে, ধর্ম্মীসু নাত্তে। মরমসিনা শ্রীকৃষ্ণগী হকচাঙগী ( বিগ্রহগী ) ধর্ম্মদি অনীতনী, মতুদি—বাল্য অমসুং পৌগণ্ড।

## মূল ৯৮

কিশোরস্বরূপ কৃষ্ণ স্বয়ং অবতারী।
ক্রীডা করে এই ছযরূপে বিশ্ব ভরি ॥ ৯৮ ॥

## শব্দার্থ

কিশোর-স্বরূপ—মামক্কী অওইবা শক্তম্‌দি কিশোরগী (চহী ১৫ ১৬ কী ওইবা পাখঙমচাগী) শক্‌ফম্নী, কৃষ্ণ—শ্রীকৃষ্ণ, স্বযং—মছামক, অবতারী

—অবতারশিংগী থোরকফম্, ক্রীডা—শান্নবা, করে—তৌয়ি, এই—মসী, ছয়রূপে—শক্তম তরাক্তা, বিশ্ব—বিশ্বজগৎ, ভরি—(চান্দুনা) য়োক্তুনা।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

কিশোর-স্বরূপ ওইবা শ্রীকৃষ্ণদি স্বয়ং অবতারনী (অবতার পুম্নমক্কী) থোরকফম্নী। বিশ্বজগৎপু যোক্তুনা রূপ তরাক্তীদা লীলা শান্নৈ।

## নৈনরোল

**এই ছয়রূপে**—রূপ তরাক্সিদা হায়রবদি প্রাভব, বৈভব, স্বাংশ, শক্ত্যাবেশ, বাল্য, পৌগণ্ড কোবা রূপশিংসীদা হায়রবনী। **বিশ্ব ভরি** হায-বদি বিশ্বজগৎপু য়োক্তুনা হায়রবনী। শ্রীকৃষ্ণনা রূপ তরাক্সিদা বিশ্ববু য়োক্পী-চান্বী, পুরুষাবতার ওইনা প্রকৃতিবু লাওহল্লগা মহৎতত্ত্বন-চিংবা থোক্-হন্দূনা বিশ্ব-পুম্বব সৃষ্টি তৌরগা ডাক্পী, যুগাবতার-নচিংবা ওইনা নোং-গুম্লগা নত্রগা স্বযং মছামক লেংবিরক্তুনা (প্রাভব অমসুং বৈভব রূপ-দা) ফত্তবশিংবু নম্হৎপীতুনা ধর্ম্মনচিংবনা মরাম চাযথরকপদগী বিশ্বজগৎপু কন্বী ডাক্পী, ভক্তি অশেঙবা শন্দোকপী অমসুং খৌরাংলবা সাধকশিংদা শক্ উৎপীতুনা মখোযগী প্রেমদগী পোক্পা আনন্দবু হেঙ্গৎহন্দুনা বিশ্ববু চানবীবম্মী। **ভরিয়া** হাযবদি **পোষণ** তৌতুনা হায়রবনী—**পোষণ** হাযবদি **চান্বীবা** ( যোকপীবা ) হায়রবনী।

## মুল ৯৯

এই ছয়রূপে হয় অনন্ত বিভেদ।
অনন্তরূপে একরূপ, নাহি কিছু ভেদ ॥ ৯৯ ॥

## শব্দার্থ

এই—মসী, ছয়রূপে—শক্তম তরাক্সিদা, হয়—ওই, অনন্ত—মশীঙ-নাইদবা, বিভেদ—মখল মথেল, অনন্ত রূপে—ঙমখৈনাইদ্রবা শক্তমশিংসিদা, একরূপ—শক্তম অমতনী, নাহি—লৈতে, কিছু—কৈছু, ভেদ—খেন্নবা।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

শক্তম তরাকসিগী মনুঙদা শীঙনাইদবা মখল-মথেন লৈ। শীঙলাক্ঙম্দবা রূপ ওইরবসু মখোয অমতনী, মখোয়গী মরক্তা খেন্নবা লৈতে।

**তৈমনস্লোল**

শ্রীকৃষ্ণগী শক তব্বক হায়বদি প্রাভব, বৈভব, স্বাংশ, শক্তি-আবেশ, বাল্য অদুগা পৌগণ্ড হায়বা অসিগী মনূংদা মশীং নাইদবমখৈ বিভেদ ( মখল মথা ) লৈ। প্রাভব-নচিংবা ভগবৎ-স্বরূপকী শাখা-উপশাখা (মশা-মরেং) য়াম্না লৈরি, মশা-মরে, খুদিংমক্তা ভগবৎ-স্বরূপ লৈ। খুদম ওইনা হায়রগা, প্রাভবকী মনূংদা প্রাভব-প্রকাশ, প্রাভব-বিলাস, প্রাভব-যুগাবতার, বিলাসগী মনূংদা অমুক বিলাসগী বিলাস, মদুগীসু বিলাস-নচিংবা লৈ। বৈভবকী মনূংদা বৈভব-প্রকাশ, বৈভব বিলাস, বৈভব-যুগাবতার, স্বাংশগী মনূংদা পুরুষাবতার, লীলাবতার, গুণাবতার, অবতারগী মনূংদা অমুক যুগাবতার, মন্বন্তরাবতার-নচিংবা তোঙানবা মখল কয়া মশীং নাইদবমখৈ লৈ অদুগা ভগবৎস্বরূপকী মশীং যাম্মী।

**অনন্তরূপে**—শীংলাক ঙমদবা মওংদা হায়বদি মৎস্য কূর্ম-নচিংবা ( ঙা-অমদি থেঙ্গুনচিংবা ) শীংলাক-ঙমদবা স্বরূপ-তা হায়বনী। মৎস্যন-চিংবা অনন্ত স্বরূপ না শীংলাক-ঙমদবা তোঙান তোঙানবা মূর্ত্তিদা লীলা শান্নরবসু মখোয় খুদিংমক অমতা ঙাযবা শ্রীকৃষ্ণগী আবির্ভাব-নী হায়দুনা মূল শ্রীকৃষ্ণস্বরূপতগী তশেংবদি মখোয়শিংদুগী থেন্নবা করিমতা লৈতে। লীলা-দা তোঙানবা মূর্ত্তি লৌরবসু স্বরূপকী হায়রবদি মখোয় তোঙান তোঙানবা নত্তে, মখোয় স্বয়ংসিদ্ধ নত্তে। মবমদুনা মখোয় শীংলাক-ঙমদবা স্বরূপশিংগী ক্রীডা ( শান্নবা ) ওইরবসু শ্রীকৃষ্ণ মথন্তগী ক্রীডা ঙাক্তনী। শ্রীকৃষ্ণদি মছা মক অবতারী (অবতার পুম্নমক্কী থোরক্ফম) ওইবা মবম্না মহাক্কী মীওইবনা লাম্বা-ফংদবা শক্তিগী মপান্না মতম অমতদা শীংলাক ঙমদবা মূর্ত্তি লৌবগা ক্রীড়া তৌযি। শ্রীকৃষ্ণদি অদ্বয়জ্ঞান তত্ত্বনী ( একমেবাদ্বয়ম—অমতা ঙাযবা অনীশুদবা পোৎনী—শ্রুতি )। মহাক্কি মথন্ত-ঙাযবা পোৎনী, অদুবু অমতা-ঙাযবা পোৎ ওইরবসু মহাক্কী অচিন্ত্য-শক্তিগী মপান্না অমতা-ঙাযবা হায়বদু থাদোক্লগা মূর্ত্তি মযাম ওইনা মছাবু উৎলী ( একোঽপি সন্ বহুধা যো বিভাতি—অমতা-ঙাযবা ওইরবসু রূপ মযাম থোক্নুনা ঙাল্লিবা মহাক্কী —গোপালতাপনী শ্রুতি )। মূর্ত্তি অমথক্তদা মহাক্কা বৈদুর্য্যমণিগুম্না মূর্ত্তি মযাম ওইনা ঙালবগুম্ অমুক মূর্ত্তি মযাম ওইন-ওইনমক এক মূর্ত্তিমক্কী ( অমতা ঙাযবা মূর্ত্তিমক্কী—বহুমূর্ত্ত্যেকমূর্ত্তিকম। শ্রীভাগবতম্ (১০/৪০/৭)। নাটক অমা শান্নবা মতমদা অভিনেতা অমনা য়াম্না হৈ-শিংবা ওইরবদি তোঙান্-তোঙান্‌বা মতমদা তোঙান তোঙান্‌বা পাত্রগী ভূমিকা লৌবা

যাই—নিংথৌ অমূক শাবা যাই, অমূক শেল-নংবা—লাইরবা মী শাবা যাই, অমূক পণ্ডিত শাবা য়াই, অমূক মূর্খ শাবা যাই। মানা শারু শারুবা পাত্রশিংদুগী তোঙান-তোঙানবা ফীভমগী ওইফমথোকপা অন্না-মুংঙাইব-নচিংবা থর থর অনুভব তৌরা ঙম্মী, মতৌ অদুগুম্না লীলারস-চূপ্পীঙবা শ্রীকৃষ্ণস্সু লীলা শাম্নফম যম্পাক্না শীঙলাক-ঙমদবা শক্তম মযাম ওইনা উৎলগা ঙমখৈ নাইদবা বস-মথেল চূপ্পী। শ্রীকৃষ্ণগী থোইদোকপা মতৌ হাযববু অসিনী, মীচম্না ওইবা অভিনেতাদি মতম মতমদা তোঙান-তোঙানবা ভূমিকা লৌদুনা অভিনয় তৌবা ঙমদে, মানা লৌরুবা ভূমিকা-দুমক্তস্সু অমতা ওইশনবা ঙমদবনা ভূমিকাদুগী বিষযগা মরী লৈনবা অন্না মুংঙাইবশিংদু মপূঙফানা অনুভব তৌবা ঙমদে। তৌইগুম্বস্সুং শ্রীকৃষ্ণদি মহাক্কী অচিন্ত্যশক্তিগী মপান্না মতম অমতদা মূর্ত্তি মযাম লৌদুনা মছাবু উৎপা ঙম্মী অদুগা স্বরূপ খূদিংমক্কী ওইবা লীলানচিংবস্সু মপূঙফানা আস্বাদন তৌবা ঙম্মী। শ্রীকৃষ্ণদি বিভু ( পূম্নমক শীন্সুংবা ) ওইবা বস্তুনীনা রূপ মযাম লৌরবস্সু এক রূপ ওইরিবনী। ঈশীঙ লৈবা মফমদা পুন অচৌ পিশক, খুজাই, তেঙ্গোংনচিংবা পাত্র মযাম ঈরোম্নুংদা থম্লগা পাত্র পূম্নমক্কু ঈশীঙনা থল্লী, অদুগা পাত্রশিংদুগী মনূঙদা লৈরিবা ঈশীঙদু পাত্রশিংদুগী মওং মতৌ মতুং ইল্লী। পাত্র মযামদুগী ঈশীঙগী মওং তোঙান্-তোঙান্বা ওইনা উরবস্সু পাত্রমুংগী ঈশীঙ অদু তোঙান্ তোঙানবা ঈশীঙ নত্তে, পাত্র পূম্নমক্কী ঈশীঙদো ঈভুংফমদুগী ঈশীঙ ঙাক্তনী। মরমদুনা মখোযদো মওং তোঙান্ তোঙাল্লবস্সু পোৎশক অমতনী, পাত্রশিংদুগী মওং মওংদু তোঙান্বা ওইহনা অমস্সু পাত্রশিংদুগা শম্নরুবা মবমতনা ঈশীঙ অদু তোঙান্-তোঙান্বা ওইনা উবতনী। বিভু ওইবা শ্রীকৃষ্ণগী মরমদস্সু অদুগুম্বনী। মহাক্কী মতম পুম্বদা মফম পুম্বদা লৈ, মহাক্না লীলারস জাংতা জাংতা শাম্ননীঙবা মতুং ইন্না মাগী লীলা শক্তিগী মপান্না শাম্ন-শাম্ননীঙবা মফমদা লীলারসদুগী মতীক চাবা রূপ অদু লৌরগা মদুগী ওইবা ভাব ময়ামদুস্সু পোকহল্লী। মরমদুনা শ্রীকৃষ্ণগী রূপ মযামদুদা মাগী অমতা ঙায়বা হাযবদু মাঙদে।

মূল ১০০

চিচ্ছক্তি, স্বরূপশক্তি, অন্তরঙ্গা নাম।
তাহার বৈভব অনন্ত বৈকুণ্ঠাদি ধাম ॥ ১০০ ॥

## শব্দার্থ

চিৎ-শক্তি—চিৎ-শক্তি ( প্রাকৃত-নত্তবা শক্তি ), স্বরূপ-শক্তি—মছামক্কী ওইবা শক্তি, অন্তরঙ্গা—মনুঙগী ওইবা, নাম—মিং, তাহার—মহাক্কী, বৈভব—বিভূতি ( শকউৎ ), অনন্ত—ঙমখৈ-নাইদবা; বৈকুণ্ঠ-আদি—বৈকুণ্ঠনচিংবা, ধাম—মফম।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

চিৎ-শক্তিবু স্বরূপশক্তি হায়নসু কৌয়ি অদুগা অন্তরঙ্গা শক্তিসু কৌযি। মহাক্কী ( শক্তিসিগী ) বৈভবতি ( শকউৎতি ) শীঙলাক ঙমদবা ভগবান্গী ধাম বৈকুণ্ঠনচিংবা পরিকর অমদি লীলাগী পোৎচঙ মযাম্মী।

## নৈনরোল

**চিচ্ছক্তিবু স্বরূপশক্তিসু** কৌযি অদুগা **অন্তরঙ্গা শক্তিসু** কৌযি। মমিং অদুমসীমক কৌবা যাবগী চপ চাবা মরম লৈ। মমিংশিং অসিনা শক্তিসিগী মরু-ওইবা গুণ অদুমথক তাক্লী। চিৎ শক্তিনা চিচ্ছক্তি ওইরক-পনী, চিৎকী অর্থদি চেতন ( খঙবা ) হায়বনী, মরমদুনা চিচ্ছক্তি হায়রগা চেতনাময়ী (খঙবা-ঙম্বী) শক্তি কৌযি, চিচ্ছক্তিসী খঙবা-ঙমদবা (অচেতন) জড়শক্তি নত্তে। অচেতন জড়শক্তিনা মরম্নাই শক্তিদু শীজন্নদুনা করিমতা তৌবা ঙমদে, অদুগা মাগী শক্তিদুনা করিগুম্বা অমা ওইখৎলকপসু ঙমদে, চেতন ওইবা পোৎকী শক্তি মপান্ তাংদুনা থবক তৌবা ঙম্মী অদুগা করি-গুম্বা অমা ওইরকপসু মযাই। অদুগা চেতনাময়ী শক্তিদি মদুম্না তৌদে, চেতনাময়ী ওইবা মবম্না চিচ্ছক্তিদি মরম্নাই মথন্তনা থবক তৌবা ঙম্মী অদুগা করিগুম্বা অমা ওইখৎলকপসু ঙম্মী (পরিণাম-শীল ওই)। চিচ্ছক্তি হায়বা শব্দনা খঙহল্লিবদি শক্তিনা মবম্নাই মথন্তনা থবক তৌবা ঙম্মী ( হায়বদি স্বকর্ত্তা ওই ), মথন্তনা করিগুম্বা অমা ওইখৎলকপা ঙম্মী ( হায়বদি স্বপরিণামশীল ওইবা ঙম্মী ) অদুগা খঙবসু ঙম্মী ( হায়বদি বোধ-শক্তি লৈ )—হাযবসিনী। চিচ্ছক্তিসে ভগবানগী স্বরূপ-তা লৈ হায়দুনা মসীবু স্বরূপশক্তি কৌরিবনী, নত্রগা, চিচ্ছক্তিসিগা লোযননা ভগবৎস্বরূপকা সাক্ষাৎ সম্বন্ধ (হকথেংনবা মরী) লৈনৈ, অদুগা চিচ্ছক্তি-সিগী মতেঙনা ভগবৎ-স্বরূপ-অদুনা মতম পুম্বদা মাগী অন্তরঙ্গ-লীলা পাঙথোক্যি হাযদুনা চিচ্ছক্তিবু স্বপরাশক্তি কৌরিবনী। স্বরূপতা লৈরিবা শক্তিসী চেতনাময়ী ওই হায়দুনা মাগী বোধশক্তি ( করিগুম্ববু খঙননবা

শক্তি) নৈ, বোধ-শক্তি নৈ হায়দুনা শক্তিসিনা ভগবৎ-স্বরূপকী মনুঙগী অনীঙবা অপাম্বা অতুবু কোঙদোক্রবা ফাওবদা খঙবা ঙম্মী অতুগা অনীঙবা অপাম্বতুগা চপ-চাবা সেবানচিংবা তৌরগা ভগবৎ-স্বরূপ-কী নুংঙাইবা পোকহনবা ঙম্মী। শক্তিসিনা ভগবৎ-স্বরূপকী মনুঙদা লৈরগা ভগবৎ-স্বরূপকী স্বরূপ-আনন্দ ফংহল্লী, মপান্থোংদা ভক্তগী থম্মোইদা থোকপিরদুনা ভগবানবু নুংশিবা হাযবতু ওইনা স্বরূপ শক্তিনা ওইহনবা আনন্দতু ভগবৎস্বরূপ-না ফঙৌ অমসুং স্বরূপ-শক্তিনা পীবা আনন্দসী ফংহল্লগা ভগবান ফাওববু ঙক্হল্লী। মবম মযামসীনা চিচ্ছক্তিবু অন্তরঙ্গা ( মনূঙগী ওইবা ) শক্তি কৌবিবনী।

তাঁহার বৈভব অনন্ত হাযবদি মহাক্কী শকউৎতি ( বিভূতিদি ) লোই খন্বা-মাইদবনী। চিচ্ছক্তিগী মতীক মযাইদি ঙমখৈ নাইদবনী। শক্তিসী শ্রীকৃষ্ণগী স্বরূপ-শক্তিনী, শ্রীকৃষ্ণগী স্বরূপসী পোৎলম অহুমগীনী —সৎ ( লেঙদবা— সত্বা ), চিৎ (খঙবা-জ্ঞান), অমসুং আনন্দ (নুংঙাইবা) হাযবা অহুমসিগীনী, মরমতুনা স্বরূপ-শক্তিসু অহুম থোক্লা খাযবি, মতুদি —সন্ধিনী, সংবিৎ অতুগা হ্লাদিনী। সৎ ওইবা শক্কী অধিষ্ঠাত্রী শক্তিগী মমিংনা সন্ধিনী কৌযি, সন্ধিনী শক্তিসিনা ভগবান্-না মছাগী সত্ত্বা রক্ষা তৌয়ি (হাযবদি লেঙদনা লৈবা হাযবতু ঙম্লিবনী)। চিৎ-অংশগী অধিষ্ঠাত্রী শক্তিগী মিংনা সংবিৎ কৌযি, সংবিৎ-শক্তিগী মপান্না ভগবান মছামক্লা খঙঙৌ অতুগা অতোপ্পা কনামদসু খঙহল্লী। আনন্দ-অংশগী অধিষ্ঠাত্রী শক্তিগী মিংনা হ্লাদিনী কৌযি, হ্লাদিনী শক্তিগী মপান্না ভগবান মছামক্লা নুংঙাইবা ঙম্মী অতুগা ভক্তনচিংববুসু নু ঙাইবা ফংহল্লী। শক্তি অহুমসিগী মনূঙদা সন্ধিনীগী গুণ অতু সংবিৎ-তা যাওবি অতুগা সংবিৎকী গুণ অতু হ্লাদিনীদা যাওরি, মরমতুনা গুণ লে মদা যেংলগদি অহুমসিগী মনূঙদা হ্লাদিনী শক্তিনা খ্বাইদগী অথোযবনী। শক্তি অহুমসিগী বিলাস ( শকউৎ মশান্না ) হাযবদি পরিণতিসু ( শক্-ওন্সু ) ঙমখৈ নাইদে। হ্লাদিনীগী পরিণতি অমগী মিংদি প্রেম-নী, প্রেম গী খম থেংবা পরিণতিদি মহাভাব কৌয়ি, শ্রীমতী রাধানা মহাভাব-স্বরূপানী, ব্রজসুন্দরী অতৈসু অতুগা তোঙান্-তোঙানবা ভগবৎ-স্বরূপশিংগী কান্তাশিংসু ( লৈমশিংসু ) হ্লাদিনী স্বরূপ-ওইবী ঙাক্লী। লৈরিবা জ্ঞান মখল-মখাপুম্বা সংবিৎকী পরিণতিনী। কৃষ্ণবু ভগবান-নী হাযনা খঙবতু সংবিৎকী মচি ওইবা শক্কী, ব্রহ্মবু খঙবনচিংবসু মতুগী ( কৃষ্ণগী ভগবত্তাবু খঙবগী ) মনুঙ

চল্লী। সন্ধিনী শক্তিগী মচি-ওইবা শরূকপু শুদ্ধ-সত্ত্ব ( পূঙশেং-শেংবা সত্ত্বা-লৈবা নত্রগা মওই ) কৌয়ি, ভগবান্‌গী ধাম পূম্বা, ভগবদ্ধামদা লৈবা শ্রীমন্দির, শয্যা ( ফমুং ), আসন ( ফিদা ) নচিংবা অদুগা মীওইবা ওইনা শান্নবা ( নরলীলা ওইবা ) ভগবৎস্বরূপকী মপা মমানচিংবা পরিকর পূম্নমক সন্ধিনীনা মকোক ওইবা শুদ্ধসত্ত্বাগী পরিণতি নী পোৎচঙ অতৈস্নু স্বরূপ শক্তি-দগী থোরকপনী। মতৌ অসুম্না বৈকুণ্ঠ-নচিংবা ভগবদ্ধাম পূম্না, ভগবৎ-পরিকর পূম্বা, লীলাগী পোৎচঙ পূম্বা চিচ্ছক্তিগী বৈভব (শকউৎ) ঙাক্তনী। শক্তিগী মপুবু শক্তিগী আশ্রয়নী হায-বনা শ্রীকৃষ্ণতনা মথক্তা হাযবিবা পূম্নমকসিগী আশ্রয়নী (তুঙফম্নী)। নত্রগা, বৈকুণ্ঠনচিংবা ধাম পূম্নমক চিচ্ছক্তিগী বৈভব-ঙাবনী। ভগবানগীদি ঙমখৈ-নাইদবা স্বরূপ লৈ। স্বরূপ থূদিংমক্কী ধামবু বৈকুণ্ঠ কৌযি, মরমদুনা বৈকুণ্ঠ-গী মশীঙস যাম্মী, শীঙথাবদা লোই-থম্বা-নাইদবা ভগবদ্ধাম স্নু চিচ্ছক্তিগী বৈভব ঙাক্তনী।

## মূল ১০১

মাযাশক্তি, বহিবঙ্গা, জগৎকাবণ।
তাহার বৈভব অনন্ত ব্রহ্মাণ্ডের গণ ॥ ১০১ ॥

## শব্দার্থ

মাযাশক্তি—মাযা কৌবী ভগবান্‌গী শক্তি, বহিবঙ্গা—মপান্থোংগী ওইবা হাযবদি অন্তরঙ্গা-নত্তবা, জগৎকাবণ—জগৎকী থোরক্লবা মবম, তাহার—মহাক্কী, বৈভব—শকউৎ, অনন্ত—ঙমখৈ নাইদবা, ব্রহ্মাণ্ডের—ব্রহ্মাণ্ডশিংগী, গণ—মযাম।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মাযা-শক্তি কৌবী মপান্থোংগী ওইবা (বহিরঙ্গা )শক্তিসী শীঙনাই-দবা ব্রহ্মাণ্ড পূম্নমক্কী থোবক্‌ফম্নী।

## তৈনবোল

ব্রহ্মাণ্ড কোটি কোটি লৈবিবসী বহিরঙ্গা ওইবী মায়া শক্তিগী শক-উৎনী। বহিবঙ্গা ওইবী মায়াশক্তি হাযবসে শক্তিগী মবুংঙো শ্রীকৃষ্ণদা

আশ্রয় লৌরিবনী, মরমতুনা মায়াশক্তিদগী থোকখিবা ব্রহ্মাণ্ড পুম্নমক শ্রীকৃষ্ণদা তাংজবনী ( হায়বদি আশ্রিত ওইরিবনী ), শ্রীকৃষ্ণনা মখোয়গী আশ্রয় নী।

মায়াশক্তিসী ভগবান্‌গী শক্তি ওইরবস্থ ভগবৎস্বরূপ-পু শোকপা ঙমদে হায়বদি শমদে। ভগবৎ-স্বরূপকী নিত্যলীলাগী শান্নফমগী রাংমদা জড় ওইবা মায়াশক্তি লৈবনি। অমন্থগা অঙানবগা পুল্লপ লৈবা য়াদবগুম্না ভগবানগা মায়াগস্থ মফম অমতদা লৈমিন্নবা যাদে। কারণার্ণবগী মায়কৈ অমদা চিন্ময় ভগবদ্ধাম-নী, অতোপ্পা মায়কৈদা জড় ( চিৎ-নত্তবা ) মায়াগী মফম্নী, মরমতুনা মায়াদি মতম পুম্বদা ভগবদ্ধামদগী ভগবৎ-স্বরূপকী বা মদা ( মাপাল্লমদা ) লৈবা মবম্না মাবু বহিবঙ্গা ( মাপাল্লমগী ) হায়না কৌরিবনী। ভগবৎ স্বরূপ-না প্রপঞ্চদা কূম্লকুনা লীলা শান্নরবা মতমদস্থ মায়াগা ভগবানগা সম্পর্ক অমতা লৈতে। শক্তিমানগা শক্তিগা মরী লৈনফম থোক্লবস্থ ভগবানগা মাগী শক্তি মায়াগা মরী লৈনদে মস্থম ওইবসী ভগবানগী অচিন্ত্য শক্তিনা ওইহনবনী।

## মূল ১০২

জীবশক্তি তটস্থাখ্য, নাহি যার অন্ত।
মুখ্য তিন শক্তি, তাব বিভেদ অনন্ত ॥ ১০২ ॥

## শব্দার্থ

জীব-শক্তি—জীবশক্তি কৌবা শক্তি, তটস্থ-আখ্য—চিদাই-তাবা ( তটস্থ ) হায়না খঙনৈ, নাহি—লৈতে; যার—মহাক্কী, অন্ত—ঙমখৈ, মুখ্য—মকুওইবা, তিন—অহুম, শক্তি—শক্তি, তার—মখোয়তুগী, বিভেদ—মথল মথেন্দি, অনন্ত—ঙমখৈ নাইদবনী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

জীবশক্তিদি তটস্থা ( চিদাই তাবা ) কৌয়ি। মাগী মশীঙদি ঙমখৈ-নাইদবনী। মরু-ওইবা শক্তিদি অহুমসিনী ( অন্তরঙ্গা স্বরূপশক্তি, বহিবঙ্গা মায়া শক্তি অদুগা তটস্থা জীব শক্তি কৌবা অহুমসিনী )। মখোয় অসিগী মথল মথেন্দি শীঙলাক-ঙমদবনী।

## নৈনরোল

তটস্থা কৌবী শক্তিসী জীবশক্তি হায়বত্নী। শীগুলাকগুমদবা কোটি কযা শুনা লৈরিবা ব্রহ্মাণ্ড মযামগী জীব কোটি কোটিমক তটস্থা জীব-শক্তিগী অংশ ঙাক্তনী। প্রাকৃত ব্রহ্মাণ্ডদা নত্তনা প্রাকৃত নত্তবা ভগবদ্ধাম-শিংদস্থ সাধন-সিদ্ধ জীব অতুগা গরুডনচিংবা নিত্যসিদ্ধ জীব মযাম লৈরি, মখোযস্থ তটস্থা-শক্তিগী অংশনী, মখোযগী হাযববু স্বরূপশক্তিগী মওং মতামগা অমতা ( তাদাত্ম্য ' ওইখিবগী রাতনী।

মরু-ওইবা শক্তিদি মখল অহুমতনী, মখোযতুদি—অন্তরঙ্গা স্বরূপ-শক্তি, বহিরঙ্গা মাযাশক্তি অমস্থং তটস্থা জীব-শক্তি অসিনী। অহুমসিগী মনুঙদা অন্তরঙ্গা স্বরূপশক্তিনা খ্বাইগী মকোক্নী।

## মূল ১০৩

এমত স্বরূপগণ, আর তিনশক্তি।
সভার আশ্রয় কৃষ্ণ—কৃষ্ণে সভার স্থিতি ॥ ১০৩ ॥

## শব্দার্থ

এমত—অস্থুম তৌবনী, স্বরূপগণ—শক্তমশিং, আর—অহুগা, তিন—অহুম, শক্তি—শক্তি (মওম্), সভার—পূম্নমক্কী, আশ্রয়—তুঙফমদি, কৃষ্ণ—শ্রীকৃষ্ণনী, কৃষ্ণে—কৃষ্ণদা, সভার—পূম্নমক্কী, স্থিতি—লৈবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীভগবান কৃষ্ণগী স্বরূপশিং অতুগা মাগী শক্তি অহুমদি ( মথক্তা ) হায়রিবা খিবিকৃসিনী। পূম্নমক্কী (হাযবদি ভগবানগী স্বরূপ পূম্নমক্কী অতুগা শক্তি অহুমগী অমস্থ, শক্তি অহুমহুগী মখল মথেলগী) থোরকৃফম মকদি শ্রীকৃষ্ণনী, মখোযনা লৈবিবসী শ্রীকৃষ্ণদনী।

## নৈনরোল

সভার আশ্রয় হায়বদি পূমমক্কী তুঙফম হাযবদি থোরকৃফম মরু হাযবনী। ভগবৎ স্বরূপ ( ভগবানগী শক্তম ) লোইনমক, শক্তি পূম্নমক্কী অতুগা শক্তিশিংতুগী মখলমথেল পূম্নমক্কীস্থ আশ্রয হায়বদি থোরকৃফম্ হায়বত্ত শ্রীকৃষ্ণনী। শ্রীকৃষ্ণদগী মখোয় প্রকাশ ওইবনী অতুগা প্রকাশ ওইর বস্থ মখোয অতুম শ্রীকৃষ্ণ নুংদা লৈবনী। মরমতুনা শ্রীনারায়ণগী মূল স্থ

( থোরকৃফম মরুস্ন ) শ্রীকৃষ্ণনী , ( শ্রীনারায়ণস্ন ভগবৎস্বরূপ অমা ওইবা মরম্না ) শ্রীকৃষ্ণদি নারাযণগী আশ্রযনী ( থোরকৃফম অমস্তুং তৃঙফম্নী ) । মরমদুনা, ভগবৎ স্বরূপ লোইনমক্কী থোরকৃফম তৃঙফমদি শ্রীকৃষ্ণনী হায়বদ্রে খঙবা মীনা শ্রীকৃষ্ণবু নাবাযণগী অবতারনী হায়দুনা খঙদবা মীতাগী থবকসী থক্ তৌরোই ।

### মূল ১০৪

যদ্যপি ব্রহ্মাণ্ডগণের পুরুষ আশ্রয় ।
সেই পুরুষাদি সভার কৃষ্ণ মূলাশ্রয ॥ ১০৪ ॥

### শব্দার্থ

যদ্যপি—অদুম ওইববস্ন , ব্রহ্মাণ্ডগণের—ব্রহ্মাণ্ডশিংগী , পুরুষ—পুরুষ অবতারশিংনা , আশ্রয়—থোরকৃফম-তৃঙফম্নী , সেই—মদু , পুরুষাদি—পুরুষশি, অদুগা পুরুষদগী থোকখিবা ব্রহ্মাণ্ডশিং অমস্তুং ব্রহ্মাণ্ডশিংদা লৈরিবা জীবশিং , সভার—পুম্নমক্কী , কৃষ্ণ—শ্রীকৃষ্ণনা , মূল আশ্রয—থোরকৃফম মরুনী ।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ব্রহ্মাণ্ডশিংগী থোরকৃফম-তৃঙফম ( আশ্রয ) পুরুষ অদুম্না ওইববস্ন পুরুষশিংদুনচিংবা পুম্নমক্কী মূল আশ্রযদি ( থোরকৃফম তৃঙফম মরুদি ) শ্রীকৃষ্ণনী ।

### নৈনবোল

**পুরুষ** হায়বদি কাবণার্ণবশাযী, গর্ভোদকশাযী অদুগা ক্ষীরোদশাযী পুরুষ অহুম্ন হায়বনী । **পুরুষাদি** হাযবদি পুরুষ-শিংনচিংবা হাযবনী । পুরুষ-নচিংবা হায়বদি পুরুষ অহুম্নে, মথোযদগী থোকখিবা ব্রহ্মাণ্ডশিংনে অদুগা ব্রহ্মাণ্ডশিংদা লৈরিবা জীবশিংনে—লোইনমকপু হাযবনী ।

### মূল ১০৫

স্বযং ভগবান্ কৃষ্ণ, কৃষ্ণ সর্ব্বাশ্রয ।
পরম ঈশ্বর কৃষ্ণ সর্ব্ব শাস্ত্রে কয় ॥ ১০৫ ॥

## শব্দার্থ

স্বয়ং—মহাক্মক, ভগবান্—ভগবান-নী, কৃষ্ণ—শ্রীকৃষ্ণনা, কৃষ্ণ—শ্রীকৃষ্ণদি, সর্ব্ব-আশ্রয়—লোইনমক্কী থোরকফম্বী, পরম—মথক্তা অমা লৈত্রবা কোক্লেন্, ঈশ্বর—মপুনী, কৃষ্ণ—কৃষ্ণনা, সর্ব্বশাস্ত্রে—শাস্ত্র পুম্ন-মক্কা, কয়—হায়।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণ ভগবান্ না স্বযং ভগবান্ হায়বহুনী, কৃষ্ণনা পুম্নমক্কী থোবক ফম—তৃঙফম্বী (আশ্রয়-নী)। শ্রীকৃষ্ণনা পরম-ঈশ্বরনী (কোক্লেন মপুনী) হাযবসী শাস্ত্র পুম্নমক্কা হাযরি।

## মূল ১০৬

ঈশ্বরঃ পরমঃ কৃষ্ণঃ সচ্চিদানন্দবিগ্রহঃ।

অনাদিরাদির্গোবিন্দঃ সর্ব্বকারণকারণম ॥ ১০৬ ॥

## শব্দার্থ

ঈশ্বরঃ—লোইরিবা মপু, পরমঃ—পুঙথোই থোইবা, মথক্তা অমা লৈত্রবা কোক্লেন, কৃষ্ণঃ—শ্রীকৃষ্ণ, সৎ—মতমপুম্বদা লৈবা, চিৎ—চীথবা লৈত্তনা খঙবা; আনন্দ—নুংঙাইবা মপুঙ, বিগ্রহঃ—মাগী মূর্ত্তি হাযবদি হকচাঙ (সচ্চিদানন্দবিগ্রহ—মাগী বিগ্রহ-হকচাঙদি সৎ, চিৎ অমস্তুং আনন্দ-না ওইবনী), অনাদি—মঙোন্দগী অহান্বা লৈত্রবা, আদি—অহানবা, গোবিন্দঃ—শ্রীগোবিন্দ, সর্ব্বকারণকারণম্—থোরকফম পুম্ন-মক্কী থোরকফম।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণদি পরম (কোক্লেন ওইবা) ঈশ্বরনী, মহাক্কী সৎ-চিৎ-আনন্দ গী বিগ্রহনী (হকচাঙনী), অনাদিনী (মঙোন্দগী হানবা অমা লৈত্রবনী), অদুনা মহাক পুম্নমক্কী অহান্বনী (আদিনী), গোবিন্দনী অমস্তুং থোরকফম পুম্বগী থোরকফম্বী।

## নৈনরোল

নৈনরিবা শ্লোকসী ব্রহ্মসংহিতাগী অহানবা অধ্যাযগী অহান্বা শ্লোক-নী

**কৃষ্ণ**—অচং-চংত লৈরিবা পোং পূম্নমকপু, ভগবৎ স্বরূপ পূম্নমকপু, শক্তি-পরেং পূম্নমকপু, করি হায়নী মছা মথন্তবু ফাওবা চিংবা ঙম্বা (আকর্ষণ তৌবা ঙম্বা) মহাক অদু আনন্দনা নঙশল্লবা শ্রীকৃষ্ণনী।

**পরম ঈশ্বর**—পুঙথোই-থোইবা ঈশ্বর, ঈশ্বরশিংগীসু ঈশ্বর হায়বনী। ভগবৎ-স্বরূপ পূম্নমক, ঈশ্বর ওাক্লী, শ্রীকৃষ্ণদি মখোয়গীসু ঈশ্বরনী হাযবদি মবুঙোনী (প্রভুনী), মরমদুনা শ্রীকৃষ্ণদি পবম ঈশ্বরনী। কর্ত্তুমকর্ত্তুমন্যথা কর্ত্তুং সমর্থঃ—করিগুম্বা অমা তৌবা, তৌদবা, নত্রগা ওন্নতৈনবা তৌবা ঙম্বা মহাক অদু ঈশ্বরনী। ভগবৎস্বরূপ পূম্নমক ঈশ্বর ওইরবসু মখোযগী ঈশ্বরত্বদু শ্রীকৃষ্ণদগী ফংবনী, মরমদুনা শ্রীকৃষ্ণতনা ঈশ্বরত্ব পূম্বগী থোরকৃফম মরুনী, মবমদুনা মহাক পরম ঈশ্বরনী। নত্রগা, পরা (পুঙথোই-থোইবা) মা (শক্তি) মঙোন্দা লৈবা অদুগুম্বা মহাক অদু পরম নী শক্তি পূম্নগী অধিষ্ঠান (তুঙফম) শ্রীকৃষ্ণনী, মবমদুনা শ্রীকৃষ্ণদি পবম-নী, নত্রগা শক্তি পূম্বগী অধিষ্ঠাত্রী ওইবিবী শ্রীরাধানা মঙোন্দা নত্রগা মহাক্কা লোযননা মতম পূম্বদা লৈ হাযদুনা মহাকপু পবম শ্রীকৃষ্ণ হাযরিবনী। ভগবৎ-স্বরূপকী মশক ওইবা ঈশ্বরশিং লোইনমক্কী শক্তি লৈ, অদুবু শক্তি পূম্নমক্কগী থোইবা শক্তিদি শ্রীকৃষ্ণ মথন্তদা লৈ, মরমসিনা শ্রীকৃষ্ণ পরম-ঈশ্বরনী।

**সচ্চিদানন্দবিগ্রহ**—সৎ, চিৎ অমসুং আনন্দনা ওইবা বিগ্রহনা (হকচাঙনা) মাগী ওইবা অদুগুম্বা মহাকপু সচ্চিদানন্দবিগ্রহ হাযবনী, স্বযং ভগবানদি মীওইবগী হকচাঙ লৌযি, খূৎ-অনী পানবনী, মাগী হকচাঙ লৈ, অদুবু হকচাঙ লৈ হাযদুনসু জীবগী হকচাঙগুম্বা প্রাকৃত পঞ্চভূতনা শাবা নত্তে, প্রাকৃত-ওইবা ই-তোংনা শাগৎলকপা নত্তে, নঙ নঙ লাউনা নঙশল্লবা আনন্দতনা (নুঙাইবা হাযবা পোত্তাদুনা) মাগী দেহ ওইবনী, আনন্দ অসিসু মাযিক আনন্দ নত্তে, চিন্ময (মথন্ত ওইজবা প্রাকৃত-নত্তবা) আনন্দনী, মহাক্কী দেহদি নঙশল্লবা আনন্দনী। সৎ-শব্দনা সত্তা (লৈবা) খঙহল্লী, মাগী দেহদি সৎ-নী হাযবদি মতম-পুম্বদা সত্তাযুক্ত ওইবনী (লৈবনী), কদৌঙৈদসু মহাক্কী দেহসী মাঙ-তাকপা তৌদে। দেহসিগী সত্তা লৈরমদে হাযবা রা কদৌঙৈদসু লৈখিদে, হায়বদি মসী জন্ম ওইবা (অমদগী পোক্লকপা থোরকপা) পোত্তা নত্তে—মসী মতম পুম্বদা লৈবা সদবস্তুনী, **নিত্যোনিত্যানাম্** গোপালতাপনী শ্রুতি ৬ ২২॥ শ্রীকৃষ্ণগী দেহদি নিত্যনী অমসুং চিদানন্দনী। মাগী দেহসী চিদানন্দ-নী

হায়দুনা জীবগী মতৌগুম্না মঙোন্দা দেহ অমসুং দেহী ( আত্মা ) হাযনা খায়রবা খেন্নরদু লৈতে। জীবগী দেহদি প্রাকৃত ওইবা, খঙবগী শক্তি চেন্দবা ( জড ওইবা ) পোংনী, অদুগা দেহী জীবদি চিৎকণ (চিন্ময় ওইবা মরীক) ওইবা পোংনী, মরমদুনা জীবগী দেহগা দেহীগদি তোঙান্-তোঙানবা জাৎকী পোংনী, মরমসিনা জীবদা দেহগা দেহীগা খেন্নৈ হায়রিবনী। জীবদদি, চিৎকণবস্তু ওইবা দেহীগী শক্তিদনা জীবগী ইন্দ্রিয়নচিংবসী শক্তি চেল্লিবনী, দেহগা দেহীগা জাৎতা তিন্নদে হাযদুনা অদুগা ইন্দ্রিযশিংবু শেম্লকপদা চঙবা মচাকশিংদুসু জাৎতা অমতগী নত্তবনা দেহীগী শক্তিবু ইন্দ্রিযশিংনা তোঙান্-তোঙান্না ফোঙদোকযি, মরমসিনা জীবগী ইন্দ্রিয় অমনা অতোপ্পা ইন্দ্রিয় অমগী থবক তোবা ঙমদে—খুদম ওইনা হাযরগা জীবগী মিংনা নাকোঙগুম্না তাবা ফংদে। তৌইগুম্বসু, চিদানন্দঘন-বিগ্রহ ওইবা শ্রীকৃষ্ণদদি দেহগা দেহীগা খেন্নবা হাযবদু লৈতে হাযদুনা মাগী বিগ্রহগী (হকচাঙগী। মফম পুম্বদা আনন্দঘন ওইবা পোং অমতদুদা অদুম ওইদুনা লৈ হাযদুনা মাগী ইন্দ্রিয়শিংগী শক্তি খেন্নবা লৈতে--মহাক্কী ইন্দ্রিয অমনা অতোপ্পা ইন্দ্রিয পুম্নমক্কী থবক তোবা ঙম্মী, "অঙ্গানি যস্য সকলেন্দ্রিয বৃত্তিমন্তীতি। —ব্রহ্মসংহিতা ৫/৩২ ॥" আনন্দবস্তুদি বিভুনী (লোইনমক শীন্থুংবনী)—ভূমৈব সুখম্। মরমদুনা আনন্দঘন শ্রীকৃষ্ণগী দেহসু বিভুনী, তোঙাস্তাবা ওইবা মাল্লবসু শ্রীকৃষ্ণগী দেহদি বিভুনী (লোইনমক শীন্থুংবনী), অসুম্না ওইথোক্লিবসী শ্রীকৃষ্ণগী অচিন্ত্য (মীওই-বগী বাখল্না লাম্বা ফংদ্রবা) শক্তিগী মপান্ননী। মীওইবগী দেহদা মহাক বিভুনী হাযবসী মৃদভক্ষণ ( লৈবাক-চাবগী ) লীলাদা, দামবন্ধন ( খ্বাঙ শুম্বন্দা পুন্বগী ) লীলাদা অমসুং চতুর্মুখ ব্রহ্মাগী মমাঙদা দ্বারকাগী মাহাত্ম্য ফোঙদোকপা কাল-দা উৎখি। মহাক্কী অচিন্ত্য শক্তিগী মপান্না মহাক কুপ্পেন-কুপ্পা ( অণু ) অমদি চাউরেন-চাউবা ( মহীযান্ ) ওইবা ঙম্মী—( অণোরণীযান্ মহতো মহীযান্। কঠোপনিষৎ ১/২/২০), অদুবু মহাক্না অণু ওইবা মতমদসু বিভু অদুম ওই, বিভু ওইবসী মাগী মছাগী লোযনবা ধর্ম্মনী, মরমদি মহাক আনন্দ স্বরূপ-নী ( নুংঙাইবগী মশক্কী )।

অনাদি—মঙোন্দগী হান্‌বা (আদি) অমা লৈত্রবা মহাক। শ্রীকৃষ্ণগী আদি কনামতা লৈতে, মহাক্তি স্বয়ংসিদ্ধ ( মথন্তনা ওইজবা ) হাযবদুনী অদুগা অনাদিকাল-দগী মতম পুম্বদা ( নিত্য ) ঙান্দুনা লৈবনী। মহাক অনাদি ওইবা মরম্না কনামতগী অংশ নত্রগা কনাগুম্বগীসু অবতার নত্তে।

**আদি**—শ্রীকৃষ্ণদি পূম্নমক্কী অহান্‌বনী। ভগবৎস্বরূপ-নী হায়ত্নুনা শৈরিবমথৈ অতুগা ভগবদ্ধাম-নী হায়র্তুনা লৈরিবা পূম্বা শ্রীকৃষ্ণদগী থোক পনী, মশীঙ লাকপা ঙমদনা লৈরিবা প্রাকৃত ব্রহ্মাণ্ড কোটি কোটিস্ব শ্রীকৃষ্ণদগী থোকপনী, মবমত্নুনা শ্রীকৃষ্ণদি লোইনমক্কী—নারায়ণ নচিংবগী-স্ু—আদিনী ( অহানবনী )।

**সর্ব্বকারণকারণ**—পুরুষাবতারশিংদগী ব্রহ্মাণ্ড থোকপনী, মবম ত্নুনা পুরুষশিংনা জগৎকী থোরব্‌ফম্নী, শ্রীকৃষ্ণদি পুরুষশিংত্নুগীস্ু থোরক ফম্নী ( কারণ নী ), মরমত্নুনা শ্রীকৃষ্ণদি থোববৃফম পূম্বগী থোরব্‌ফম্নী ( সর্ব্বকারণকারণ হায়বত্নুনী )।

**গোবিন্দ**—গো-শব্দগী অর্থদি শল অমদি পৃথিবী হায়বনী। ব্রজ-লীলাদা শ্রীকৃষ্ণনা শল শেল্লী হায়বগাদমক গোবিন্দ হায়না মহাকপু কৌরিবনী। অত্নুগা ব্রহ্মাণ্ডবু লৈশেম্মী ( সৃষ্টি তৌযি ) অমস্তুং ঙাকৃশেল্লী (পালন তৌযি) হায়বগীদমক্স মহাক গোবিন্দনী। গো-শব্দগী অর্থ অমনা ইন্দ্রিয়নী, শ্রীকৃষ্ণ ইন্দ্রিয়গী অধিষ্ঠাতানী হায়ত্নুনা মহাকপু গোবিন্দ—হৃষীকেশ ( ইন্দ্রিয়গী মপু )—হায়না কৌরিবনী। নত্রগা মহাক্কী অন্তরঙ্গ পরিকরশিংগী ইন্দ্রিয় পূম্নমকপু মখোয় মখোয়গী বিষয়দা আনন্দ পীত্নুনা পালন ( ঙাক্‌শেনবা ) নত্রগা পোষণ (যোকপা) তৌযি হায়বগীস্ু মহাকপু গোবিন্দ কৌরিবনী।

## মূল ১০৭

এ সব সিদ্ধান্ত তুমি জান ভালমতে।
তবু পূর্ব্বপক্ষ কর আমা চালাইতে॥ ১০৭॥

## শব্দার্থ

এ সব—মসী পূম্বা সিদ্ধান্ত—রারপ, মত তুমি—নঙনা, জান —খঙঙী, ভালমতে—ফজনা তবু—অত্নুম ওইনমক, পূর্ব্বপক্ষ—য়েৎপা, কর—তৌযি, আমা—ঐখোযবু, চালাইতে—চাংযেংগে হায়ত্নুনা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সিদ্ধান্ত মত পূম্বসী নঙনা ফজনা খঙলিবনী। অত্নুমক্তদা নঙনা য়েৎলি ঐখোযবু চাংযেংগে হায়ত্নুনা।

## নৈনরোল

শাস্ত্র পূম্বা নৈনরবা অহৈবা মী অমনা শ্রীকৃষ্ণব পরমেশ্বর স্বযং

ভগবান্-নী হায়না করিমত্তা চিংনদবমখৈ লৌগনী। অদুগুম্বা শাস্ত্র-হৈবা মীত্তানা শ্রীকৃষ্ণগী মরমদা য়েংপাদি ঐখোয়বু চাংয়েংগে লাণ্ডরুহনুগে হায়না তৌবা তাই।

## মূল ১০৮

সেই কৃষ্ণ অবতারী ব্রজেন্দ্রকুমার।
আপনে চৈতন্যরূপে কৈল অবতার ॥ ১০৮ ॥

### শব্দার্থ

সেই—অদু, কৃষ্ণ—শ্রীকৃষ্ণ, অবতারী—অবতারশিংগী থোরকফম মরু, ব্রজেন্দ্রকুমার—নিংথৌ নন্দগী মচাবুঙো, আপনে- মছামক্না, চৈতন্যরূপে—শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভু ওইনা, কৈল—তৌরম্মী, অবতার—নোংগুম্বা।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কৃষ্ণ অদো অবতার পুম্নমক্কী থোরকফম্নী, ব্রজনিংথৌগী মপারি হায়না খঙনৈ। মহাক মছামক্না শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভু ওইনা নোংগুম্লকপনী।

## মূল ১০৯

অতএব চৈতন্য গোসাঞি পরতত্ত্ব—সীমা।
তাঁরে ক্ষীরোদশায়ী কহি, কি তাঁর মহিমা ॥ ১০৯ ॥

### শব্দার্থ

অতএব—মরমন্থনা, চৈতন্য গোসাঞি—শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভু, পরতত্ত্ব-সীমা—পরতত্ত্বগী খমথেংবা ঙমখৈ, পুঙথোই-থোইবা তত্ত্ব (অওইবত্থ), তাঁরে—মহাকপু, ক্ষীরোদশায়ী—ক্ষীরোদশায়ী কৌবা নারায়ণ, কহি—ঐনা হায়রগদি, কি—করি ওইনী, তাঁর—মহাক্কী, মহিমা—মতীক মগুণ চাওবা।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মরমন্থনা শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুদি পরতত্ত্বগী খমথেংবা হায়বত্থনী। মহাকপু ক্ষীরোদশায়ী নারায়ণ কৌরগদি মাগী মহিমা করি ওইগনী ( হায়বর্দি চাং হন্থরোইদনা )?

## তৈনবোল

কনা কনাগুম্বনা থম্ববদি শ্রীক্ষীরোদশায়ী নারায়ণমক্ত শ্রীচৈতন্য ওইবা অবতার তৌবনী হাযবসিনী। মতসিগী মরমদা গ্রন্থকার কবিরাজ গোস্বামীনা হায়রিবদি মৃত অসে নাতে চাদবা ৱানী, শ্রীগৌরাঙ্গদি স্বরূপ মতুং ইন্না স্বয়ং ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণমক্তী, ক্ষীরোদশায়ীদি শ্রীকৃষ্ণগী অংশগী অংশ অদুগীস্মু অংশনী (অংশাংশাংশনী)। মরমদুনা শ্রীগৌরাঙ্গবু ক্ষীরোদশায়ীনী হাযরগদি শ্রীগৌরাঙ্গগী মহিমাগী চাং ময়েং তাগনী।

### মূল ১১০

সেই ত ভক্তের বাক্য নহে ব্যভিচারী।
সকল সম্ভবে তাঁরে, যাতে অবতারী ॥ ১১০ ॥

### শব্দার্থ

সেই—মহু, ত—লেপ্পমক, ভক্তের—ভক্তগী, বাক্য—ৱাদি, নহে নত্তে, ব্যভিচারী—মিথ্যা, ওইদবা, সকল—লোইনমক, সম্ভবে—ওইথোকযি, তাঁতে—মঙোন্দদি, যাতে—মরমদি, অবতারী—(শ্রীগৌরাঙ্গাদি) অবতারশিংগী থোরকফম্নী।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহুস্মু ভক্তগী ৱানী, মিথ্যা নত্তে। মরমদি ( শ্রীগৌরাঙ্গদি ) মহাক্তি অবতারী ওইরিবনীনা মঙোন্দদি লোইনমক ওইথোকযি।

### মূল ১১১

অবতারীর দেহে সব-অবতারের স্থিতি।
কেহো কোন মতে কহে, যেমন যার মতি ॥ ১১১ ॥

### শব্দার্থ

অবতারীর—অবতার পুম্বগী থোরকফম ওইরিবা মহাক্তী, দেহে—দেহদা, সব-অবতারের—অবতার লোইনমক্তী, স্থিতি—লৈবনী, কেহো—কনামনস্মু, কোন মতে—মওং কৈনোমা ওইনা, কহে—হায়, যেমন—ওইবা মওংদা, যার—মা মাগী, মতি—ৱাখল।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অবতারীগী হকচাঙনুংদা অবতার লোইনমক লৈবনী। কনামনন্তু মাগী মাগী রাখল তুং ইনবা মওংদা মহায়রবনী।

## নৈনরোল

শ্রীগৌরাঙ্গবু ক্ষীরোদশাযীনী হায়রিবা মখোযহুন্তু ভক্তনী, মরমদি মখোযহুনা শ্রীগৌরাঙ্গদা ক্ষীরোদশায়ী নারায়ণবু অনুভব তৌয়ি, ভক্ত নত্তনা কনামতনা ভগবৎস্বরূপ অনুভব তৌবদি ওইথোক্তে। মরমতুনা মখোযতুগী মত মতু, ইমা শ্রীগৌরাঙ্গগী অওইবা তত্ত্ব ফোঙদোক্রবন্তু মখোয়গী বাহু পূমমক শানবদি নত্তে। মখোয়গীদু মচেৎ ওইনা চুম্মী। শ্রীগৌরাঙ্গদি স্বযং ভগবান-নী, স্বয, অবতারীনী, মহাক্না অবতাব তৌবা মতমদা অতোপ্পা অবতার পূমমক মওোন্দা পুল্লপ তিল্লিবনী। মরমতুনা শ্রীগৌরাঙ্গগী মনুঙদা ক্ষীবোদশাযীনচিংবা ভগবৎস্বরূপ পূমমক যাওরিবনী। শ্রীমন মহাপ্রভুনা মরক মবক্তা ববাহ, বিষ্ণু, শিব-নচিংবগী আবেশতা ওইবা লীলা ফোঙদোক্লুনা জীবদা উৎপীবন্মী। ভগবৎস্বরূপশিংসিগী মরক্তা কনাগুম্বা ভক্তনা অনুভব তৌবা স্বরূপ অতুবু ভগবৎস্বরূপনী হাযবগীদমক মহাক্না শ্রীগৌরাঙ্গ কনানো হায়বতু হাযজবা যাই, মরমসিনা ভক্ততুগী অনুভূতিনা ফংবা তত্ত্বতু শ্রীগৌরাঙ্গ মহাপ্রভুগী অওইবা তত্ত্ব নত্রবন্তু মহাক্নী অনুভূতিবোমদা য়েংলগদি মাগী মত অহু মিথ্যা নত্তে। মরমসী কবিরাজ গোস্বামীনা নৈনরিবা মূল পযারসিদা ফোঙদোক্লিবনী।

### মূল ১১২

কৃষ্ণকে কহয়ে কেহো নব-নারায়ণ।
কেহো কহে—কৃষ্ণ হযে সাক্ষাৎ বামন॥ ১১২॥

### শব্দার্থ

কৃষ্ণকে—কৃষ্ণবু, কহয়ে—হায় কেহো—কনামনা, নব নারাযণ—নর অমসুং নারায়ণ, কেহো—কনামনা, কহে—হায, কৃষ্ণ—শ্রীকৃষ্ণদি, হযে—ওইযে, সাক্ষাৎ—শঙ-শঙবা, বামন—বামন।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কনামনা শ্রীকৃষ্ণবু নর-নাবায়ণ-নী হায, কনামনা শ্রীকৃষ্ণদি শঙ-শঙবা বামন-নী হায়।

**বামন**—বামন-দি লীলাবতার নী, ১৫-শুবা অবতার-নী। শ্রীভগবান্-না বামন-রূপ লৌরগা স্বর্গবু অমূক লোশিল্লবগীদমক বলি মহারাজগী যজ্ঞদা লেঙলগা খোঙফম অহুমগী লম ( ত্রিপাদভূমি ) নিরম্মী।

**নর-নারায়ণ**—নর অমসুং নারায়ণ, ধর্ম্মগী তালোই মূর্ত্তিগী গর্ভদা নর অমসুং নারায়ণ অনী পোকপনী। মখোয়নীমক যাম্না বাগদবা মখলগী তপস্যা তৌরম্মী। হবি অমসুং কৃষ্ণ ( মহাক্সী ব্রজনিংথৌনা পোকপা কৃষ্ণ নত্তে ) কৌবা মচিন্মনাও অনীথকস্ত নর-নারায়ণখোযগী লৈবম্মী। মচিন্মানাও মরিসী পূল্লগা চতুঃসনগুম্বা অবতার অমনী—লীলাবতারনী।

## মূল ১১৩

কেহো কহে—কৃষ্ণ ক্ষীরোদশাযী-অবতার।
অসম্ভব নহে, সত্য বচন সবার ॥ ১১৩ ॥

### শব্দার্থ

কেহো—কন.মনা, কহে—হায়, কৃষ্ণ—শ্রীকৃষ্ণদি, ক্ষীরোদশায়ী—ক্ষীরোদশায়ী নারাযণগী, অবতাব—অবতার-নী, অসম্ভব—ওইথোক্তবা, নহে—নত্তে, সত্য—অওইবা, বচন—ৱান্নী; সবার—মখোয লোইনমক্কী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কনামনা হায—শ্রীকৃষ্ণদি ক্ষীরোদশাযী নারাযণ-না তৌরকপা অবতার-নী। বাসী ওইথোক্তবা নত্তে, মখোয় লোইনমক্কী ৱাদো অওইবা ঙাক্তনী।

## মূল ১১৪

কেহো কহে—পবব্যোম নারাযণ হরি।
সকল সম্ভবে কৃষ্ণ, যাতে অবতাবী ॥ ১১৪ ॥

### শব্দার্থ

কেহো—কনামনা, কহে—হায, পবব্যোম-নাবায়ণ—পরব্যোমগী অধিপতি নাবাযণ-না, হবি—শ্রীকৃষ্ণ হবিনী সকল—পুম্নমকসে, সম্ভবে—ওইথোকযি, কৃষ্ণে—কৃষ্ণদা, যাতে—মরমদি, অবতারী—( কৃষ্ণদি ) অবতারশিংগী থোবকফম্নী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ফনাশ্রমা হায়—পরব্যোমগী মথুঙেঙ্ডা শ্রীনারায়ণ অহুনা শ্রীকৃষ্ণ হরিনী। পুম্নমক্তা শ্রীকৃষ্ণদদি ওইখোকয়ি, মরমদি শ্রীকৃষ্ণদি অবতারীনী (অবতার পুম্নমক্কী থোরকফম্নী)।

## মূল ১১৫

সব শ্রোতাগণের করি চরণ বন্দন।
এ সব সিদ্ধান্ত শুন করি একমন ॥ ১১৫ ॥

### শব্দার্থ

সব—পুম্নমক্কী, শ্রোতাগণের—ন্যাকোঙনা তাবিরিবশিংগী, করি—তৌজে, চরণ—খোঙদা বন্দন—খুরুম্বা, এ—মসী, সব—পুম্বা, সিদ্ধান্ত—ব্লারেপ, শুন—তাবিয়ু, করি—তৌহুনা, একমন—পুক্নীঙ অমতা ওইবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রোতাশিং পুম্নমক্কী খুয়াখাদা খুরুমজরি। সিদ্ধান্ত পুম্নমক্সী পুক্নীঙ চঙনা তাবিয়ু।

### মৈনরোল

শ্রীচৈতন্যচরিতামৃত-লেংবা কবিরাজ গোস্বামীনা বৈষ্ণবকী হৌনবা নোল্লহুনা শ্রোতা পুম্বগী চরণ খাদা খুরুম্নগা শ্রীকৃষ্ণদি স্বয়ং ভগবান্-নী হায়বগী সিদ্ধান্তসী পুক্নীঙ লোঙদবমখৈ তাবিনবা হায়জবম্নী। মরমদি সিদ্ধান্তসী খঙলগদি শ্রীকৃষ্ণগী তত্ত্ব তশেঙনা খঙগনী।

## মূল ১১৬

সিদ্ধান্ত বলিয়া চিত্তে না কর অলস।
ইহা হৈতে কৃষ্ণে লাগে সুদৃঢ় মানস ॥ ১১৬ ॥

### শব্দার্থ

সিদ্ধান্ত—ব্লারেপ, বলিয়া—হায়হুনা, চিত্তে—পুক্নীঙদা, না কর—তৌম্নু, অলস—তনবা, ইহা—মসী, হৈতে—দগী, (ইহা হৈতে—

মসীদগী ), কৃষ্ণে—শ্রীকৃষ্ণদা ; লাগে—চঙগনী , সুদৃঢ—মীঙথীনা চেৎ-লবা , মানস—পূক্নীঙ লৈশন্‌বা ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সিদ্ধান্ত-নী হায়দুনা পূক্নীঙদা তন্‌বিগনু । মসিদগী শ্রীকৃষ্ণদা নীঙথীজনা চেৎলবা পূক্নীঙ-লৈইশন্‌বা হায়বদু ওইগনী ।

### নৈনরোল

হায়নবা য়াই—সিদ্ধান্ত অমবু বিচার তৌদুনা নৈনরবদি নৈনবা মতমদা মখল মখাগী তর্ক ( য়ায়েৎ ) য়েৎনরকপা যাই , তর্কদদি বুদ্ধি মাঙশল্লকযি , মবমদুনা সিদ্ধান্ত তাকুরগা কল্লিবু কান্নগবনো ? য়াফমসীগী পাৎখুম ওইনা হায়রি—বুদ্ধি-মাঙবা-য়াবা কুতর্ক অদুদি য়েৎথীবা মওংদা য়া নৈনরগা থোরকপনী । য়েৎথীবা মীৎয়েং ( প্রতিকুলতা ) থাদোক্লুনা ওইননবা ( অনুকূল ) সিদ্ধান্ত ফংগে হায়না হোৎনরবদি শ্রীকৃষ্ণগী মবমদা মপুঙ-ফাবা জ্ঞান পোকনী অদুগা মাগী মহিমাদু খঙলক্লবদি মাগী মরমদা পূক্নীঙ-চেৎপা হায়বদু ওইরকনী । মরমদুনা সিদ্ধান্তগী য়া তাক্লবগা পূক্নীঙ হন্নগাই মরম করিসু লৈতে । তশেংনমক উপাস্য ( লাৎনগাই ) অদুগী তত্ত্ব করিনো হায়বদু খঙদ্রেগদি উপাস্যদা চেৎনা পূক্নীঙ লৈইশন্‌বা হায়বদু য়ানগাই ওইগনী , মরমদি কনাগুম্বনা শাথীনা য়েৎশল্লক্লবদি ইছাগী থাজরন্বদু নোপথরকপা যাই ।

## মুল ১১৭

চৈতন্য-মহিমা জানি এ সব সিদ্ধান্তে ।
চিত্ত দৃঢ হঞা লাগে মহিমা-জ্ঞান হৈতে ॥ ১১৭ ॥

### শব্দার্থ

চৈতন্য-মহিমা—শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগী মহিমা , জানি—খঙঙী , এ—মসী , সব—পুম্বা , সিদ্ধান্তে—সিদ্ধান্তনা , চিত্ত—পূক্নীঙ , দৃঢ—চেৎপা , হঞা—ওইদুনা , লাগে—চেৎশনগনী , মহিমাজ্ঞান—মহিমাবু খঙবা , হৈতে—দগী ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অসিগুম্বা সিদ্ধান্তগী বিচারনা শ্রীচৈতন্যগী মহিমাবু ঐনা খঙজে ।

মহিমাশিংস্পী খঙলগদদা কনাগুম্বা অমনা মঙোন্দা পূক্নীঙ চেংশন্না লৈইশন্‌-বা ঙমগনী।

## লৈনরোল

শ্রীকৃষ্ণমক্না শ্রীচৈতন্য ওইনা অবতীর্ণ ওইবনী, মরমসুনা শ্রীকৃষ্ণতত্ত্বগা শ্রীচৈতন্যতত্ত্বগা অমতনী, শ্রীকৃষ্ণগী তত্ত্বগা মহিমাগবু খঙলবদি শ্রীচৈতন্যগী তত্ত্বগা মহিমাগবু খঙবা হাযবত্নু ওইরে। মহিমাসু খঙলবদি শ্রীকৃষ্ণদা হায়বদি শ্রীচৈতন্যদা পূক্নীঙ চেংনা লৈইশন্‌গনী।

## মুল ১১৮

চৈতন্যপ্রভুর মহিমা কহিবার তবে।

কৃষ্ণেব মহিমা কহি করিয়া বিস্তরে ॥ ১১৮ ॥

## শব্দার্থ

চৈতন্যপ্রভুব—শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগী, মহিমা—মতীক মগুণ, কহি-বার—হায়নবগী, তরে—দমক, কৃষ্ণের—শ্রীকৃষ্ণগী, মহিমা—মতীক মগুণ, কহি—হায়জরি; করিয়া—তৌহুনা, বিস্তারে—শন্দোক্পা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগী মহিমাগী মরমদা হাযগে হাযত্নুনা শ্রীকৃষ্ণগী মহিমাবু শন্দোক্না হাযজরিবনী।

## মুল ১১৯

চৈতন্য-গোসাঞির এই তত্ত্ব-নিরূপণ।

স্বযং-ভগবান কৃষ্ণ ব্রজেন্দ্রনন্দন ॥ ১১৯ ॥

## শব্দার্থ

চৈতন্য গোসাঞির—শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগী, এই—মসী, তত্ত্ব—অওই-বা, নিরূপণ—লেপ্পা, স্বয়ং-ভগবান্—মছামক ভগবান্, কৃষ্ণ—শ্রীকৃষ্ণ, ব্রজেন্দ্রনন্দন—ব্রজনিংথৌ মপাবি।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ব্রারেপসীদি শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুসে স্বয়ং ভগবান শ্রীকৃষ্ণ—ব্রজনিংথৌ মপাঁরি—অত্নমক্নী হায়বনী।

## মূল ১২০

শ্রীরূপ রঘুনাথ পদে যার আশ।
চৈতন্যচরিতামৃত কহে কৃষ্ণদাস ॥ ১২০ ॥

## শব্দার্থ

শ্রীরূপ— শ্রীলরূপ গোস্বামী, রঘুনাথ—শ্রীলরঘুনাথদাস গোস্বামী, পদে—খোঙদা, যার—মহাক্কী, আশ—আশা, চৈতন্যচরিতামৃত—চৈতন্যচবিতামৃত কৌবা লাইরীক, কহে—লীজৈ, কৃষ্ণদাস—শ্রীল কৃষ্ণ-দাস কবিরাজ গোস্বামীনা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীরূপ অমসুং শ্রীরঘুনাথ দাস গোস্বামীগী মখোঙ থম্বানবু ফংগে হায়না আশা তৌরিবা কৃষ্ণদাস মহাক্না চৈতন্যচরিতামৃত লীজৈ। ইজৈ)।

ইতি শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতে আদিলীলায়াং বস্তুনির্দ্দেশ মঙ্গলাচরণে শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যতত্ত্বনিরূপণং নাম দ্বিতীয় পরিচ্ছেদঃ ॥ :

---

# শীতলজিৎকী লাইরীকশিং

**উপন্যাস**—ইমা, রোহিণী, হু৲শিরাখৈবা, থাদোকপা

**য়াবী মচা**—লৈকোয়্ন৲দা, লৈন্নুংশি।

**শৈরেং**—কেতুকী, বাল্মীকি, ইথৌলা৲বা, শকুন্তলা, শৈবাংবা ( ১বা শরুক )।

**অতৈ অতৈ**—

১। নেতাজী সুভাষচন্দ্র বসু অমসুং আজাদ হিন্দ ফৌজ

২। শ্রীমদ্ভগবদগীতা ( মৈতৈলোন্দা )

৩। শ্রীনরোত্তমদাসকী প্রার্থনা ( মূল অমসুং মৈতৈবোন্গী অনুবাদকা কোন্নবা )

৪। বৈষ্ণবপদাবলীগী শাযোন্‌-শৈখন

৫। **Friends' English to Manipuri Dictionary**

৬। **Friends' Pocket Dictionary ( English to Manipuri )**

৭। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( অনুবাদ ) খণ্ড অহান্‌বা

৮। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( অনুবাদ ) খণ্ড অনীশুবা।